# ঙৈজ রাইট অইবগীনি




লাইরিক ফংফম :—বুক লেণ্ড
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

অহানবা থুংনম :—জুলাই ১৯৮৩

কোপি, ১১০০

লাইরিক থুকম :—গীতা প্রিন্টার্স, নগার কৈশাম্পাৎ, ইম্ফাল।

## কচ্ছবা :—

কুচ্চরি···ঐখোইগী পোকপিরবী ইমা ৺পুষ্পশশীগী মকমদা
লৌবিয়ুকো ইমা লংনবা লৈতনা
পাংজবা নচানা লেংজবা,
পিরবা লাইরিক মচা মসে।
লৈসি লৈখোম্বি হৈজদা,
ইতিক ইপাদি চাজদা,
পামজবা বাখল্লা থুরথবি,
পাংদ-পাংদা লাম্থোকচবা
শিংবা থুংদে বারোবিগনু।
শাজল শোরবা নচানি
খাই-লকপী তোরবনি,
পুবা ওমদ্রবা সনজিংগুম,
ইতিক ইপাদি নংচদা,
লাম্থোকচনি খুদোলসে,
লংনবা লৈতনা
অরাম তরাম লৌশিনবিয়ুকো ইমা।
কচ্চরি নচানা "পুজি-পামেল"

তোরবা নচা :—

শ্রী জয়চন্দ্র সিংহ

# থৃক্রমজবা

তম্বা বংবগী লোইবা নাইত্রবা মপান নাইত্রবা পাক্রবা ভ্রামাগী সংঙ্কন্দা পামজনা চংজক্রববদা, মমলবা রাখলগী লম্বীবু লমজিং লমতাকপিত্থনা মণ্ডালগী শরুক থম্লদং ফংহনবিরম্বা—

## শ্রীযুক্ত সোরোখাইবম ৺ললিত সিংহ

অমদি শৈহেক শৈনাদা শৈদম্বীরম্বা

## শ্রীযুক্ত ওাংবম ৺নিমাই সিংহ

লৈখিত্রবা ঐগী গুরু অনিগী মফমদা হন্না হন্না থৃক্রমজরি।

অসিদা নংতনা থ্বাই তম্না লক্তা তিন্নবা হোংনজববদা, পাংজত্রবা ঐগী ইতেং পাংবিত্থনা থৌনা হাপ্লিখিবা পুকচেল চাওরবশিংগী মফমদন্থ শিংথমত্রবা লম্মনবু মপোক অসিমগী তোঙ্গরবনি।

অইবা:—এঃ জয়চন্দ্র সিংহ

# "পুন্সি-পামেল"

লাইরিক অসিগী চাওরাকপা ৱারম খরদং :—

পুন্সি-পামেল কৌবা ( ড্রামা, সমাজিক নাটক ) অসি ঐনা ইজবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ১৮ (তরানিপান) শুবা খুৎইনি। মসিদা নৎত্তনা ঐনা ইজবা (ড্রামা) খরা লাইরিক অসিগী অরোইবা শরুক্তা মশক মমিং তাকচরি ... ।

অমনা, পুন্সি-পামেল কৌবা লাইরিক মচা অসি শোক ১৯৬৪ দা ওল মণিপুর ড্রামা কম্পিটিসনদা এম, এ, টি, ডি, পিনা লাস্তোকচবদা "বেষ্ট এক্ট্রেস" কী মনা ফগ্রবা তমদ মণিপুরগী মনুংদদা নৎত্তনা ওল অসামগী মনুংদসু য়াম্না তোইনা শাম্নবগী চানবিহৈবা থৌনা পিনবিখি ... ... ।

লাইরিক অসিগী মরু ওইবা উদেশ্যদি, মহৈ মশিং তমলিবা পিক্লিবা অঙাংদগীনা নিঙোল-মৌ অমদি ইচিল ইনাও, অহল-লম্নান ওইবশিংগী, হৌজিক, মহৌশা হৌখবগী থৌদোক্তা খেন্নরকপা, মরমদি লৌশিং জ্ঞানদা খেন্নরবসু মমাংঙৈগী ওইবা ইপানাৎ ইপু-নাৎকী হৌনবি ব্যবহার লমচৎপু ফজনা ঙাক্লা থমজনিংবগী মথক্তা নিপী ওইবিগী থৌদাং করিনো হায়বদো পামজবা খরদং ফোং-দোকচবনি। মসিবু মুংশিবিবগী থম্মোই চেনবিহুনা, চানবিহৈবগী মিৎয়েংবু চিংশিনবিহুনা, লাইরিক অসি ফোংজবগী মহৈ য়ালহনবিয়ু।

নোঙরিবা অইবা।

# পুন্সি-পামেল

## লিলা অসিদা অচংবা মীওইশিং

### নিপা :—

১। বীমোলচান্দ - চহি ২৫ রোম শুরবা মিং উদবা পাখং।

২। নিলচন্দ্র —চহি ২৫/২৬ লোম শুরবা লাইরবা পাখং।

৩। কোমোল —চহি ৫৮ লোম শুরবা স্কুল ইন্সপেক্টর।

৪। সেখর —চহি ২৬ লোম শুরবা নিপা অমা।

৫। শ্যামকুমার - চহি ৮/৯ লোম শুরবা নিপা মচ অমা।

৬। পিশক —চহি ৮/৯ লোম শুরবা নিপা মচা অমা।

বেক গ্রাউণ্ড :—ঈশৈ শৈহেক শৈদানচিংবগী রাহৈ রাতাগী নিপা অমা, নিপী অমা।

### নিপী : -

১। স্বর্নলতা —চহি ১৭ লোম শুরবী লৈশাবী অমা।

২। ইবেমহল চহি ৩৫ রোম শুরবী মৌ-নহা অমা।

স্বর্নলতাগী মমাম্রবী (লৈশাবী) কেতুকি, যামিনি অমসুং নিপীমচা হেন্নাবতিনচিংবি খন্না ... ... ।

লিলা অসিনা অহানবা কোংবদা ষ্টেজ কুমখিবা :–

## মণিপুর আর্টিস টুরিং ড্রামা পার্টি, ইম্ফাল

১। বীমোলচান্দ—শ্রীযুক্ত তোংব্রম চাওবা সিংহ
২। নিলচন্দ্র – ,, এল, ইবোতোম্বী সিংহ
৩। কোমোল — ,, হৈস্নাম শরৎচন্দ্র সিংহ
৪। সেখর — ,, শামুরাইলাৎপম কোমোল শর্ম্মা
৫। শ্যামকুমার — ,, কুমারি নিংথৌজম ইবেথোই দেবী
৬। পিশক – ,, নাওরেম কামিনি দেবী

বেক গ্রাউণ্ড অমদি ঈশৈ শৈহেক শৈদানচিংবা :–

এঃ জয়চন্দ্র সিংহ

১। স্বর্নলতা —কুমারী সনাবাম বৃনাসক্ষী দেবী
২। ইবেমহল শ্রীমতি ঙাংবম নিঙোল অপাবী দেবী

স্বর্নলতাগী মমারবীশিং কুমারী সুবদনি, বিলাশিনি, ভম্পাক চাওবী অসিনচিংবী ... ...।

ডাইরেক্টর –
ঈশৈ সুর -
মিউজিক—

অইবা :—
এঃ জয়চন্দ্র সিংহ

# পুন্সি-পামেল

## অহৌবগী শরুক

মুংথিল পুং ৩ লোম তাবা মতম।

### স্কুল ইন্সপেক্টর কোমোলগী য়ুম মাঙোল

( য়ুম অসি পাকা বিল্ডিং ওইনা তৌবা মতমগী য়ুমশাদা হাইফেং মওং তৌবা য়ুমশানি। য়ায়া ভরু তহেল্লবা মফম অসিদা টেবিল চৌক্রিনচিংবা থাম্মি টেবিল মথক্তা ফুল গিলাস, ফক্লাংদা কেলেণ্ডরনচিংবা থেংহ্নুনা অতৈ পোৎলম কয়া হাপচিন্দুনা মাঙোলগী ফজবা কয়াবু মপুং ফাহল্লি, অসিগুম্বা মফম অসিদা চহি ১/১২ রোম শুরবা শ্যামনা চৌক্রিদা ফমত্থনা টেবিল মথক্তা লাইরিক সিলেপ থমহনা লাইরিক ঔরাইরি )

শ্যাম — মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং ফবনা খাইদগী অথোইবা লম্নি, অত্তাংবা মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং মনুংবু শেংদ্রবা মপোক অদো অয়েম্বা মপোক ওইরবনি। হকচাংনা ফত্রবদা ইহৈ তম্মী কায়দে, লাই-মরা মিহৌরবা মমল য়াম্লবা পুন্সিদো করিস্থু কায়দ্রবা উংকা পাংথকনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক-লোই। ( [illegible] ইবেমহল থোরকুনা )

ইবেমহল — হাই অহিংবা নিপামচা নংবো ?

শ্যাম— তাদবা ) হকচাং মনুং শেংহনবগা লোইননা ইহৈ নিংথিনা তমত্থনা জ্ঞানগী লম্বীদা চংশিনগনি।

ইবেমহল —হায় নংবু ঐনা হায়রিবসে, মথাক্থ তাদরা ?

শ্যাম করি হায়বগে ইমা।

ইবেমহল— নংতে নংগী ওঝাবু ঙসি কয়াম থেংনা লাক্কনি হায়রম্বগে ! হায়রবান।

শ্যাম—খ'দে ঐঙোন্দদি হায়রমদে ইমা .... .... ( লাইরিক অমুক পাবা ) আ-মথা অত্থবু, আ (পাবা) ইহৈ তম্লবা মত্থংদা জ্ঞানগী লম্বী লন্দোক্তুনা জাইবংপানবদা অফবা মিংচৎ তানগনি।

ইবেমহল— হায় নংবুনিবে ঐনা হায়রিবসে !

শ্যাম—ইমা ঐ লাইরিক ঙাহাক্তা ঔন্নাইখিগেবা। আ-মথা তত্থবু, আ-(পাবা মীওইবগী পুন্সিদা অফবা মিংচৎনম্থ অথে ইবা গুণ অমনি, শিত্রনম্থ মত্থনা মুংফত্রবা লেংত্রবা উপানি।

ইবেমহল—( লাওনা ) মসিগী অঙাং অশে কয়াদনো। মসিদি ( চংশিন্দুনা শ্যামগী মনা পাইত্থনা কন্না লৈবা )

শ্যাম ( অনাবা শাংত্থনা ) অয়ো য়ো য়ো ইস ! (তুগৎতুনা অনাবা শাংবা )

ইবেমহল—নথকী মহক লম্মম্না ঙাংলো-শকপাদা স্তাদ্রবা কান্নত্রবা, না, অসি মদৎলগে (কন্না লৈবা) স্তারকরা ?

শ্যাম অয়ে-য়ো-য়ো য়ামা নাংবে ইমাও !

ইবেমহল —(থাদোক্তুনা) তারক্লিংনিয়ে চৌমিতি। কনিইলো নংনা ননা অম্থক য়াম্না তুক্লিরনা না ?

শ্যাম— আ ওঝানা হায়, লাইরিক ঔৱাইরিবৈ, পাবিবৈদা মীনা ভাংবা শকপা অমতা তারুনু তৌরিবা লাইরিক অহুনা পুরুং চঙু হায়নে

ইবেমহল উম লাতৈ চানৈ হায়দোকলকইবা অহৃগা নংগী ওঝা অহুগী মতৌ অহুগা—।

শ্যাম আ অহুদশী মথা অহুবু আ (লাইরিক অমুক পাবা, অফবা মিংচৎকা লোয়ননা লল থ্যানবনি, লল লৈত্রবদি লৌ শুইনা হিংবদা য়াম্না ঝাই

ইবেমহল—ইহে মসিগী অঙাং অসিদি (শাওহুনা) মসিদি (শ্যামনা পারিবা লাইরিকচিংবা চৈথাইবা শে পারো, পারবা হায়বা

শ্যাম—(ওইনহুনা) মীনা লাইরিক পারিবৈদা নৎত্রবদ ঝু ত্রবরা?, (পেহৌ পেহৌ তোহুনা টেবিল মথাদনচিংবা ভারিবা চথাইবা লাইরিকশিং লৌথৎহুনা লোইশিনবা)।

ইবেমহল— ফরে পারোনে, নৎতে ঐনা হায়বদি ঐনা হংভব। খাস নিংথিনা খুম্মগা লাইরিক অহু অমুক পাবা য়দরা হায়বনি, হা? নৎতে নংগী ওঝা অহুনা অহল লমন্না হায়বা ভাংবা শকপা অমতা তারুনু হায়বরা ওহা? খুম্মে কাংগী খুম ত্রবনো খুম্মো?

শ্যাম—(ওইনহুনা) নংদি মীনা লাইরিক ঔৱাইবিবৈদদা পাখোন হায় রা ভাংডি।

ইবেমহল—ঈস কয়াদনো, কয়াদা নচিন থিত্রবা অঙাংনো, হায় লাইরিক ইবেনা লাইত অমনশী মচা নবুনে, নচিন অহু খমুনে নংনা হৌজিক ভাংডিবা অহুবু কনাগুমা মীদকা তারগা

ঐ অসিবু করি হায়নখিনি আ-মচা অপোকপদি নৎতবনিনা আ অহু অদা, নৎতে নংনা ঐবু বদনাম পিগে তৌরিবা, নৎতরাও হা খুম্মো নচিন্দো, নৎতে নং মতুং মনাও অহুম্না হায়খিগদ্রা হা হায়য়ো (ফুগে তৌবা)

শ্যাম—(বিনা চৌক্রিদগী হৌগৎতুনা) ইমা! ঐবু ফুবিগমু মতুং মনাও হায়জররোই, করিনো ইমানা হায়বো?

ইবেমহল—অহুম্না ঙশাইনা হায়বদি য়াদরা? নৎতে নংগী ওঝা অহুবু ঙসি অসি লাকওইকা হায়রম্বরা হায়গনি।

শ্যাম—আ লাকনি ঙসিদি ঙস্তানা লাকনি হায়রম্মী, আ ইস রা হায়বা লোইরবরা ঐ লাইরিক অমুক ঔরাইরগে। (লাই-রিক ফাকতোকুনা পাবা) লল লৈরে হায়রগা চাওথোককদে, লাইরৈ হায়তুনা নিংহন্নফদে লাইর-অনং খুৎশম্না চৎমিন্নতুনা তাইবংপানবদা মুংঙাইনা হিংমিননবা হোৎনমিন্নগদবনি। (লাইরিক থুপচিল্লগা অক্ষ অমুক খোৎকদৌবগী তৌবা।)

ইবেমহল—(ঙসাইমথৈ কোম্হোংলোমদা ওন্দুনা নিলচন্দ্র লাকপরা য়েংঙম্বা) করিবু তৌরবনো হৌজিক ফাওবা লাক্কিবা অসিবো (শ্যামদা) হাই তারিবরা য়েংঙো অসরাইফাওবা অমুক্তা চৎতুনা নংগী ওঝা অহু লাকপরা হায়তুনা অমুক্তা য়েংঙচো চৎলো।

শ্যাম—ইস! ইমা ঐ অক্ষপা করি অমতা তৌত্রি, অক্ষ অসি হায়া তোথোকখিগে, অহু নৎত্রবদি হোক্লেল ওঝা লাক্লগা চৈরনি কো ইমা। (অক্ষ তৌবা)।

ইবেমহল—নংতে নংগী অঙ্কগাদু কোন্না তৌ, চংলো অসরাই ফাওবা চংতুনা অমুক্তা য়েংঙুচো হায়বনি।

শ্যাম—ইস ! মী শোইদনা লাকচগদোবা অসিবু আ-ইমানা য়েংবগী য়েংবা অতুম য়েংবিকুরো কো ইমা। (অঙ্ক তৌবা)

ইবেমহল—ইয়া কয়াদা হাইওমপ্রবনো, হিস ! মানস্থ ঐগী ইথক্তা ·· ···। নংতে চংলো হায়বনি নংবো।

শ্যাম—ইমা, অঙ্ক অসি খোংপা লোইদোরে, লোইথোকঅগা য়েংঙুগে।

ইবেমহল—(শাংনা) নং য়াদরে, মসিদি কনাগী লাইরিক্তা অমতা তৌহল্লোই, (লাইরিক শিলেপ্পচিংবা লোইনবা খোমজিল্লগা হনুংদা পুশিন্দুনা চংগে শৌবা।)

শ্যাম—(তান্নহুনা) ইমা ! ইমা ! নংতে ঐগী লাইরিক পিরো। (লাইরিক্কচিংবা লৌগে তৌবা)

ইবেমহল—(শাওনা) চন্নহাংত, কনাগী লাইরিক · ।

(লাক্কুনা ইনবদা শ্যাম তুবা, খৎদবা শারতুনা ইমুংদা চংখিবা শ্যামনা থন্নাই হুংতাইতনা পেতৌ পেতৌ তৌদুনা হেংগৎলগা চৌকিদা ফম্মগা টেবিলদা মথাই শোহুনা কপতুনা লৈবা, তাঞ্জাসিদা নিলচন্দ্র কৈজোম কুরিং শেং-লিত্তুনা ওক-ওনান্না চংঙকই।)

নিলচন্দ্র—শ্যাম, শ্যাম ! (তেংঙিবা খোংঙুপ মোমোক্লগা থম্মী) হাই বোঙ্গ শ্যাম, শ্যাম (আদবা) হাঙ, নে তারব্ধন্না (মশা পাইদুনা নেহ্বা) শ্যাম !

শ্যাম—(মপি তৈরুথাকুনা নিং নে টক-লাইরকুনা) ঙা ওনা।

নিলচন্দ্র —কৈদৌরে নংদি, ঐনা লাক্তিবৈগী মমাংদগী হৌনা লাই-রিক-লাইশু নিংথিনা পা-খোক্তুনা লৈরম্মু হায়রগা উইদুনা লৈরম্মবদি কৈদৌরবগে ? নংত্তে নংবু নশা ঙমদ্রবরাও ? আ-য়েংগেসে ( মরাইবক্তা পাইদুনা য়েংবা ) কৈশু তৌদেসে চৎলো লাইরিক্তা লৌখোকউরো চৎলো ।

শ্যাম—(চংগে তৌবদগী চপ লেপ্তুনা লাইরিক্তি ইমানা— ।

নিলচন্দ্র —করিনোনে নংনা হায়রিবা অসিবো শ্যাম, ( নোক্তুনা ) হা-হা-হা, নংতে ইমাশু নংগী লাইরিক্তু তম্মবরাও হা ? আ-সে-অস্মুম্না হায়য়ু, ইমা ওঝা লাকএ লাইরিক পিরো অস্মুম্না ভাব তানা নিংথিনা হায়রুরো চৎলো ।

শ্যাম (ইমুংদা চংখিদুনা) ইমা, লাইরিক পিরো ওঝা লাকএ।

ইবেমহল—( ইমুংদা , চৎথোকউকো নং ঙসি ঐঙোন্দা করেমন-জমুকো ।

শ্যাম—অদুবু শে, লাইরিক পিরো হায়রবা ।

ইবেমহল—পিরোইনে ।

শ্যাম – মীনা পিরো হাইরমক্তদা, (লাইরিক লৌরগা মপান্দা চেঙ্গো-রকপা)

ইবেমহল – ইয়া, মসিগী অঙাং অসিমক্তবু, (মশম ইফা-ফানা চেঙ্গো-রক্তুনা তান্নরকপা)

নিলচন্দ্র—আ-আ। ইতৈমা।

ইবেমহল —( নিলচন্দ্রবু উবদা ইকাই হঙ্গোইনা ) হৈমা, মাই ওঝা লাকঅম্মেনা, আ ঐদি থাজরুদ্রবদো ।

নিলচন্দ্র—অহরাই ইতৈমা ঐ লাকচরে ।

ইবেমহল— ইশ ! করিনো শম-না কাসে ইফা হেক ফাইদা।
(নোকফেৎ তৌরহুনা মকোক মরু নাম্বরহুনা ইমুংদা চংখিবা)

নিলচন্দ্র—আ-কদাই-কদাই অঙ্ক অহু হান্না য়েংগে (য়েংবা) হৈরা, কৈদৌরে নংগী অঙ্ক অসি হোৎপা লোইশিন্দ্রবদি হা ? নংতে শ্যাম নংবু থবক য়ান্না চিনমনপ্রহুনা অঙ্কা হোৎপা অসি লোইশিনবা অমতা ঙমদ্রবরাও – হা ? সে-সে খোৎলু খোৎলু পরপ পরপ লোইয়ু। (শ্যামনা অঙ্ক খোৎপা, ইবেমহল কেনা থোরকপা।)

ইবেমহল - আ-ইবুংঙো ঙসিদি অমুক থেংঙকঅবদি করি তৌরে ?

নিলচন্দ্র - আ—ইতৈমা ঐ করিগুম্বা চৎতবা য়াদবা থবক অমতং চৎথোকচকহুনা ঙসিদি খরা থেংদোকখরে।

শ্যাম—আ ওঝা, হয়েংমখৈদি খরা খরা ঙন্না ঙন্না লাকউ, অহু নংত্রবদি ইমানা ওঝা লাকপরা য়েংঙুচো য়েংঙুচো হায়হুনা কনাগী লাইবিক্তা ঔরাইবা অঙ্কগা তৌবা অমতা য়াদে।

ইবেমহল – (ঙক্না) এঃ এঃ কয়াদা ঙকত্রবা অঙাংনো মসে।

নিলচন্দ্র—আ - ইতৈমা, (খাম্বা) আ—শ্যাম, ঐনা নংঙোন্দা করি হায়না হায়, হা ? লাইরিক তৌরিদৈদা মীনা ঙাংবা-শকপা অমতা তাকনু, নংনা তৌরিবা ঔরাইরিবা লাইরিক অহদা পুক্লিং চংঙু হায়না হায়রগা করিনো নংনা ঙসি তৌরিবসে হা ! অহুগা নং করিগী অহন্না ঙাংবদা ওনশিন্দুনা খুম্মিবনো মহু য়াদেকো ত্তৌ-ত্তৌ অঙ্ক অহু শান্দনবা নপুক্লিং চংনা খোৎলু।

শ্যাম - আ—অহুবুরো ওঝা, য়েংঙো ঙসি ঐনা লাইরিক তৌরিদৈদা

প্রমান্দো—আ—থোদোক অতুমক ঙসিদি নঙোন্দা থুংঙরে-
দো, আ—। (মকোক নানবিতুনা থেম্মগা) সে—সে করিস্থু নাদেসে ইমানা ফুববু শিনবা ফুগত্রা, আ নিংথিনা ফম্মো লাইরিক তৌরসিশে। (শ্যাম চৌক্রিদা ফমথবা, নিলচন্দ্র অঙ্ক থোংশহ্ রে বা। উমঃ নংগী অঙ্ক অসি অসিদা লাক্লে, সে মুম্না য়েংঙু, কদাই কাংগ্‌ুদো (লৌরগা) তরেৎ তরেং কয়ানো ?

শ্যাম—নিফুমাপন।

নিলচন্দ্র—আশা, নিফুমাপন, অতুদি মাপন অসি অসিদা থম্মো (ইবা) থম্মেকো, আ - অতুদি হৌজিক খুত্তা কয়া পুরে ?

শ্যাম—খুত্তা মরি পুরে।

নিলচন্দ্র—আশা, খুত্তা মরি পুরে নৎত্রা ? অতুদগী তরেৎ মাপন কয়ানো ?

শ্যাম—হুম্ফু-হুমদোই।

নিলচন্দ্র—আশা হুম্ফু হুমদোই, হুম্ফু-হুমদোই অসিদা ঙসাইগী খুত্তগী পুরকপা কয়া ?

শ্যাম—মরি।

নিলচন্দ্র—আ—মরি, মরি অসিগা তিনশিল্লবদি কয়া শুমে ?

শ্যাম—হুম্ফু তরেৎ।

নিলচন্দ্র - হো চুম্মে। (অঙ্ক থোৎপা) শে হৌজিক্তি অঙ্ক অসি চুম্মবনি, নৎতে শ্যাম, ঙঝানা হৌজিক হংবা মতমদদি স্নপ-লাক্চিংবা, খুত্তা পুবকাগু করিমত্তা শোইদনা থুম্মী, অতুপা অসিদনা খুত্তগী পুবা কাওত্নুনা অঙ্কসি করিগী লালহন্নিবা হা ? ফরে মতুং মনাওদি লান্দনব', য়াম্না ভাব তানা পুক্লং

য়াম্না চংনা ভৌকো, শে কাংগ্রুসে (শ্যামনা কাংগ্রু সৌঝা) আ পারা পারো, (পাদবা) ইহে শ্যাম নংবুনে ওঝানা হায়রিঝসে, শে পারা পারো (শ্যাম থম্নাই মুংঙাইতদুনা পাদবা) হৈম্না কৈদৌরবগে মশিবো শ্যাম, শ্যাম নংবুনিনে ওঝানা হায়রিবসে। (শ্যাম মপুক্লিং মুংশিনা কপনিং কপনিং তৌনা মথুংনা মমিংতা নোইদুনা লুকথখিবা) ইহে! নংতে নংগী অসিবু নপুক্লিং মুংশিরিবকা হাইবদুরা ও? আ—শে ওঝা রা হায়গে মুম্না তাওসে, ওঝানা হায়বনি হয়েং মতুং মনাওদদি অক্বাগশে লান্দনবা য়াম্না চেকশিন্না ফজনা তৌ হায়বনিনে, শে—শে পারো পারো, পারা পারো।

শ্যাম—( পেহৌ পেহৌ তৌদুনা ) ওঝা ঙসিগী অঙ্ক অসি করিম্ন লাম্লোইদৌবনি অদুদ: ...।

ইবেমহল—(মুংশিদনা) আ—ঐনা থম্না ঙা: শকউরু অদুদা শাওবদগী অক্করোমদা তাইনরিবা নংত্রদো।

নিলচন্দ্র · আ—ইতৈমা অমুক্তা (থাবা)

ইবেমহল—ইবুংঙো ম.স ওল্লোক্সা ফংখিত্রবা মরো লৈপ্রবা অঙাংনি, মাগী মপুক ঐনা চপ চানা থংব-জাংনি।

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈমা, অদুক য়াম্না রাঙৌবিরুম্ন আ—মানদি অঙাংনিনা পঙদুনা ভাব তাদদুনা তৌরিবনি, শে-শে পারা পারো, ( শ্যাম মথম্নাই মুংঙাইতনা টেবিলদা মমাই লুকথদুনা লৈখিবা) শ্যাম, শ্যামকুমার! (থুমদবা) ইহে, আ—তোকও তোকও ঙসিদি নং লাইরিক তম্না য়ারোই মুংঙাইতনা অদুগনে শ্যাম ঙসি তৌরিবা মতৌ অসিগুম্না হয়েং মতুং মনাওদা

তৌরবদি ওঝাদিনে নংগী লাইরিকা তাকপা তম্বীবা অমতা হম্মরোই, খোক-তোকখোক্তুনা ঐ নংগা উনদনবা লম্বী অমদা চংখিহুনা যুম অসিদা শুকচং চংঙকওইদৌবনি খংঙবরা।

শ্যাম - হোয়।

নিলচন্দ্র — ইয়া, ঐনা নংঙোন্দা বা হায়বা মতমদা করি হায়না খুম্মু হায় ?

শ্যাম - অহোয় ওঝাবু। (খুৎ অনি জুর তৌবা)

নিলচন্দ্র— হরাওনা) হো মতৌ অহুম্মা ফজবা রাঙাং শাঙাং নিংথিব লমচং শাজং চংপা তমগদৌবনি, ভাব তারবরা ? আ— চংলো নংগী লাইরিকা লোইনবা পুশিনখরো। (শ্যামনা লাইরিক শিলেপনাচংবা পুশিন্দুনা চাখং।)

ইবেমহল—হুম ! অহুম্মা চক্রি হেক তৌশিন্নহুনা লাইরিকা হেক তৌদবা ওশ্মিদো।

নিলচন্দ্র—খংদ্রে ইতৈমা, শ্যাম অসি ইতৈবেম্মা অহল অহুনা লৈরি-ডৈগী মতমবদি পায়াকসি য়াম্না ফা খোংতুনা লাইরিকাসি থরায় য়াম্ন বাওরম্মী অহুবু হৌজিক্তি নোংমা নোংমগী হম্নুম ফংচিন্নরুবা অমা তৌবে, মসি ননাওম্বু হায়ফম খংদে কমদৌরি জাংনো ··· ··· । ভাব তাজদ্রে।

ইবেমহল — অা ইবুংঙো মসিবু হেন্না ব'রক্লিংঙাই চৈনিংঙাই লৈতে অহুবু ইবুংঙো মশানা করয়োইদৌবা মী অহুদদি ফননক পু-চৈহুনা বারকবম্বু উপাই লৈতেংনকো।

নিলচন্দ্র - হোই, অহুবু ইতৈমা অমদি তাইবুংঙোখোইনা থরা ঙাংবি চৈবিহুনা রারকপিহৌদ্রবদি অঙাং অসিগী হয়েং

তুংগী মপুক্সিদা অমাংবা অমা ওইদুনা য়াম্না য়াহোবা তাবনি।

ইবেমহল—হোই হোই অদুবুদি কর-কত্রবসু মপানি হায়দুনা চাও-থোক চাওনা অমা লৈরিদনা, অদুগা ঐসু মমানি চেনবা য়ারিবরদো।

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ইতৈমা অদুম্না খঙ্গিদুনা কনংবা (য়াখল অম-য়োমদা) আ অদুগা ইতৈমা ঐহোই বীমোলচান্দবু ঙসি নোং-নিনি অসি ঐগা ইথেং থেংনদবা অসিবু মাবু কদাই কদাইদা চংলিবনো করি কমদৌরিবা জাংনো ইতৈমা।

ইবেমহল - আ খংদে ইবুংঙো নোং হেক ঙানবদগী ফুক হৌগংলগা চংখিবদুনা য়ুমগী মথাদা ঙহাক্তা লৈবিবা পোৎ নংতে চিন-খরে মাগী থবক অসে ঙসিদা ইতৈমনা পংকন কন্না ঙাংঙু বসু য়াদবগুম ত্তৌ ইতৈমদি য়াম্না য়াপ্রবা পোৎনি।

নিলচন্দ্র—ইতৈমা করিগী ঙাংদদগে, ঙাংবিগদৌবনি ইতৈমনা ঙাংবি-চৈবিদনা মাবু কনানা য়ারকপ্গিগনি, মরাইবকতুম যবা জাংনি।

ইবেমহল—(করিগুম্বা অমা নিংশিংঙক্লুনা) ঙাইখো ইবুংঙো ঙসি তাঙ্গা চারিঙৈ অসিদা, ইবুংঙোদা ইতৈমা করিগুম্বা য়াফম অমতা হংহৌগে।

নিলচন্দ্র—বরি কয়থা য়াফম ওইরবনো তাকপিয়ু ইতৈমা।

ইবেমহল—ইবুংঙো য়াফম অদুদি অসিনি, নংগী মরূপ, ঐগী ইনাও বীমোলচান্দ অসিগী মাগী মমিৎ মনা উত্রিবা অসিবু মমা পুকন্নুংদগী অম্মক মতৌয়ক্কবা জাংলা নংত্রগা ... ... ।

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈমা ননাও ভাব তাজরে, ইতৈমনা হৌজিক হংবিরিবা ৱাফম অসিগী মরমদা নমাওনা খংজবগৈদি ইতৈমদা অমতা চিংথদনা তমজগে।

ইবেমহল—হোইনে ইবুংঙো।

নিলচন্দ্র—অসুম তৌবনি ইতৈমা; ঐগী মরূপ বীমোলচান্দগী হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি পোকপদগী অশুম্মা তৌরকপা নৎতে, মাগীসি অসিনি, মানা চহি ২১/২২ (কুন্নমাথোই কুননিথোই) রোমকা শুরকপা মেট্রিকা থারমদাই অহুরাইদা, মফম মরাং ইখং খংহৌদনা মাগী মমিৎ অসিদা য়াম্মা কন্না চিকপা শাবগী লৈনা অমা হেক্তা নারকপা জাংনি।

ইবেমহল—আ – ইবুংঙো অহুদগী করম তৌরবা ?

নিলচন্দ্র—অহুদগী ঐখোয় তাইবুংঙোনা মিৎকি লাইনা অসিদা হেক্ অথংবা মণিপুরগী মাইবা ডাক্তর পুন্নমক অসি কৌ-কৌহনা য়ে-হুনবদা ওষক্রুবদগী ডিব্রুগর, কলিকতা, দিল্লিদদা নৎত্না ভারত রাংমা লান্না পুহনা য়েংঙু বমু য়েংগনি হায়-হনা থৌরাং তৌরবদা য়াম্না খং হৈরবা ডাক্তর খয়নদি, য়েংগে হায়বকুদি পুক্লিং চয়নবা অহুক ময়েংবিরু অহুবু ফবদি খন্না মরারগনি হায়বদগী ময়াম খন্নবদা য়েংবদা কাম্নরোইদৌবা লৈরবদি কৈদৌনরুগদগে হায়হনা থাম্নবদগী তোক্লুনা হৌজিক ওইরিবা ঐগী মরূপ বীমোলচান্দগী ফিভম অসিনি ইতৈম্মা।

ইবেমহল—উম্ম! ইবুংঙো ইতৈমা হৌজিক্তি ভাব তাজে।

নিলচন্দ্র—ইতৈমা, বীমোলচান্দগী খনবদা ঐখোয় তাইবুংঙোগী থম্মোই অসি কাইরবা জাংনি।

ইবেমহল—উম! মুংঙাইফম খোক্কে, অদুবু ইবুংঙো মুংঙাইতে হায়দুনা, উপাই লৈতবনিনা অরা-অনা থাংদুনা শিবা ঙাইদুনা অসুম লৈবা তারেনেকো।

নিলচন্দ্র—হোই ইতৈমা ফহন্নিংঙি হায়দুনসু করি গতিদি লৈতবনিনা অদুদা তারে।

ইবেমহল—(করিগুম্বা অমা নিংশিংডুনা) এঃ অদুগা ইবুংঙো করি-গুম্বা রাফম অমগা, আ ইবুংঙোগী স্কুলগী ওঝা ওইবগী হায়বদো ইতৈমনা ঙরাংশে নংগী তাইবুংঙোদা য়াংবা ফজনা হায়রে।

নিলচন্দ্র—(হরাওনা) ইতৈমা!

ইবেমহল—অদুদা নংগী তাইবুংঙোনা করি হায়বগেবু, করিগী তৌদ-দগে কনা অতোপ্পা অমসু নৎতবা ইবুংঙোগীবু হোৎনদবা য়াবরা, শোইদনা তৌননবা হোৎনগনি অসুম্না নংগী তাইবুং-ঙোনা হায়নে।

নিলচন্দ্র—(হরাওনা য়াম্না মুংঙাইজরে ইতৈমা, ইতৈমা অমদি তাইবুংঙোগী মপান্দগী স্কুলগী ওঝা মচা অমতঃ ওইবা ফংজ-রবদি ননাওনা পুন্সি অসিমগী লম্বন তোম্রে হায়না লৌজগনি।

ইবেমহল—হে—হে—করিগী লম্বন তোনবা অদুম্না থক হায়হৈদে কনাগুম্বা অতোপ্পা অমসু নৎতববু তৌদবদি চপ-চানা হোৎ-নগদবনি। (রাখল অমা তৌরকুনা, কেথনা) আ—অদু

কৈদৌবগে হাওরবস্থ হাওত্রবস্থ নোংমতদি ঐখোয়দা চাক চখোম অমত্তং চামিল্লসিদনা।

নিলচন্দ্র—আ ইতৈমা য়াম্না মুংঙাইজরে ইতৈমনা হায়বিরিবা অত্থুনা ননাওনা হেক্তা পেঙ্গ্রে।

ইবেমহল—(নোক্তুনা) হা—হা ভৌনুদা ইতৈমনা চুম্না পিজনিংহুনা তৌবনিদা, আ—পংচাও চাওথোক্লগুমসিকো।

নিলচন্দ্র—এঃ ওস্তোকপা ঐখোয় ইতৈমনা ভাব অমদা পুবিথরে, আ—মহৌশাদগী ইমুং অসিদা নৈহুনা তুম-চাহুনতা লাক্লবা অসিবু, ইতৈমনা হন্দক্তা ইনৌ হেক নৌনা থনবিরেদকো, আ ইতৈমনা মুংদা মুংঙাইত্রগা অশুম্না হেক তৌরবা, তাই-বুংতোস্থ শংবা ছুটি হুমিংকুম্বা অমদা ময়াম পুল্লপ পুম্না থোক হেক চামিল্লরগা লোইরেনে। করিস্থ লৈতবা রাকম অসিগী-দমক্তা ইতৈমনা হেক রারৌগদৌবগী আ—অহুদি ঐস্থ—(চৌক্রিদগী হৌগৎপা।)

ইবেমহল—হোই হোই ফাহুনা পুল্লগা নমহুনা পিজরুবদি য়াদবনিনা কমদৌনি, ঐদনা নিংবা কাইহুনা লৈজহৌবা হাইবা অহুদা ভারেদনা।

নিলচন্দ্র—আইশ! ওস্তোক ওস্তোকপা ঐখোয় ইতৈমগী ভাবসে হেক রারৌগদৌবা অসিগী অমুক্তোইবা, অদোমদা থক থন-বিরুগহু ... ...। অহু ঐ অমুক ম্লোজরগে।

ইবেমহল—অহুদা ভারেনে।

নিলচন্দ্র—(থন্না চংলগা) ইহে শ্যামহুবু, আ শ্যাম, শ্যামকুমার।

শ্যাম—(ইমুংদগী চেঘোরকুনা) ওম্বা।

নিলচন্দ্র—ওসিদি ওঝা চৎলগে (রা ভাংনা-ভাংনা খোংঙুপ উপ-শিনবা) হয়েংদি লাইরিক নিংথিনা তম্নবা পারাক্না য়াম্না ফজনা কাননবা লাইরিক কম্না ঔরাইয়ুকো।

শ্যাম—(হরাওনা) হোই, ওঝা! (খুৎ অনিমক জুম্ন তৌবা।)

নিলচন্দ্র—(হরাওনা) আ - আশা। (খুৎ থাংগৎপা) আ - ইতৈমা ননাও য়ৌজরগে।

ইবেমহল—ফনি ফনি। (নিলচন্দ্রনা খোকথিবা মাইকৈদা ইবেম-হলনা মুংশিনা নিংওমদনা য়েংহনা লৈংহোবা।)

শ্যাম—ইমা নংনা ঐখোয় ওঝাবু নিংঙিদা অসিগুম্না ঐবুদি মুংশিদরা?

ইবেমহল—(ওকপগা লোইননা) চরহাইত! (খোং থিন্দুনা থংলাও-লাওবা)

শ্যাম—(খিনা থংহনা) হা! (চোংখৎপা)

[ লাইট ]

## অহানবগী অনিশুবা শরুক

## লম্বী

অয়ুক পুং ১১ লোম তাবা মতম ।

(এল, পি স্কুলগী ছুটি থাবগী কাংশি য়ৈবা, অময়ুং অঙাংশিং ছাত্র মচা ময়াম ইলাং-লাংবগী মথোন লাপ্পা তারি ।)

ঙঝা অমা—(মময়ুং অরাপ্পদগী) হাই হাই হাই, অঙাংশা নিংথি-নিংথিনা চংলু, শোক্ল খোংননিকো নশা নশাগী লাইরিক লাইস্রু তাহৌ খোংহৌনি চেকশিল্লুকো। (অঙাং ময়াম ইলাঙ-লাঙনা চেয়খিবা, তাঙ্গা অসিদা শ্যাম নাকন্দা সিলেপ লাইরিক য়েপ্পু না স্কুলদগী কুম্মকলি ।)

পিশক—(মময়ুংঙদগী) হো—শ্যাম শ্যাম, (শ্যাম চপ লেপ্পা, পিশক চংঙকই ।) ঙাইখোও নংবু কৌরিবসে ঐনে ।

শ্যাম—করি হায়রবগে ?

পিশক—য়েংঙো হৈনৌ চারুথিশি লাকও। (শ্যামগী মথুং পাইদুনা চিংবা ।) য়েংঙো আদগী হৈনৌ পাম্বী অসিগী মতোন্দা মী অমা কারিবসি উরবরা ?

শ্যাম—(মময়ুং অরাপ্পদা ঝাংনা য়েংঙগা) ইস ! মসিদি ঝাংনা কাখরেদা ইশ ! মসিদগী তারক্লবদি হৈনৌ হেকপরা হায়রবু শিদুনা ভোকনিকো। (য়েংবা)

পিশক—হেরা করিগী তারুগদগে উ কাবা হৈরপোংনি, য়েংঙো মসে ঐননে পৈশা পিরগা কাহল্লিবা ।

শ্যাম—ইশ! নংদি স্কুল কাবদা পৈশাকাস্থ যাম্না পুন্নকপা জাং ওইরে।

পিশক—অদুবুরাও য়েংঙো ঐদিনে পাবুংগী ইমাগনা ঐ ইতোমতা পোকই হায়দুনা য়াম্না লুনা তৌই হায়বা, অদুগনে পৈশাকাসে মখোয় অঙনা ঐনা য়াম্না লৌথোকপশে করিমতা ঙাংবি চৈ-ঝিপোং নংত্তে য়াম্না চৈ।

শ্যাম—হুমঃ ঐখোয়গীদি মতু য়াদে অদুগুম্বা অরোল-অথুপ তৌদুনা হয়ান-চিংগী লম্বীদা চৎপা য়াদে হায়দুনা ঐখোয় পাবুং-তোম্না য়াম্না ঙাংঙি। অদুগা নং হায়রিগে ঙশাইস্থ ওঝানা পারা ফাদবগীনি হায়দুনা ওঝানা চৈ মঙা মঙা কুথরকইদনা অদুদা নং লৈত্তে হায়দুনা ওঝানা খুড়া চৌকিদার থাদুনা কোইথি-থিহনবদা ফংদে নং কদাইদা লৈরুই-?

পিশক—ইশ! য়েংঙো অদুবুরাও ওঝানা ফুদনবা হায়দুনা ফাম মথাদা পাকথরম্বা লোম্না চেম্বোকঅগা ঐখোয় স্কুল মনিংদা হোৎলিবা হৈজামপেৎ ময়াম অদো, অদুগী মখাদা চংদুনা ভুমিজা লৈখোকপা আইস, শ্যাম মদুদা পালবা হৈজাম্পেৎ ময়াম অসি লৈত্য নচিন খি হাবনি হায়, (খুৎ তমদুনা) অমুক-অমুক হেক চাওইহাই, ইস খুমস্থ করি হায়রুনি মতু খেত্নুনা পুক আঁসি পিক থম্না চাখোকঅগা মুংওাইরে মখৈ কুমদুনা-লৈখোক-পম্মিদনা। অদুদগী মখোয় ময়াম্মা স্কুল ছুটি থাবগী লাংন-রকপদো অদুদা মিকপ খোঙুনা স্কুলদা চৎঙপা খুড়া চৌকিদারগী লাইমিক লৌরগা লাকইবনি। ঐদি কয়াদা কায়রে, পারা ফাদবগী ইচেম্থ চাদয়ে, অহাওবদু পুক পিক থম্না

চাখোকএ, অদি কত্তরাও? কাঅদে পে লাকও হৈনৌ চাক-
থিসি। (মখুং পাইহনা চিংগে তৌবা)

শ্যাম—হুমঃ ঐদি চারোই। অদুগা নংগা লোইনহনা চংফিরকনু য়াম্না তম্নে।

পিশক—করিগী ওজিবা?

শ্যাম—নংগী নতৌ অসিদি ওঝাখোয়নস্থু য়াম্না চৈথ্রোবা মাল্লে ঐ চংলগে। (চংকে তৌবা।

পিশক—হেরা হৌজিক ঐনা নংঙোন্দা হায়রিবা য়া অসি কনা অমতা হায়দোকউনু করিনত্তা চৈরোই। অদুগা সে (ফুরিং-থাওদগী চুরুট মতেক অমা লৌথোক্লগা) নং অসি থকেরা?

শ্যাম—করিনোলে?

পিশক—শে চুরুট। (য়েংহনবা)

শ্যাম—(য়েংঙগা) এঃ অদুদি কদাইদগী থুল্লুরিবা?

পিশক—অসিবুরাও য়েংঙো ওসাই ওঝানা চৌক্রিদা ফমলা মথোং মথুং শং তিংখোক্লুনা চুরুট অসি মৈথু কোং-ফোং কাম্রথোক্লুনা থকইদনা অদুদা ঐস্থু হাওদোবা মাফি লয়হনা ওঝানা হুন্দোকপা মতেক অহু ঐনা জোম্না থুজিল্লগা ঐস্থু অমুক অমিরকতং কং-কং চিংক্লনা ক্লেংববু আইস য়েংঙো পিশক অহানবা থবজিং হেক চিংবা অদুদদি হাহনা থবাক অসি চেকথাইবদৌনা নাই হায়বা, অদুদগী অকোনবদা ওপা থম্না অমি অহনবকুং চিংবন্দি আইস য়েংঙো। মথোক মরাম কান্দা কয়দো ঙক ঙক পাঙৈনা চৈনরা আঅনি।

শ্যাম—(ওক্লা) এঃ কমদৌনা? চৈনখিবা?

পিশক—এঃ মওং অমনি, অতুগনে, মথরাই পান্দবা উ-রা কাসে মথরাই পান্দুনা কোইচেন কোইচেন হেক্তা চেনবা জাৎনি।

শ্যাম—ইস! নংনা হায়রিবা অসিবু অচুম্বা জাৎলনে?

পিশক—হেরা সে থাজত্রগা হেক য়েংঙুসে ঐ মৈখেৎ খেৎলগে (ফুরিৎখাওদগী মৈখেৎ লৌথোক্লগা খেৎকে তৌবা)

শ্যাম—অদুদি নং ঐখোয়গী পাবুংতোনখোই অমদি ওঝাদা ভাক-থোকলোইদরা?

পিশক—হেরা নং অসিমা খিৎ কিমনখরে শে ইপা ইপু নোরোক তানি হায়দোকলোই, মীনা হায়দোকলোই হায়রমক্তদা।

শ্যাম—করে করে, (পিশক্তগী চুরুট মতেক অহু লৌরগা চমগদৌবগী থৌরাং তৌবা। পিশক্না মৈখেৎ খেৎলহনা চমগে হেক তৌবগা, বীমোলচান্দনা অরাপ্পদগী ইশৈ শকলকপা।) ঈশৈ হেক তাবগা)

শ্যাম—(কিনা) ইশ! ঐখোইগী পাবুংতোন লাকএ ঐ চৎলে (চুরুট লংথে ক্লগা চেনখিগে তৌবা)

পিশক—হেরা ভাইখো, মমিৎসু উদবা অসিবু কররিসু খংভোইয়ে, শে (চুরুট তাবা লৌথৎলগা পিবা।)

শ্যাম—(শাওরপনা) হাইত, অহুম হায়রু, মিৎ উদ্রবসু হেক্তা খংবা ভঙ্গীনে, মনম তারবদি খংভোইজ্রাও! (কিনা) হুম! নৎতে ঐ চৎলে! (চেনখিবা)

পিশক—হে—হে য়াত্রগা তোকচৌদনা, অহাওবা চাশি, মুংভাইবা ৎমজো হায়বা য়াদবা অপৎবা; ঐদা পেয়া চারগা লোইরে হেরা। (অমুক হন্দুনা চংখিবা)

(বীমোলচান্দগী) ঈশৈ :—

মীওইবগী পুন্সি অত্তাংবনি
মাংহনগমু লমথাংদা
ইমাগী গর্ভদা শেংলকপা হক্কচাং
লমচৎনা লাইথুং পালহনগমু ॥
অচৌ পিশক নাইহবনি
লায়র অনং খায়দবনি
জ্ঞানগী মৈরা পায়হনা
থমলম্মু মিংচৎ ওমর খুত্তম—ও ··· ॥
মীওইবগী পুন্সি অত্তাংবনি ··· ··· ।

(বিমোলচান্দনা ঈশৈ শক্কনা চংঙক্লপা, ঈশৈ মরক্তা নিলচন্দ্র চংঙকই, বীমোলচান্দগী মতৌ উবদা থবাই করা নুংঙাইতে ইশৈ লোইবগা।)

নিলচন্দ্র—বীমোল।

বীমোলচান্দ—(হয়াওনা) ও! নিলো (খুৎ চেজেৎনা পাইশিল্লবা।) নংদি কদাইদা চৎকদৌরিবা?

নিলচন্দ্র—আ—ঐ করিগুম্বা থবক অমা চৎলুবনি অহ্ নং লৈবা উহনা হাইজিল্লকইবনি, নৎতে নংবু কদাই তাম্না চৎকদৌ-রিবনো?

বীমোলচান্দ—ঐ কৈস্ম থোইদোকপা চৎলোই শ্যামকুমারদো স্কুলদগী কুম্মকপা মতম হেল্লমানে, কৈদৌরবনো হায়হনা অম্মম য়েংগে থোরকপনি।

নিলচন্দ্র—অদু স্কুলদদি অঙাংশিং কনা অমতা লৈবা উরমন্ত্রে ছুটি থাখিবসু ভহাকুম ওইরবা য়ারে, অদু নংগা লম্বীকা থৈনবা ওইরম্লবদি ?

বীমোলচান্দ—অদুম্না তৌরবা জাংলা।

নিলচন্দ্র—ঐদি অদুম্না খল্লিনে, অা-চংলশি য়ুমলোমদা হল্লসি, অদুগা ঐসু অঙাং য়ুমদা য়োরকই য়োরক্তে হায়রবদু তশেংবা অমা খংঙগা হনখিগে চংলসি।

বীমোলচান্দ—করে ভাই নিলো য়োরশি।

(বীমোলচান্দ ঈশৈ অমুক শকপা) ঈশৈ :—

লৈমসিজনি ঐনা বামোন্ন
অচৌ পিশক নাইদবনি।
পুম্নমকসে অমতনি,
জাতি-বীজাতি থায়দ্রবনি।
থাকচবা লাংদা থুরবদা
নিংঙম্মকওই পোলোইদা, হে! মীওইবগী…।

(নিলচন্দ্রনা বীমোক চান্দগী মথুং শমদুনা থোকমিন্নখিবা।)

[ লাইট অফ ]

## ( অহানবগী অহুমশুবা শরুক )

অয়ুক অঙনবা অমম-অঙান শিন্নবা মতম

স্কুল ইন্সপেক্টর কোমোলগী য়ুম মাঙোল

(হায়গী মওংশুম টেবিল চৌক্রিনচিংবা অহুম থাহুনা লৈরি, নোং ঙাল্লকপগী উচেক-য়ায়ানচিংবা খিবিক্কী খোঞ্জেলনা নিল খোংবা তারি। মতম অসিদা শ্যাম তুম্মুবদগী হৌগৎতুনা থোং হাংদোকুনা থোরক্লগা নোং ঙাল্লবরা হায়তুনা হাইফেং য়েংঙি অমম্লুং ইমুংলোমদা অমুক চংখ্রগা মমাই মমিং তাথোক্লুনা তৈথোক্লগা মপান্দা থোরক্লুনা হকচাং শাজেন তৌবগী মওংদা হৌগৎ-ফমদা খরা তৌয়গা চোং-চোংদুনা মপাললোমদা চেনখিবা অমুম্মা ঙহাক লৈরগা।)

কোমোল—(ইমুংদা) অহম, (খোদম্বা) আ ইবেমহল, ইবেমহল, হাই ইবেমহল নংবু তারিবয়া ?

ইবেমহল—(তুম্মুবদগী কৌবা তায়ক্লুনা আ—কয়ি ওইরবনো ?

কোমোল—হাই নংবু হৌগৎপা য়াক্রিবরাও ? আ নংতে শ্যামহুবু হৌগৎখিবগুমদু তৌই মাগী পাবুংতোনগা তোইনখিবরা অমুক্তা য়েংঙুনে।

ইবেমহল—আ—শোয়দনা চৎমিন্নরম্মি, ঐ কোক অসি য়ায়া ঙাওখরে ঙহাক্তা হিপখিগে।

কোমোল—ইহে—ওস্তোকপনিদকো নংসে, নংতে অঙাং অহুবু আ ···। ইবুংঙো বীমোল, বীমোলচান্দ।

বীমোলচান্দ—(তুমথম্বদগী থংজা তারকুনা) আ—তামো—করি?

কোমোল—ইহে, ইবুংঙো নংদি হৌজিককাওবা হৌগংলমদ্রি, নংতে ইবুংঙো নচা শ্যামদা ওস্তানা হৌগংতুনা চংপ্রমালেনে, কনা অমতম্ব লোইনখিদ্রে কদাই তান্না চংলমগদৌবনো অমুক্তা য়েংঙ্ চোনে ইবুংঙো।

বীমোলচান্দ—যনি, কনি ঐ হৌগংচরে, বীমোলচান্দ তুম্মুবদগী ফিংতক্লা হৌগংতুনা থোরক্লগা) আ—শ্যাম শ্যামকুমার। (কৌবা)

শ্যাম—(মন্নং অরাপ্পদগী) পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—কদোমদনো মানা খুম্মকইবা অসিবো, (কৌবা) শ্যাম শ্যাম কুমার।

শ্যাম—পাবুংতোন। (খুংশাখ্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা চেনশিল্লক-অগা) পাবুংতোন ঐ লাকএ। (বীমোল্দা কোনবা)

বীমোলচান্দ (হন্নাওনা) আ—(কোনবিবা অহু নং কৈদৌরে ওসিদি পাবুংতোনবু হৌদোক্লমদ্রবদি হা?

শ্যাম—অহুবুরাও, পাবুংতোন্না য়ান্না মুংঙাইনা তুমমম্বা অহুদা হৌ-দোকঅমদ্রবা।

বীমোলচান্দ—(ঙক হাইহুনা) হুম! ঐস্তা পিসে মং করনা।

শ্যাম—অশ্যা, ঠিক-হাই ঠিক-হাই (ঙক নোম্বা)

বীমোলচান্দ—আ—(নোকুনা) হা-হা-হা, অহুদি পাবুংতোনম্ব

অশন্নাইফাওবদং চংথোকউখিগে, নংগী ভৌগদোবা নথো ভৌরো।

শ্যাম—উম করে, (ইমু দা চংগে ভৌবা) অহুগা পাবুংতোন য়েংঙো ঙয়াং নোং ত বদগী লম্বীগী কোংগুৎ কোংগুৎতা ঈশিং য়াম্না তুং তুংহুনা লৈবনি, তুজনি য়েং-য়েংহুনা চংচৌ।

বীমোলচান্দ—(ইশি-শিনা নোক্‌নুনা) হা-হা-হা, হোই হে ই পাবুং-তোন য়েং য়েংহুনা চংকে, মসিগী অঙাং অসিদি। (বীমোল-চান্দ থোকখিবা, শ্যাম ইমুংদগী লাইরিক লোথোকউরগা পাই।)

শ্যাম-মীওইবা খুদিংমক য়াহৌ ঙনগদোবনি, য়াহৌ ঙনবনা শা-জেনগী অথোইবা পাম্বেনি। অহিংগী মতম্না লোইরক্লবা অঙানবগী শরুক ফংঙমদাইদা অশেংবা নুংশিংনা হকচাং তুখোংদা য়ৈবদা, হকচাং মনুং শে হৌবতা নংঙনা ফংঙমদ্রবা জ্ঞানগী থৌনা অমা হাপকৎলি হায়বদা থোইনা হায়মনবা খোকলোই। (তাঙ্গাশিদা কেমেন্না ঙক্না তাই পুন্ন-পুন্নহুনা থোরক্লগা শ্যামগী মতৌ য়েংবদা নু ঙাইজে। (অমুক চংখি।)

কোমোল— ইমুংদা) হাই ইবেমহল, ইবেমহল নংবু তারিবয়া হায়বনি।

ইবেমহল—(শাওরম্না) হো—করিনো?

কোমোল—নংতে নংবু হৌগৎলো হাইবনি।

ইবেমহল—(শাওনা) করিগীনো, হৌজিকমক পরপ পরপ হৌগৎতব য়াদবা করম্বা অরুবা থবক লৈরবগে?

কোমোল—অহুবু হৌগৎলোবা—(ইবেমহল শাওনা অকনবা খোং-থাংদা খোরব্লগা খোং-খুৎ শৎ তিংখোক্লুনা ৎক লাওনা কথা) কব্লিনো স্বক্ক স্বক্ক হেক নৈবনা তাহাক্লগা পোথাকম থংজোই-দোবনি, কব্লিনো লাই অমা ম্লাওই।

শ্যাম-(লাইব্লিক পাবা ম্লাহৌবু খেঙবা, নোম্ববু তম্লবা মী অহূগী মপুক্সি অদো অরেম্বা মপোক ওইরর্বান।

ইবেমহল (শাওনা ফুক হোগংতুনা) হাই নংগী লাইরিক অদো করম্বা মথোং হুক্কবা চোংলম চাদবা ওঝানা লেংবনো? হা? (লাওহত্তুনা) তুমিন্না নৈয়ু তুমিন্না পাও তানিংদে।

কোমোল—(কোট লিংনা-লিংনা খোরক্লুনা) অ—অ কৈদোরবা কৈদোরবা? কব্লি হায়বা?

ইবেমহল-(খোন নৌথহুনা) অ,—কব্লিসু হাইজদে অঙাংগী লাই-রিক অসে, হৌনা পামল্লি, থরা থরা তপ্ন। তপ্ন। পাও হায়হনা হায়জব্লিবা।

কোমোল—কব্লিগী নানে নংনা অঙাংগী লাইব্লিক পাবা ফাওবা অনেম অরাং থাইগ্লিবা অহুবো। অ—পাও পাও …।

শ্যাম—অ মীলম্ববু তাংঙবা, শাজং-লিচৎপু চুমদ্রবা মী অহুদি তমথিব্লবা শাদগীসু হেম্লা তোল্লি হায়নৈ।

ইবেমহল-(শাওনা) তো, অসিবু নংতে, মাই পাবুং মানা হায়ব্লিবা অসিবু মাগী লাইরক অসিদা হেক ময়াওরব। জাংলনে তৌরিবা অসিবো।

কোমোল (নোক্লুনা) হা-হা-হা, কব্লিনোনে ইবেমহল নংনা হায়ব্লিবা আসবা, লাইব্লিক অসিদা ম্লাওজনববু মরল অম্বুক

য়ামগ্রবা য়াহৈ-য়াতা অসিবু মাগুবা অঙাং কবিন্থ থংহবা অসিনা হেক্তা শেম-শাহ্নুনা হাইজিনবা ভগবানহৃাই। করি-নো নংনা হেয়া চাওথরেনে। (নোকুনা) হা-হা-হা পাও পাও লাওনা পাগে পাও, তপ্পা পাগে পাও, পুয়মক ইচাগী কুশি।

শ্যাম—অহুগা ধর্মবু কাইদ্রবা অচুম্ববু চৎলবা মী অহুদি ঈশ্বরনম্ভ চানবিবগা লোইননা মমৈথংদা শুংশোই-শোইদনা জয় ওইরকনি।

কোমোল—হা! চুম্মে।

ইবেমহল—তো মসিগী লাইরিক অসিবু ঐদি ওম্ফোক্পা মতানিংথিদ্রে; পারিবা অঙাংমকী শক্তানে লেংঙকইবা ওবা অহুগী মতৌনে; লাইমা মায়জৈ।

কোমোল—শ্যাম, কৈদৌরে পাম্নো, মথা পাথরো, য়ায়া হৌনা; ভোইনা তোইনা পাবদা ওম্ফোক্পা য়ায়া কায়রবা, মমল য়ামহুবা পারানি পাথরো।

ইবেমহল—মাই পাবুংনা অস্থ্রা হেক তৌবিহ্নুনা অঙাং অসে নাউ চাওহন্দুনা, কনাগী পাথোন ইংখোনকা হায়বা করিমতা য়াশিল্লক্করে।

কোমোন—হা? করি? করিগী পাখোন হায়বা য়াদ্রিবা? শ্যাম, চুম্ত্রা নমানা হায়রবা অনে?

শ্যাম-পাবুং ইমানা পাখোন হায়বা ঐ লোইনবা য়াই, অহুগা লাইরিক ঔবাইরিক্তে পারা পারিভেদকা হায়রকপদি য়ায়া শাওনিংঙি।

কোমোন—আ—গুড ইচানা হায়বা চুম্মী, ইপানা য়াই, লাইরিক তৌরিভৈগী মতমদা পাখোন হায়বা য়াদে।

ইবেমহল—হোই হোই হায়রুবা ঐনা লাঙ্গরে লাঙ্গরে। গুংহায়বু হায়জরোই।

শ্যাম—ইমা, হৌজিক্তি ঐগী পারাস্থ ফারে, (হোগৎতুনা) ইমা, ঐ হৌজিক করি তৌ হায়বগে ?

কোমোন—হা—(হয়াওনা) অদুনিদনা, অদুবু ইচাবু হৌজিক করি থবক তৌগদৌরিবনো? থবক করিস্থ লৈতে, টেক ইয়োর শিট, রিট ইয়োর লেসন। চৌক্রিদা নিংথিনা ফম্মো লাইরিক নিংথিনা ঔরাইরো। বস—।

ইবেমহল—তো, অদুদবুদি অথোমনদ্রিবরদো।

কোমোন—আ—ইবেমহল চৎলো, ইচাগী শঙ্গোম লৌথোকউরো, চুমিৎ থুনিংগী অমুক হায়নবা ত'রুবা লৈতনা, টে বল মথক্ত। হেক্তা থম্বীবা ভাব তারবরা ?

ইবেমহল—(শাওরংননা) আ-ফনি ফনি। (চংখিবা)

কোমোন—আই—বোই, হৌজিক্তি ইমানা শঙ্গোম পুথোরকঅনি, নিংথিনা থকও অদুগা লাইরিক কুইনা ঔরাইখো। ভাব তারবরা ?

শ্যাম—(মঙক নোমদুনা উম ঔরাইগে।

কোমোন—শ্যামগী মথদাং পাইদুনা নোম্বগা) অদুদি পাবুংস্থ চৎথোকউখিগে। (শ্যাম চৌক্রিদগী ফুক হৌগৎতুনা)

শ্যাম উম ! (খুৎ নাম্মা থাজৎতুনা হাইবা)

কোমোন ·আ—গুড-গুড-গুড পাবুং চৎলে। (খুং থাংগৎতুনা নোক্না নোক্না থোকখিবা, ইবেমহল শঙ্গোম য়াওবা পাত্র অমা পুথোরক্লুনা টেবিল মথক্তা কোক লাওনা থম্মগা।)

ইবেমহল—( শাওরপা ) সে, নখিবোং অদো পোখাইমথৈ হেক থকওশে।

শ্যাম · (তরাওনা শঙ্গোম থকপা, খামনগ্রহুনা) ইশ! (শুগৎতুনা) ইমা, ঙসিগী শঙ্গোম অসিদি য়াম্না খাইনা। (থিনা শুগৎপা) ইস! য়াম্না খাথরে।

ইবেমহল - করিনোনে মসিগী অঙাং অসিনা ঙাংজবা শান্নিবা অসিবো, শঙ্গোমবু খাই হায়বরাও, থাজদ্রগা নথুংনা শেম-শেমহুনা হেক থকউ ঙমজদে। (কেং তৌহনা চংখিবা।)

বীমোলচান্দ —(মপাললোমদগী) শ্যাম শ্যাম. (চংঙক্লুনা) শ্যাম।

শ্যাম —পাবুংতোন (চেনশিন্দুনা বীমোলচান্দগী মথুং শমহুনা, পাবুং-তোন চৌক্রি অসিদা লৈরে। (কমহনবা)

বীমোলচান্দ— হা! ( হুমাং তৈথোকপা ) কদাই পাবুংতোনগী শঙ্গোম লৈরবরা?

শ্যাম—(শুগৎতুনা) পাবুংতোন, লৈরমগনি, ইস! ঙসিগী শঙ্গোম অসিদি খাবনা উম ···। (থিনা শুগৎপা) থকউরম্নু।

বীমোলচান্দ—(নোক্লুনা) হা-হা-হা করিনোনে মসিনা ঙাংঙিবা অসিবো, শঙ্গোম্বু খাই হায়বনে করিনে।

শ্যাম — থাজদ্রগা য়েংজোনে। (ইমুংদা চেনশিনখিহুনা শঙ্গোম য়াওবা পাত্র অমা পুহুনা থোরক্লগা' সে সে পাবুংতোন অমুক্তা থক্লুনা য়েংঙ্গুসে। (পিবা)

বীমোলচান্দ- আ কদাই কদাই ঐ অমুক্তা থক্তুনা য়েংগে।
(শঙ্গোম পাত্র লৌরগা থকপা) ভো, করিস্থ খাদেনে সে, থাক্ত-
ত্রগা য়েংঙুনে। (পিবা)

শ্যাম— য়েংগে য়েংগে। (শঙ্গে ম খজিক্তং থক্তুনা য়েংবা।) ইস!
পাবুংভোনগীসিদি ম্নাম্না থুম্মিবো, ঐগীদি থাবনা উম ... ...
(ভগংপা)

বীমোলচান্দ—করিনোনে অঙাওবা অসিনা ভাংভিবা অসিবো, আ
কদাই কদাই নংগী শঙ্গোম অত্থু ঐ অমুক্তা থক্তুনা য়েংগে।
(থুংনা শঙ্গোম পাত্র লৌগে ভোবদা থেংদ্বুনা হৈদোকখিবা)
ইহে।

শ্যাম— হৈদোকপ্রেদো। (ঙক্না য়েংবা)

[ লাইট অফ ]

১—৪

( অহানবগী মরিশুবা শরুক )

# লম্বী

অয়ুক পুং ৮/৯ লোম তাবা মতম

( ইবেমহল নিলচন্দ্র ব্বারি শান্থনা থোরকই । )

ইবেমহল - হে-হে কন্নিস্নু লৈতবা ব্বাফম অতুগীদমক্তা ঙইরে, ইনাওনা অচুক য়াম্না ব্বাক্পরিবদি, নৎতে অতৈ পুন্নমক লাইরি, ব্বা অসি কোইথোকহুসি, হৌজিকপু অঙাং অনাবা অসিগী মওং অসি মৈতৈ মাইবগী ব্বাদি কাম্নদ্রে অথং অহৈ কনাগুম্বা ডাক্তরশিংগী মোত্ত অমা লৌরসি অসি নৎত্রদো ইবুংঙোগী ব্বাসে, আ-ইতৈমনা হায়রিবা অসিদা লাম্নবস্নু লাক্লে হেক্তো হায়য়ু করিমতা থুপকম্নু ··· ।

নিলচন্দ্র — অহোই য়াম্না চুম্মী ইতৈমা অতুদা ··· ।

ইবেমহল - অহু ৰুরি লৈবা ব্বানো, ডাক্তর অৰুবা অমা থোক কোহুনা ব্বেংহল্লগা লোইব্বেনে ।

নিলচন্দ্র — মসিদা ইতৈমা, ডাক্তর অমা হেক কোহুনা ব্বে হনবা হায়বসে ··· ···· ··· আ ইতৈমা য়ারনি — ঐ — য়োজরগে । (চৎকে তৌবা।)

ইবেমহল—( ভাব তারক্কুনা ) আ আ-আ ঙাইথোনে, ঙাইথোনে, ইতৈমমা ঙসাই মখৈ ভাব তারুদবননি, আ শন্না হায়রবদা

হৌজিক অনাবসিগী লাইয়েংননবা ডাক্তর অমা হেক কৌহ্না হিদাক-মুংদাক অমা অমগী পৈশা নুংশা ··· ··· ।

নিলচন্দ্র—আ—(ইকাই হনোইনা) য়ারবনি ইতৈমা ···· ··· ।

ইবেমহল—আ—হা·হা হা (নোক্লুনা) ইতৈমনা রাখংদবা হায়বহুনি। সে ইতৈমা রা অমা হায়গে হৌজিক ইতৈমগী খুত্তা পৈশা নুংশা পংয়াম-য়াম্না য়াওরক্লে অহুনা শে, (খুত্তা শিবা খুজি নোথোক্লুনা) খুজি অসে সা মুহোর অনি থরা হেনবনি, মসি ইবুংঙোনা কনাগুম্বা অমগী মফমদা থমগেরা কাই.থাককেন্না তৌরে হায়রগা অঙাং অনাবগী লাইয়েংবদা শিজিন্নরো।

নিলচন্দ্র—(ছক্না) ইতৈমা ! ঐ মহু নৌজরোই, কদাইদগী, ইতৈমমকী খুত্তা শিবা খুজিবু—আ—য়ারনি ইতৈমা। (চংকে তৌবা)

ইবেমহল—ঙাইখো, করিগী নৌরোইদৌরিবনো, নত্তে ইবুংঙোনা ঐ অসিবু কনাগুম্বা অতোপ্পা অমনি হায়না খল্লিবা জাৎনাও ? শে কান্নদেসে মফম অসিদা অহু-অদা হায়হুনা খন্নখিতৈদা অসোমদদি অনাবহু ঙহাক্তা ঙাইখো, ঐখোই শেন·থুম খুদোং চাদরি হায়হুনা খামহুনা থম্বা য়ারোইনে, সে (পীবা নৌদবা) আ·ঐদিনে পোৎ অসি নৌদবকা য়ারোইদৌবনি হেক নৌদহদা হেক্তা কৌন-নাক্লরোইদৌবনি সে। ( ফু রৎ-খাঙদা হাপ্চিনগে তৌবা)

নিলচন্দ্র—আ—ইতৈমা ঐ ···· ।

ইবেমহল—হেরা, অহুম তৌরবদি ঐ হৈনবক্লে করি কান্নবা সে।
(নিলচন্দ্রগী ফুরিংখাঙদা নমহুনা হাপচিনবা)

নিলচন্দ্র—ইশ ! ইতৈমা, মশি ঐ, (ফুরিংখাওদগী লোথোকে ভৌবা)

ইবেমহল—মত্থ হেক লৌদবদ ওসিদগী হেক্তা কৌনদ্রে।

নিলচন্দ্র—ইশ !

ইবেমহল—হৌজিক ঐনা পাম্বদি মকম অসিদগী থুনা চৎন্ত্রে হায়রগা, ডাক্তর অকবা অমা কৌহ্নুনা য়েংহন্নগা হিদাক লাংথক পরপ পরপ থাহ্নুনা হোৎনবা মসি পাম্মি। (করিগুম্বা অমা নিংশিংঙক্রুনা) অদুগা য়াম্না মুংঙাইরবা রাকম অমনা ইবুং ঙোনা স্কুলগী ওঝা ওইবগী হায়বা অদুসু ঙসি মঙা-তারানি অসিগী মমুংদা তশেংবা অমা থংঙগনি হায়দুনা নংগী তাই-বুংঙোনা হায়বনি।

নিলচন্দ্র—(হরাওনা) য়াম্না মুংঙাইজরে ইতৈমা। অদুদি ইতৈমনা ননাওদা উপাই অমা তৌবিরিবা অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা ননাও কোইচেন চেন্দুনা অমুক্তা হোৎনজরুরগে।

ইবেমহল—থিরবনি য়োরো।

নিলচন্দ্র—ফনি ঐ চৎচরে। (হন্নাওনা থোকখিবা)

ইবেমহল—(নিলচন্দ্রনা চৎখিবা মাইকৈদা মুন্না য়েঙগা।) উম, ঐনা নিংজিবা লম্বী অসি-মপুং ফাননবা ঈশ্বরনসু অমুম শিন-জিনবিরকইদনা উম ...। (তাঙা অসিদা সেথর অরাম্নদগী য়ুঙাওনা ঈশৈ শকলকপা।)' তন্নেদা ওন্থোকপা মীওই অমা থেংনসদৌরে হুম! মসি ঐ হৈনদে। (হন্দুনা নাকন অমরোমদা চৎখিবা।)

সেথর—(নোকুনা) হা-হা-হা।

ঈশৈ :—

মুংঙাইনবা পোকপা মপে কনি
কম্নিগীদি অমুক ম্নারুগনি
নোক্না পুন্সি লোম্নগনি।
চানবা থনম্বা চিঙ্গাকনি
থরুবা শেমমম্বা মহিনে
কম্নিগী চাদনি, কম্নিগীদি থক্কনি।
হো মুংঙাইনবা পোকপা ... ... ॥

(নোকপা) হা হ.-হা, বা-বা-মুংঙাইয়ু মুংঙাইংেকউ, মী ওইনা পোকপগী মহৈ ম্নালহল্লু। (লাওবা) হা হা-হা (নোক্কুনা, শেথর লিকলি অমা পায়হুনা, য়ু ঙাওনা চংঙকই, য়ু থকপা) আ! বা-বা শান্তি শান্তি লাইরেম্বী নংনা ঐগী পুন্সিনি, উকুল ভৈবা শুরুগী খোংবি মচুম থরুনোবগী শরুকপুদি, ইমা নংগী গর্ভমুংদা চোংথহুনা নচাগী থরাই মাংজগেকো পলেম, (য়ু লিকলি থম্মপা খুরুম্বা।) খা তাম্না নাওপুহুনা ইমানা ঐবু পোকপিরবমু ঐগী অপাম্ববু পীবিহুনা পেলহনবা, হন্নাও মুংঙাইনা পুন্সি হি হনবা, হে দেবী নংগী নফমদা কংথোকচরবা নচগী থরাই অশে চুপ্পুনা লানবিগদৌরিবী ইমা লাইরেম্বী নংনা ঐগী শিরমদাইগী ভেক্কী শুরুনি। (লিকলি থাংগৎকুনা (চৎনা কোনবা, নাম্বোক্কুনা লৈবাক্তা ভাবা।) হাইত, কায়রবরা হা! (পাইহুনা য়েংবা) আ কায়দে কারদে (কল্লা লাওহুনা) হাইত, কনানো? কান চাদনা লম্বী নোমহুনা শাম্নরিবসে, নখোই ঐবু উশিত্তরাও হম! লিকলি

কাইরমদব' অসি নরাইবক কবা জাংনি চেকশিজৌ। (জাও হুনা তুশিনবা।) বস, শান্তি শান্তি। (লোংথ্রাক লোংনা হিপ্তুনা লৈবা, তাঞ্জা অসিদা পিশক, শ্যাম থুত্তা লাইরিক শিলেপ য়েপ্তুনা স্কুলদগী কুম্মকপা।)

শ্যান - ঐনা ঙসাইনা চৎলগনুশি হইদরা, অত্থু হৌজিক্তি মতম থেংঙবনিনা য়ুমদা চৈরম্মনিদো।

পিশক—হেরা কৈদৌনবা চৈদোরিবনো? মখোইগী অহল-লমন অসি ওঙ্গোরা কংথিদরে। (চৎপা)

সেখর—(শ্যাম, পিশক্না রারি শাবা তারক্লুনা, থংলাও লাওবা।) কনা কনানো?

শ্যান, পিশক—(য়াম্না থিনা থংবগা লোইননা রাংনা চোংথৎলুনা) হো-ইমা! (চেৎনা কোনশিন্নবা।)

সেখর - (হৌগৎলক্লুনা) করি? ঐবু কনাগী ইমা।

পিশক—(কিনা) অ-নংঙোন্দা নৎতে।

সেখর—(য়ু-ঙাওনা) হায়য়ু, নখোইগী ইমাগী মমিং করি কৌই?

শ্যাম—আ (কিনা) ঐ মমিং থংদে কাওখ্রে।

সেখর—হায়য়ু হায়দবা য়াদে।

পিশক —(লোল্লপ্না) হেরা অমা হেক্না হায়জিল্লোবা।

সেখর—(খোং থিন্দুনা) কারি, হাইজিনবা হায়বদি?

পিশক—(থংবোই করিবোই) আ-মখোইগী মমাগী মমিংদি মেহেন্দ্রসিং দেবী কৌবনি।

সেখর—(শাওনা) করি, মাগী মমাবু মোহেন্দ্রসিং দেবী কৌই হায়বা (নোক্লুনা) হা হা-হা (শাওনা) শেংনা হয়য়ু। (খোং থিনবা)

শ্যাম্‌—আ মানা অসি হায়রবদি মথোই বাবাগী মমিংদি চমুরৈম সিং কৌবনি।

সেখর—(খংশাও শাওজিয়হনা) করি! মাগী বাবাগী মমিংনা চমুরৈমা সিং কৌবনি হায়রবা, (নোকুনা হা হা-হা, তুমিয়া লৈহ্ অহন্না ক্যাতু-কারল ডাংঙ্ হায়রবদি নথোইগী বাবানা তাক পরা হা? (চংশিন্নকপা।)

পিশক—ইশ! নকশিন্নকনু নমখিবনা ওগদৌরে। (নাতোন মেনবা)

সেখর—করি, মনম অস্তুক খুংশিববু নমথিকা হায়হনা। (শাওশিন্নহনা) উম, হায়রো নথোইগী নমাগী মমিং শেংনা হায়রো।

পিশক—আ—(কিনা, ঐগী ইমা দ ঐনা পোকত্রিডৈদগী লৈত্রেয়ে।

সেখর—করি নংনা পোক্তুডৈদগী লৈত্রবদি, নংদি সর্গদগী তারকপ্রা?

পিশক—অং ঐদ ইমা য়াওদনা পোকই হায়

সেখর—(খংনোক-নোকুনা) হা-হা হা. করি মমা য়াওদনা পোকপা, করিস্থ লৈতবা জীব যন্তু অসিনস্থ ঐ.ডান্দা কাতু কারল ডাংব শাবা, মুন্না তাও সে, ঐ নথোই অনিদা করিগুম্বা য়া অমা হায়গে (চংশিন্নকপা, শ্যাম, পিশক কিহনা চেনগে তৌবা) খবরদার নথোই অনিমক কনা অমত্তা চৎখিবা য়াদে। চংশিন্দুনা মথুং ফাবা)

শ্যাম পিশক—(কিরহনা) আ—ঐথোইবু ফাবিয়ু।

সেখর—(খংলাও লাওহনা) তুমিয়া লৈয়ু। (শ্যাম, পিশক কিনা লৈবা সে, মুন্না তাও, য়ে ডো নথোই অনি জগোই মজপ্রবা অমত্তা শাও। সে য়েত্রো জগোই মওংদি (সেখরনা কিতন খিনা শেত্তুনা শৈহনা জগোই শাবা পুংলোন): খা-গাত্তিয়া না

ম· তিন-তিন্না, না-িন-তিন্না থা ···। (পুংলোন অসি লোন্দুনা জগোই শাবা, মতৌ অসি উবদা, শ্যাম, পিশক নোকনিংবা থাংছুনা মচিনবান্দা মথুৎনা মেনবগা লোইননা লোম্না চেনও খিগে তৌবা, সেখর উরক্লুনা) কদাইদনো ? ইম্না (চংশিল্লক-তুনা ফাবা) নখোই জগোই শাত্রবদি ফাহুনা থস্মগদোবনি (লাওহুনা) শায়ো।

শ্যাম—আ-জগোই শাবদি হৈতে, অহুগা পাবুংতোন্না তম্নীবা ঈশৈ অমদি থরা থরা ফাই।

সেখর - হা-অহুন। হেম্না পাম্মী বস। অহুগা হাই তুমশৎ মানবা নংদি কমদৌবা ?

পিশক—আ-( কিনা ) চেনবা মাত্রবনিনা বনা অমতনা তম্নীদনা হৈজবা পুংহু য়েবা তায়েদনা।

সেখর—( নোকুনা ) হ-হা-হা, বা-বা সৈত্য, ইপা ইপু পুংতাই-দৌরি, ওস্থাক্লা জুত চানা শিল্লকই হায়রবা, অহুগনে নং পুং য়েবদা তানকা কাইহল্লবদি (থুৎ-থিন্দুনা) তু উবরা ! অাদগী কবোকং মস্নাম হৌরিবসে উরেদনা মসিগী মথাদা নমশিল্লে তাব তাররবা ?

পিশক—(সোলপ্না নংতে শ্যাম মানা হায়রিবা অসিবু মাম্না পুংতাই-গদৌবা জাংলাও ?

সেখর—(থংলাও লাওহুনা) কন্নি ?

পিশক—(থংবগা লোইননা) আ—হোই হোই পাংথোকলা মরক্তা ওন্দুনা তিন্দা কাকফৈগী মচিজ্ঞাক ওইগদৌবগী শরুকপুরি মহুনা থম্না ফগদৌমালে।

[illegible] ছুমিলা ঐময়ু। সে, ঈশৈ-পু্য [illegible] [illegible] [illegible]
[illegible]-টু-গ্রি ।' ([illegible] ঈশৈ-[illegible])

ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি
মাংহনগনু লমথাংদা
ইমাগী গর্ভদা শেংলকপা হকচাং
লমচংনা লাইথুং পামহনগনু—হো মীওইবগী …।

পিশক—(মথুং নামা খুত্তুম তাশিল্লগা, খুং নামগী খুৎচানা খুত্তুমহৃদা পুং খৎপা।) ধা-গে-নাখেৎ, না খে ধি-না, ধা গে-না-খেৎ-না খে ধি-না (চিন্না পুংলোন লোন্দুনা খোং থিন্দুনা পুং য়ৈবা।)

সেখর—(শ্যামগী ঈশৈ মরক্তা) করি কনাগী লাইথুং, লাইথুংনা ঐঙোন্দা কৈদৌজরনি। দেম-কিম্মার।

পিশক—মানি, মানি লাইথুংদি নশাদা পকচরবনিন্দা অহুম য়ারে।

সেখর—করি, (শাওনা) মসিগী অড়াং অ'সিমক্তবু ফারগা খোংবান্দা নমশিনগে। (ফাগে তোহনা চেনশিল্লকপা থিন, ভুহনা ইশ! নিংগোং য়াওদরে। ক্ষিভম থিনা অনাবা থাংবা)

শ্যাম— ঈশৈ

অচৌ পিশক নাইদবনি
লাইর অনং খাইদবনি
জ্ঞানগী মৈয়া পাইহনা
থং[illegible] মিংচৎ ওমর খুজম

(পিশক পুং লেপ্লনা অহুম য়ৈবা।)

সেখর – করি, কনাগী ওমর, করি কাল্লবা লুক্ত-লুট অসুমী শরকপুদি চাও-থকউ নুংঙাইথোকউ। পুন্নমক অন্নেম্বনি।

শ্যাম—উম, মানি অচুম্বনি। নংসে কয়াদি পংকুই কুইনা হিংদোবা মান্দরে, নুংঙাইথোকও।

সেখর – করি মসিগী অঙাং চোম্নকোন মানবা অসি পুম্না য়োংশিল-লগে। ( চেনশিল্লকপা, থিন্না ভুবা।) ইস! থুকউ কাং য়াওদ্রে কাইরে। (থিনা ওগংল্ল।)

শ্যাম— ঈশৈ

লৈমসিজনি ঐনা য়ামোম্নি
অচৌ পিশক নাইত্রবনি
পুন্নমকশে অমতনি, জাতি বিজাতি থাইত্রবনে।
থাকচবা লাংদা থুরবদা
নিংঙম্মকওই পোলোইদা॥

(পিশক হাম্নগী মতৌগুম্না পুং অচুম য়ৈবা)

সেখর—মানি পুন্নমক ঐগী অকপ চাক্তনি পুন্নমক অসিদগী ঐনা ইচাও চাওই, ঐ নংথৌ ন, ঐ রাজ সাহেব-সাহেব।

পিশক – চাওই চাওই হৌজিকা মতমদা ঐথোই অনিবুদি নংনা ভুব-শিনা নংনা চাওরি, চাওইদকো নমথিরেল নংনা চাওবসে নিংথৌজাও।

শ্যাম— ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি
মাংহনগনু লমথাংদা ···· ···।

(পিশক অমম্নুং সেখরনা পুং কয়া য়ৈশিল্লকপা, তাঙ্গা অসিদা

পিশক, শ্যাম ইংগিৎ তৌনহুনা মশা মশাগী লাইরিক য়েপ্পুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা লোম্না পাকথহনা চেনখিবা, সেখর মথন্ত পুং কম্না য়ৈহৌবা ... ... )

সেখর -

ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাংবনি

মাংহনগদ্রু লমথাংদা ... ... ।

(ঈশৈ হপ্তিন হ'জম্না শকুনা কম্না চেংবা ঈশৈ থারগা য়েং-থোরকপদা শ্যাম, পিশক লৈরমদহুনা জান তাদনা) আ— ।

(পর্দাক লাওনা ক্ষমথবা।)

[ লাইট ]

১—৫

## অহানবগী মঙাশুবা শরুক

মুংথিল পুং ৫ রোম তাবা মতম।

স্কুল ইন্সপেক্টর কোমোলগী য়ুম মাঙোল।

(হান্নগী দেকোরেশন ... ...। মফম অসিদা ইবেচাওবী থন্নাই মুংঙাইনা ঈশৈ ঙংঙ-ঙংঙদুনা নিলচন্দ্র লাকপন্না হান্নবগী মওংদা, ফলপ ফলপ য়েংদুনা লৈরম্মী।)

ইবেচাওবী— ঈশৈ

নোংমদোল য়াংনা পাইরবা চেক্লা
চেক্লা নংবু কৈদনো,
লমদম তান্না পাইপ্রবন্নু
হন্নকলোগবা পোন্বী ও।
চেক্লা নংগী দমক্তা
থাদুনা থমজরে নচিঙাক।
য়েক্লা-লাংবু কিদুনা
চেক্লা সমাই লৈগে থন্নরগনি,
মুজাগী লম্মন তোক্লবনি
নিঙোল হাংপা পাপ পুজগনি॥

ঈশৈ শকলিঙৈগী মরক্তা, নিলচন্দ্র চংঙক্লুনা ঈশৈ অন্নুম তারবদগী, মুংঙাইবা অমা পোকলক্লুনা, চৌক্রিদা চংশিল্লুনা

কম্মগা ওক হাইর হাইরদুনা টেবিল মথক্তা মখোন্দি থোক্তনা খুংনা পুং খংপা হোৌরকপা, অমসুং ইবেমহল ঈশৈ শকপা হেক লোইবগা, নিলচন্দ্রসু হেক মুংঙাইমনগ্রহনা খোন থোক্লা খোক্লা পুংলোন লোল্লকপা।)

নিলচন্দ্র—তেরে-কেতে ধা, তেরে-কেতে ধা, তেরে কেতে ধা, হা !

(পুং খংলম্বা খুং অনিমক বাংনা থাংগংতুনা পুং থাবা।)

ইবেমহল—(ওক্লা) হৈমা !

নিলচন্দ্র—আ ! (ইকাইগুম হংগোইগুম) হা-হা-হা, (ইশি শিনা নোকমিল্লবা) হা-হা-হা।

ইবেমহল—আ-নংতে ঐখোই ইবুংঙোদি, মতৌ ইমান-মান্দনা পুংকা য়াম্না হৈরম্মীবা পোংনিনা ...। (অমুকসু নোকমিল্লবা) হা-হা-হা।

নিলচন্দ্র—(ইকাই হংগোইনা) কদাইদগীনোদা, আ—ঐখোই ইতৈ-মনা দিন্দা য়াম্না মুংঙাইনা ঈশৈ মুংশিনা শকঅম্বা অদুদা ঐসু কনাগীক্রা মকম মরাং ইথং খংহোদনা হৈবোই হৈতবোই লম হেল্লবা খুং অসিগা রাারকপা ওমহৌদ্রবা চিনবান অনি অসিগা পাংখং-তা খংতুনা পংলোন্দা হেক্তা লোম্হোকখ্রিবা জাংনি। করিমতা হৈজপোং নংতেদা।

ইবেমহল—আ—ভাব ভাদো। (নোকমিল্লবা) হা-হা-হা।

নিলচন্দ্র—মওংচুবু হাৱজরিবা, অচুপা নংতে, ঐদি নহালমথৈ খংজদে ঐখোইগী ইতৈমদি ইথা থাজদনা ঈশৈবু য়াম্না ফরম্মীনে।

ইবেমহল—অচু-তাইয়ে। নংতে ঐখোই ইবুংঙোবু মকম অসিদা চাংওকপ্পা কয়া কুইরবগে ?

লচন্দ্র – আ—ঐ ঙহাক ওইজরে।

বেমহল - ইস! ইমাইপেম্মা ঙসিদি ঐ দশা অচৌবা অমা হৌথরেদনা ··· ··· ।

লচন্দ্র—হেঃ করিগী দথা ওইরুগদগে, অদোমদা করিমতা থনবিরুগনু। আ – নৎতে ইভৈমা শ্যাম্‌ উদববু কদাইদা চৎখিবগে?

বেমহল—আ—ইবুংঙো লাকঅনি লাকঅনি, ইভৈমনা, থবক অমতা চৎলু হায়তুনা চৎহনপ্রি। নৎতে অভৈ পুন্নমক ইরাইলাইরি, অঙাং অনাববু করি করম তৌরবগে? অসিবু হান্না অমুক্তা হায়খোনে?

লচন্দ্র – ও! অঙাং অনাবগী রাসে, ঐ হায়জগে। ইভৈমনা ননাওদা পীবিবা পোৎ অতুগী মপান্না ঙরাংসে ননাওনা ডাক্তর অকবা অমা কৌজতুনা য়েংহল্লরগা খুদক্তা হিদাক-লাংথক লৈখোত্তুনা পরপ পরপ পিজ পিথক্তুনা হোৎনবদগীদি ঙরাং অহিং অসি মহাক পুন্না পোথাতুনা ঙসি নোংঙাল্লমদাই অতুদদি চাক চখোমমুক্তং চাগে হায়রকই, মতু ননাওনা পরপ-পরপ হোৎনজতুনা পিজবদগী হৌজিক্তি মনিৎ মনা পুংশিং শিংতুনা লৈহৌরে ইভৈমা।

বেমহল – (হরাওনা) আ—আ। মুংঙাইরেদা। অতু ডাক্তরনদি চাক পিজবা য়ারে হায়বরাও?

লচন্দ্র—মতুগীদি ডাক্তরগী রা ঐনা মুন্না লৌজহৌই ·· করিমতা কাইদে হায়।

বেমহল— ফরে ফরে য়ান্না মুংঙাইরে।

নিলচন্দ্র—অসি পুন্নমক অসি ইতৈমগী মপান্নবি, ননাওনা পুন্সিসিগী কাওজরোই।

ইবেমহল—হেঃ করিগী তৌনদবা য়াবরা, করেদা ইতৈমা ওস্থোক্লা মুংঙাইরে। (কেথতুনা) য়েংঙো হায়বা, সে ইতৈমনা ইবুংঙোগী হেক রাবশি, করি করম তৌরিগবা হায়তুনা হেক খনবদ অসুম্মক তুম্বা য়াদা, অসুম্মক য়াদা, ইবুংঙো থাজরোইকো। হে-সৈন্য রাথন্না তুম্বা চাবা য়াদে হায়বা অতুদি ইতৈমনা হন্দক্তা চপ-চানা থংঙেমী। ইপা ইপু নোরোক হেক তানি থাজ্জোকো। শে নোংঙানখিবকা অমতা থংহৌদে হায়বা রানি।

নিলচন্দ্র—আ অচুম্বনি, পুন্নমক ইতৈমনা মুংশিবিতুনা ... ...।

ইবেমহল—অতুগা রাকম অসিমগা, ইবুংঙোনা অঙাং প্রাইভেট তম্বীবগী তলবমু নংগী হাইবুংঙোনা হন্দকী থা অসিদগী হাপ-কংলগনি হায়বনি।

নিলচন্দ্র—এঃ টতৈমা করিগী হাপকংলুগদগে তাইবুংঙোনা মুংশি-বিতুনা পিবিরিবা অনি য়ামতুম য়ামনপ্রবা জাৎনি, মসিমু লৌত্রফাওবদা য়ারিবা পোৎনি ঐনা খজক্রুং ফিভম চাদবা অমা ওইবনা লৌজরিবনি ইতৈমা।

ইবেমহল—হে - লৌগদৌবনি। মতম, মতমগী মতুং ইন্না তলবকা হাপ্ত-লাক্তবকা য়াবা পোৎ নংতে। (রাখল অমদা) আ-অহ্ন ওসিদি ইতৈমা করিগুম্বা রা অমজগা ...।

নিলচন্দ্র—তাকপিয়ু করি করম্বা রাকম ওইরবনো ?

ইবেমহল – হে রাবুদি কারস্থ লৈতবা রাকমনিদা; অদুদা ইতৈবনা অস্থুম হংগোইজহনা ··· ।

নিলচন্দ্র – হে—করিমতা চিংনবিগন্থু, হেক্তা হায়বিয়ু, ননাওনা ঙমঙ-গদোবা থবক ওইরবদি খুদক্তা হেক্তা পাংথোকচগে, হায়বিয়ু ইতৈমা ।

ইবেমহল – আ (চিংননা) রা অসিবু আ—থংদেদা ঐখোই ইবুং-ঙোগী মতৌ অসিগা, ঐনা নীংঙিবা অসিগা খেন্নমনপ্রহনা হেক হায়দোকদোবা অসিদা, আ – ইবুংঙোস্থ ভাব থিং তামনখিত্রবা হায়বা অদুনি, করিনো নিপা নহা নংভবগুম্মী ।

নিলচন্দ্র—(চিংনরপ তৌনা) ইতৈমা !

ইবেমহল —করিমতা ঙকনু, রা অসে মতম কুইরবা ; ইতৈমনা ইবুং-ঙোগী মকমদা অমুক্তা ফোংদোক্কে হায়না নিংঙকপা, অদুবু অম্নুম্মক ঙমদা অমুম্মক ঙমদা, আ—শম্না হায়রবদা, ঙসি হায়বা মুমিং অসিদগী, ঐনা ইবুংঙো হায়বা মিংগৌ অসি হোংদোকঅবা, অদুগা ইবুংঙোনস্থ ঐঙোন্দা ইতৈমা হায়বা মিংগৌ অসিগী মহুৎতা ··· ··· ।

নিলচন্দ্র –(ঙকপা অমম্নং ত্ত-চুংবগা লোইননা) ইতৈমা !

ইবেমহল— অচুম্বনি, ঐনা হায়রিবা অসে ঐনা ঙসিদা ইনৌ-নৌনা হৌদোকপা নংতে, অসিগুম্বগী লম্বীদা চংনরিবা করা অদুগী মমুংদা ত্তিন্দুনা কনা জিব অমতা থংহন-ভাহন্দনা পুন্সিগী য়ুম্না ছুংঙাইপ্রবা অঙকপা মখলগী লম্বীদা পুম্না চংমিন্নসি হায়রবদনি ।

নিলচন্দ্র—(জ্ঞান মাংবগা লোইননা চৌক্রিদগী ফুক হেংগৎলগা) ইতৈমা! (তাঙ্গা অসিদা বীমোলচান্দ চ ঙকপা য়া তাবা।)

ইবেমহল—হৈমা, কৈদৌবগীনো অতুক য়ায়া ঙকইবা অতুবো, ওম্থোক্লসু নিপা মান্দেদা।

বীমোলচান্দ—আ—ইতৈমা কনা কৈদৌবা য়াওরবগে।

ইবেমহল—(ঙক্লা) আ.. করিসু নৎতেদা ইবুংঙো, সে-সে অসুম তৌরে, নংগী মরুপ নিলচন্দ্রগী মচল অতু মশা য়ায়া কয়া ঙম-দতুনা লাক্লরি হায়রে, অতুদা ইতৈমনা পৈশা মুংশা থরা মতেং ওইনবা পিবদা লৌ হায়বা য়াদ্রিবা।

বীমোলচান্দ—ও- নোক্লুনা) হা-হা-হা মরুপ নিলো কারগী লৌদ্রি-বা? মসিদা করি চিংননিংঙাই লৈরিবগে, নং ঐ চাক পুথম অমতদা চানমগ্নতুনা হিন্নরি, অতুগা ঙাইবুংঙোনসু নং ঐ অমতা ওইনা লুনা চান্না তৌবিরি; মসিদা ইতৈমনা মনাও মক্লি থন্দুনা নংগী ঐগী ইকমদা অরা মতেং পাংননবা হোৎ-নবিবদা করিমতা চিংনদনা হরাও হরাওনা লৌফম থোক্লুরা। মতুদা লৌদ্রবদি ইমা শক্লবী ইতৈমনা বারৌথিবগী দোষ নং ঐনা ফংঙোইদ্রা?

নিলচন্দ্র—(জ্ঞান তাদনা) ইশ! বীমোল।

ইবেমহল—হো অতুনিনে ইবুংঙো ... ...।

বীমোলচান্দ—লৌও, অতুগা ইতৈমনা পীরিবা পৈশা-মুংশা অতুনা শীন্নবদা কোয়রোইদৌবা ওইরগসু .... সে। (থুনিংথৌদগী থুদোপ, থুদা দগী ঘড়ি লৌথোক্লুনা) সে, পোৎশক অনি অনি

পুয়ো অহুগা মরুপকী অচিনবা অহুগী মতেং ওইনররো সে।
(পীবা বীমোলচান্দ জ্ঞান তাদনা লৈবা।)

ইবেমহল—হেঃ ইবুংঙো নংগী নখুত্তা শিবা পেংৎ-চৈ লোথোক্লুনা হেক পীবা হৌনদেদা, ইতৈমনা ফননবা শিনগনি। (রাধন তমদা) ইহে ইবুংঙো, সে নচা শ্যামদো হুকান্দগী চা-চানি লৈরুনি হায়হুনা চৎখিববু শুংহন হল্লকপা কৌবা লৈখিদরে কবিবু তৌরবনো, পৈশা মুংশাবু তাহৌ খোৎহৌরবরা কুইমল-লদনা ইতৈমদি, মুংশা খিবা অমা য়াওশিল্লকএ, ইবুংঙো নং অশৱাইকাওবা চংতুনা অমুক্তা য়েংঙু চোবা।

বীমোলচান্দ— এঃ ইতৈমা বয়া কুইরবা চৎখিবা?

ইবেমহল—কুইরনে, ঐনা লৈজরুগে তৌজবনি মানা ঐ লৈরুগে হায়হুনা হেক্তা চেনখ্রিবনিনে ইবুংঙো, মাগী ওঝা লাকইবা আসিমু কুইরবা। কমদৌসগে।

বীমোলচান্দ—আ-ফনি ফনি, ঐ য়েংজরুগে (চংকে তৌবা) ও! (লৈশিল্লক্লুনা) মরুপ নিলো, নং হুহাক্তা লৈরমখো, ঐ অঙাং য়াম্না থুনা কৌরকঅগে। (চৎপা) শ্যাম, শ্যাম, শ্যামকুমার! (কৌ-কৌহুনা থোকখিবা।)

ইবেমহল—ইবুংঙো, কৈদৌরবগে? তিংঙক তিংঙক লেপ্তুনা লৈরিবা অহুবো, চৌক্রিদা নিংখিনা ফম্মো।

নিলচন্দ্র—ইশ! ইতৈমা, 'চৌক্রিদা ফমথবা) ঙসি ঐনা তৌরিবা অসিবু করিনো, ঐ জ্ঞান অমা পুন্নমম মম্মে, ঐবু মংলা তাই-বংলা মফম অমতা থংদরে।

ইবেমহল—কন্নিগী মং ওইরুগনি, পোকওমদনা পোকলবা মীওইবগী পুন্সিদা সুংঙাইনা ছিংননবগী অনৌবা মঙালগী লম্বী অমা, ঐনা চাওনা কাংলিবা অসিদা অমতা ওইনা পুন্না চৎমিন্নসি হায়-বদন্সিনা …।

নিলচন্দ্র (শাওরম্না) ইতৈমা! হাকম অদু অনিন্নক শুনা পনবিন্ন-গন্নু, ঐ মতু তাবদা খাংবা ওমশিল্লক্তরে

ইবেমহল - কন্নিনোনে হায়ন্নিবা অসিবো।

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ইতৈমা, হেক পোকমিন্নব মনাও অমগুম্না খন-বিগদৌবা নিলচন্দ্র ঐগী নাকোং অসিদা হেক তাবদা তু-চুংবতা নৎতনা থম্মোই অসি কান্নননবগী মশক ওইরবা রাহৈ অদু তোইনা তোইনা পনবিন্নবদি (শাওন) ব্যবহার কাইজনি ত্রবা ননাওগী মকমদগী অথিবা রাহৈ তাবিগনিকো ইতৈমা।

ইবেমহল—এ:

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ঐনা হায়জন্নিবা অসে, ঐবু হেক পোকপিন্নম্বা ইপাদগী হেন্না লুনা খজ্জরবা তাইবুংঙো কোমোনগী মকমদা ননাও ঐনা অকাইবা লম্বী চৎলমগনি হায়্নবা অসিদ মপোক অসিমগী খনবিকগন্নু। ইতৈমা তাশিন্নিবন্না উবা কংবিন্ন-বন্না, মন্না উরোকথোং লাল্লি হায়রবা অসে।

ইবেমহল—আ ফরে ইবুংঙো, ইবুংঙোগী থম্মোই অদুদা খংগে তৌবনি হৌজিক্কি লোইনা তাব তারে।

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ইতৈমা, মতু পানবা শা-হুইদম্মু মপু নিংবদা শিংখানন্নি। অদুগা ইতৈমদি তাইবং মী ওইনা পোকলে

হায়রগা তমখিরবা কৈ অমোমগী শাজৎ চৎশিহ্নুনা ঐবু শায়াক তমগে লাক্নবিরম্মোবদো ইতৈমা নবাওবু ডাকপিয়ু। (খুরম্বা)

ইবেমহল—আ—(শাওনা) করে করে ঐদি নহানমখৈ থংগুদেদনা মাশিংসে য়াম্না গুণ চেনবা, ইপা ইচা মশক য়াম্না থংনা চৎনরম্মে। উম, ঐনা নহানমখৈ ভাব তারদবা অসিদি ঐদি য়াম্না পংঙম্মেদনা। আ—ইবুংঙো ধর্ম্ম কায়দবা, মতু পানবা শাদগী হেম্না ভোম্নবী ঐগী পোৎ-চৈ থম্না শিজিন্নখিবা অতু হৌজিক থম্না পীবিরম্বা তারে।

নিলচন্দ্র—ও—ঐ শোইদনা পীজগনি, হৌজিকমক্তি য়াওজময়ক্লে, হয়েং নৎত্রগা হংচিৎ অসিদা ....।

ইবেমহল—(শাওনা) ছুম! তাইবং মীওইবগা উনবা য়াক্লবা কৈ অমোম ওলহল্লবী ঐগী ইপোৎ ইরন শোকঅবদি খুদক্তা শায়াক তমহুনা খুদোংথিবা লাকনি খুদক অসিমক্তদা পিথোকঅম্মু।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) খুদক অসিমক্তদা।

ইবেমহল—মাসি খুদক অসিমক্তদা, অতুগা মীগী য়া লুপা য়াইহুনা শিজিন্নকবগী মতিক চপ চাবা শেন্দোইসু হাপহুনা শিংতমগদোবনি।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) শেন্দোই, শেন্দোই কয়া পাম্বগে ইতৈমা? ইতৈমনা পাম্বীরিবা শেন্দোই অতুগী মথক্তা ল্যাইবক থিরবা ঐবু তমথিরবা নোরোক্কী কোয়দা তারমগদোবদগী কনবিবগীদমক্তা ইতোপ-তোপ্পা শেন্দোই মথল অমসু নবাওনা চপ চানা হাপজরকনি। "ইতৈমা নবাও চৎচরে"। (খুং অমি জুর তৌরম্বগা শাওনা থোকখিবা, ইবেমহল অমন নাংক্লকপ্রক্তোকম থংদনা লৈহৌবা) ইশ! (কমথবা)

[ লাইট অফ ]

১—৬

( অহানবগী তরুকশুবা শরুক )

অযুক্কী মতম

# লৈকোল

(লৈকোল অসি লৈ-শু কয়াসু হৌহুনা ফজ ফজনা শাংলি। মফম অসিদা মশা কন্না ভম্মুদবদগী ফগৎলক্লবী স্বর্নলতা মশাগা পকচবা ফি-রোল শেৎ-চাহুনা তরু তহেন্না, তপ্পা তপ্পা থোরকই অমসুং মাইকৈ খুদিংগী ফজবা নিংথিবা কয়াবু য়েংভু রগা চিঠি পুথোক্কুনা পাবা।)

ওফভগী (লিপি অমা)—তোল্লবী লাইবক থিরবী ঐগী পুল্লিদা মুৎলঃ রোইদোবা ময়েক্লা ইহুনা থমজগ্রবা নংগী মুংশি মুত্তিনি। অহুবু বীমোলচান্দ নংনদি লাইবক থিবা অমা ওইখিবনা ভসি ফাওবা অসিদা মুংশি লপাও অমতা ভাদনা লৈরকপা ··· ··· অহুবু লাইবক থিরবী নচন স্বর্নলতা কৌবী ঐনা কনা অমগী রাখল চংদনা তুম্বা চাবা খুদিংদা নংগী রাখল্দা থন্দুনা পুক্লিং অনি লোংদনা লৈজরি। কাওবীগনুকো তোল্লবিবু। কনা অতোপ্পা অমা নত্রবী লাইবক থিরবী নংগী স্বর্নলতা। (চিঠি পাবা লোইরমদাইদা সেখর মশা হাইকেৎ নানবা ফিজেৎ শেৎহুনা কোক্তা তুপিনচিংবা উপ্পপা চিনবান্দা চুরুট অমা চুপ্তুনা চংভকঅগা স্বর্নলতানা চিঠী পাবা ভাররি। চিঠী পাবা হেক লোইবগা।)

্র্নলতা—ৱাহৈ খরা অসিদি ইরে, অদুবু পোৎশক অসে মাগী মফমদা কনানা য়ৌবিগনি, অদুগা মাগী মফমদা য়ৌৱগা কনানা অমুক পাবিগনি। (খনবা)

সখর—(নুংশিদনা) ইবেম্মা পোৎশক অদু ঐ ইশামক্লা পুজরগা আ লাইবক ফবা কনাগুম্বা মহাক অদুগী মফমদা পাজরুবকা য়ারোইদরাও ? অহম ! (খোদেম্বা, স্বুর্নলতা চৎকে ... সেখরনা থৎলগা।) ভাইখোদা স্বুর্নলতা, ঐনা হৌজিক হংজিবা ৱাহং অসিগী পাওখুমদদি পিরমখোদা।

্বুর্নলতা—(নুংশিনা) তাদা, তাদগী মফমদা নচম্না করি পাওখুম পীজগনি। ঐন হায়জগদৌবা হায়ববু নচল ঐদি লাইবক য়াম্না থিরবী অমনি, অদুনা নচনগী খুদোং থিবা অম্না অনা কায়া ভারকদৌবা পুম্বদগী কনবিয়ু, হেক পোকমিম্বী নচল অমগী মতৌগুম্না নুংশিবিয়ু, অসিমত্তনি ঐনা হায়জগদৌবা হায়ববু। (চৎকে তোবা)

সখর—(শাওরম্না থৎতুনা) স্বুর্নলতা ভসি নংগী নমংদা লেপ্পুনা রা হায়রিবা মীশক ঐ অসে কনানো হায়বদো য়াম্না মুম্না থল্লগা রা ভাংভু নত্রবদি ··· ···।

্র্নলতা—তাদা নচম্না, করিম্মু অমুক খম্মুনিংভাই লৈজদ্রে ঐনা হায়জরিবা অসিনা নচনগী পুক্লিংগী অরেপ্পা ৱাকম্নি।

সখর—(শাওনা) অরেপ্পা রা, হুম ! স্বুর্নলতা, নংগী ৱাখল অদুদা করিমত্তা খম্মুনিংভাই লৈব্রে, হায়রিবা অদুনা অরেপ্পনি অসি নত্রা ?

র্নলতা—অচুম্বনি তাদা।

সেখর—(খংলীও শাওহুনা) অচুম্বনি তাদা, হুম! অত্তবু স্বর্নলতা সে—নংনা নিংছিবা আসা অত্তুদি করিমতা কান্নব্রবা, য়েংভো নোংপোক্তা খোকইবা মুমিং অসিনা, নোংচুপলোমদা, প্রমান "অসিনা তাকপদি" মসিগী অর্থদি (মিংতা খুংনা খিন্দুনা তাকপা) ভাব তাম্নেদনা করিসু কান্নব্রবা অরেপ্পা হুম! হা-হা-হা (নোত্তুনা খোকখিবা, স্বর্নলতা খম্বাই মুংভাইতনা লৈহৌবা, তাঙ্গা অসিদা বীমোলচান্দ অরাম্বদগী ঈশৈ শক্তুনা লাকপা।)

ঈশৈ :—

রাখল চেৎচহৌ লৈরাংও
লম্ফাংলবা তাইবংনে।
নোক্না-ইরৈনা চেম্ন্নহুনা
ইরাক্লকগনি তাইবংদা
কনানসু কর্নাবিয়োহ
কনানসু উবিয়োহ
রাম্নবা কান্দা ইতোমতনি।
ইরাংগী ফিজেৎ শেৎতুনা
ইথক ইরৈদা তোংলবদি
লম্মথাংদা লুপচগান ও ... ...।

তুংগী পোলোই য়েংজহৌ, রাখল চেৎচহৌ লৈরা ও
নোক্ন-ইরৈনা চেম্নজনি, রাখল চেৎচহৌ লৈরাংও
ইরাক্লকগনি তাইবংদা, রাখল চেৎচহৌ লৈরাংও
লম্ফা লবা তাইবংনে.
তুংগী পোলোই য়েংজহৌ॥

(বীমোলচান্দ ঈশৈ লোইরগা)

বীমোলচন্দ—বস (ফমথগে তৌবা)

স্বর্নলতা–(মুংশিনা) বীমোল।

বীমোলচান্দ—ও! (হৌগৎত্নুনা) কনা ওইরবনো?

স্বর্নলতা—বীমোলচান্দ ঐনিনে, কাওবিরবনে লাইবক থিরবী অঙ্কু-
ভৈগী স্বর্নলতাবু।

বীমোলচান্দ—ও! (মুংশিনা) হে লাইবক ফবী করিগীদি কাওবা,
মতম কুইনগীদি তুংদা থাজদনা ওসি নংগী খোঙ্গেল তাবা ফংডে
নংতে, হকচাং য়াম্না কম্না ডম্মুদরে হায়না তাজে। অদুবু
হৌজিক্তি হকচাং খরা মুংঙাইবিরেদনা।

স্বর্নলতা—হুম, বীমোলচান্দ ঈশ্বরগী কৃপাদগী ঐগী হকচাং নাবা
ফয়ে, অদুবু বীমোল ঐগী থম্মোইমুং অসিদা চাকইবা
ওমচাক্লবগী কল্লবা মৈরিগী থিংওমদ্রবা মৈচাক অসিদি কনা
অমতম্মু উবিদে, কনা অমতনম্মু থংবিদে, মৈচাক অসে নোংমা
নোংমগী অম্লম অম্লম চাকপা হেনগৎলকইদো, থাজদ্রে
পুন্সিসিগী মুৎকনি হায়বা অসে …।

বীমোল—হুম! সংসারগী অক-কত্তা, লেংলি-পাল্লিবা পুম্নমকপু
উবা থংবা ওম্মীবা হে লাইবক ফবী নংগীম্ভ অমুক অম্নাবা
শরুক থুংডিবরনে?

স্বর্নলতা—ও! বীমোলচান্দ, নংনদি অদুম্না হায়রিবা, অদুবু বীমোল
সংসার অসিদা চৎনরিবা মতং, ওইরিবা ফিভম পুম্নক অসি
উরুরে থংডুরে হায়রগা অমুক নিংবা থুংদনা লৈগদৌবগী
শরুকপুদি বীমোল হৌজিক নংগী ওইরিবা ফিভম অসিনা

লাইবক থিবী ঐগী ইকমদদি শরুক চামা হেন্না কয়গোই নি ঙকএনে বীমোলচান্দ।

বীমোল–(হরাওজনা) স্বর্নলতা! (তাঙ্গা অসিদা কোমোল স্যুট-টাই ভৌহনা থোরকই মথোইগী মতৌ উবদা লে য়া অমুক হঞ্জিন-থিহনা য়। তাবা।)

স্বর্নলতা-অচুম্বনি বীমোল, নংনা তাইবংগী অফ-থম্বা উরিবৈগী মতমদা নংগা ঐগা হায়-থিবা কাওরোইদৌবা য়াহে, মুৎল-রোইদৌ।। নংগী শুদ্ধাৎলবা নিংয়েং; পুম্নমক অসি খল্লুরে হায়রগা বীমোলচান্দ নংহাক অসে লাইবক থিরবী মফম ফত্তবদা হৌরবী ঐনা ৈসরাংগী মশোগুম্না য়েৎচহনা, পুন্সি অসি নকুম থুপ্ন: লেপ্তরগে হায়ন খল্লকলেনে বীমোলচান্দ।

বীমোলচান্দ–স্বর্নলতা!

স্বর্নলতা–অচুম্বন ঐনা হায়জরিবা অসি, পাঙ্গল শোল্লবী উরিগী জাৎতা হৌরবীনি হায়হু।। হয়েং মতম অমদা থোক কাওথোক-পদি তৌবিগনুকো।

বীমোলচান্দ–(হয়াও-তুজুংনা) স্বর্নলতা!

স্বর্নলতা–অচুম্বনি, অকনবা নোংলৈ মুংশিং কয়া নংলবসু মংনা উকন ওইবিহনা লাইবক থিবিগী পুন্সিবু কনবিয়ুকো।

বীমোলচান্দ–(হয়াওনা) স্বর্ন!

স্বর্নলতা–ঙসিদগী ওইজরগনে পুন্সিগী লোইনবী, (বীমোলচান্দগী মনাক্তা চংশিনবা)

কোমোল–(থোক্তুনা) আ–অচুম্বনি হে–পুকচেল ফজরবী, ধর্ম

চেল্লবী নংবু কোমোল ঐনা ভয়াম তয়াম্না ওকলি। (বীমোল-চান্দ স্বর্নলতা জ্ঞান মাংনা চেম্থোক্লবা)

কোমোল—হা- (খুংনা থাম্মগা কনা অমতা চৎপা য়ারোই। (স্বর্ন, বীমোল চপ চপ লেপ্প।।) য়াম্না ফরে, ঐগু মতম কয়াগী মমাং-দগী হৌনা অসিগুম্বা ভাঙ্গা চাবা অস অমুক্তং থেংনয়বদি হায়হুনা লুমহুনা লৈরকপা ঙসিদি মতম শুরমালে থেংনরেদো। (স্বর্ন, বীমোল ইকাইহুনা কারল চৎনবা। কনা অমতা লেংবা য়ারোই হেক চৎপদা য়া থোকএ, সেরা, কনা অমতা থংহন-তাহল্লিদবা থোদোকপু কোংনা ফারবদা বদাইদগী ভরাই ভর'ইনা পাক থাদোকপা য়াগদগে, ভৌকম থোকপা বীচার তৌরগা পিকম থোকপা দগি অহু চপ্-চানা পীগদোরবনি।

বীমোল—আ-মাগি ঐগী মরুপ নিলচন্দ্রগী মচল্লি। .... । চুম্না ইচম চম্না ...।

কোমোল—আ—মহুনা অমুক হেন্না লুথরে। পুন্সিগী তংন-থানবা য়াদনবা য়াম্না চাওবা দগি ফংগদৌরিবনি। (স্বর্নঃ বীমোল জ্ঞান ভাদনা লৈবা) অহুনা নথোই অদিদা ঐনা পীগদোবা দগিদি (লাওথোকপা) হয়েংগী হুমিত্তা নিলচন্দ্রগী মচননিপী স্বর্নলতাগা কোমোল ঐগী ইনাওপিপা বীমোলচান্দগা য়াম্না চাওনা লুহোংলগনি। (স্বর্ন, বীমোল জ্ঞান তাদনা চৎনবা) আ—নংমু চৎপা য়াদে, মাগু লেংবা য়ারোই। (জ্ঞান তাদনা চপ লেপ্পা) বীমোলচান্দ, মশক মভৌদা চংথোক্লবী, নিংথ্রবদা হোংত্রবী, নীতোল কুমারীলক্তী অথোইবী মহাক অসিবু ফংজদি ইয়াম্বদি খুংনা সর্গ অসি লাইনা লাম্না ফংবগুমপ্রে,

বীৰেনচান্দ' নংমা' মাথু' পুন্সিসিমগী থাদোকয়ু। (স্যুর্ন, বীৰেন'দ ইকাইহনা' চেংঙোক্লবা) চংপঁময়ু য়াঃয়াই, চেনবয়ু য়াৰোই' কা'মৌন, কা'মৌন কা মৌন' বীৰেনচান্দ কা-মৌন কা-মৌন (থুং অমিনা চংশিন্নৌ' হায়না ইংগিং ভোবা। য়ুনজতা বীৰেনচান্দ থগা থগা চংশিন্নহনা মশা মশা থেংনবা) হা—তোক্ত মৃত ষ্টেন হিগ্নায়। (বীঃ স্যুর্ন চপ জেপ্নবা)

[ লাইট ওফ ]

ইণ্টর্ভেল

( অনিশুবগী অহানবা শরুক )

অয়ুক্কী মতম

# লক্ষ্মী

(সেখর, মৈতৈরোলগী খবর অমা পার পারতুনা থোরকই, অসুম থোন থোক্তনা পারষদগী থেংনবা।)

ওফতগী (নিপা অমা) লুহোংবা, তাং অমুক অমুক য়ুমশকৈশা কুমিংকী মুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা বোর যাত্রা তৌহুনা, কে, বীমোলচান্দ সিংহগা কুমারী এন, সুর্নলতা দেবীগা য়াম্না চাওনা লুহোংব্রে।

সেখর— ওক্না, আইস! হোংখরেদনা সিদি। (খবর অমুক পাবা)

ওযতগী—(নিপা অমা) লুহোংবা অসিদা তিনখিবা মীওই অসি চাওরাক্না মীওই লিশিং অনি অহুমলোম অদুগ্না ওইখি, জিব-কার মশিং থিঙমখিদে, বোর কৈন্থা অনিবু শিল্লকপদা মীপুম খুদিংমক্না য়েংনবা হোংনবদা মেন-মোট অহু পুংখাই অময়োম থিংখি হায়বা য়াই। মশক নাইবা ওফসারনচিংবা অচৌ-অশাং কয়ানা মশিং থিঙমখিদে। পা য়ম্না য়াম্না থাগৎনখি মচিন মনাও কুংশিনবগী থৌদাংদা ফজন খবক পাংথোকখিবা কে, কোমোল সিংহবু। (খবর পাবা লোইব)

সেখর—(শাওনা) থাগৎলু! থাগৎলু! থাগৎলু! (খবর সুরু-সুরু নৈহৎতুনা লাকুনা লংথোকপা) করি কায়বা ঝুত মুত য়ারেমথোরেম করিনু কায়রবা ওাক্তা ··· খবর কলম য়াই চিয়বা,

হোংনিংলগা হোংঙু, হোংনিংদ্রগা ভোকচোদনা কৈদৌনেগে, ঐগী শরুকসু করিগী য়াৎলুনি হায়রগে? সেরা (শাওনা হং-ঙং-হল্লা চৎতুনা লৈবা, অরাপ্পদা ইবেমহল লাকপা উবা ....) উম! ঐনা য়াম্না উননিংনা লৈরম্বা মীশক অমথক্তি লাকএদনা (ইবেমহল চংঙকপা)

ইবেমহল – হৈমা, ঐখোয় ইবুংঙো সেখর নংতরাও?

সেখর—মানিনে ইচেম্মা।

ইবেমহল—ইস! মুংঙাইজরেদা, ইচেনা য়াম্না উননিংনা লৈরম্বগা তান ওয়োক্না চানা থেংনরেদা .... ...।

সেখর—(হরাওনা) অচুম্বনে ইচেম্মা, ঐসু ইচেম্মাবু য়াম্না উননিংনা লৈজরম্বনে।

ইবেমহল – আ – আ তাঙ্গাদা ইকুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা চৎনবিবা, আ – অদু ইচেবু য়াম্না উননিংবগী মরমদু অমুক্তা হায়রু তাসিদনা।

সেখর আ য়াম্মদুবুদি অসিনিনে ইচেম্মা, আ – ভরাং অসি ইচেম্মখোইগী ইনাও ইবুংঙো বীমোলচান্দবু লুহোংবগে হায়রবা অদিবু ....।

ইবেমহল—(য়াম্না তম্বনা) হোই হোই, ইবুংঙো মকম্ম মরাং ইখং থংহোদনা লুহোংবনি হায়রম্না হোংঙে।

সেখর – আ – অদু ইচেমদি ইনাও মক্কম মোকপি অমা লাকজরনিনা থুক্না য়ামহনা চাথনি হায়রনা য়াম্না মুংঙাইবিররিদনিনে।

ইবেমহল – কনাইদগীনোদা ইবুংঙো, মুংঙাইরবদি হায়রদ্ধু, ঐঙোন্দা য়েংথক হায়রবা চংঙকইখনি চংঙকইবা। বৎদ্রে ইবুংঙোসু

খল্লুবা মঙ্গুংঙু নিপা অসিনা মম্বিৎ-মনা অমা উ খোৎতুনা মী খাইগা মিমায়বস্ নংতে, ইবুংঙোম্ ভাব আরৈনি, যুম থাম্বনি হায়দুনা মসিনী মতুংদা লাক্কৌরিবা ভাক মচা-মশু অমা অমা পুন্নমক অসি ই চগী ইথক্ম পুন্নপ্না নমগদৌরি-পোংনি, অদুনা ইবুংঙো ইচেম্বি অহুম খল্লুবদা খোং-খুং অসি শং তিংথোক্লুনা কপনিংঙবা হায়বদু য়োরবা ঙাংনি।

সেখর – ও-মানিনে ইচেম্মনা হায়রিবা অসিদা করিঅমতা কক্লিংঙাই লৈত্রবা য়াম্না চুমত্রবা রাকমনি। অদুগা হৌজিকী হায়রিবী ইচেমগী ইনাওনিপী ওইররিবী অসিগী মরমদস্ ননাওনা করি-গুম্বা থরদং ফোংদোকচনিংবনি অদুবু ... ।

ইবেমহল – করিমত্তা চিংনবা লৈতনা হেক্তা হায়যু।

সেখর—ইচেম্মা রা অসিবু হেক্তা হায়রসিরা ?

ইবেমহল – ইতে ওম্থোকপনিদকো ঐনা হায়যু হায়রিবসিদি করি-মত্তা চিংনগনু।

সেখর – অদুদি রা অসি ঐ হেক্তা হ য়রবগে, হৌজিকি হায়রিবি ইচেম্মগী ইনা ও নিপী ওইরিবী ইবেম্মা অসিগা, নোপক্ল ঐগা মখোইগী নাহা ওইবগী মঙ্শিনবক্তা হায়রদো য়াম্না য়েনা লৈন-জদুনা লৈরিঙৈগী মরক অদুদা কদাইদগীনো ঐক্না থংদ্রিঙৈদা ননাও ইবুংঙোনা শোয়লি শোজি ফং লাংশিনখিদুনা পন ফৈশাক ফৈনা থিংঙে হায়রগা তাইবুংঙোনা ইশিঙ্গুনা ঙা কাখরে লোইরে রা।

ইবেমহল – হে – হে অদুগীর, ইকপরানা ঙসোইমথৈ অদুক য়াম্না য়ানা থরক্লীরা অসে। মতুংদিনে য়ে য়েল্লা মখোইনা ইন্থিতুনা

ফাব্রিবা ঙা অদো ইচেনা তাপ কারগা ইবুংঙোদা থোক লংথোরক্লবদি কমদোরে ?

সেখর—ঐনা তাপ হেক ওকপা। ইস! অছুদি ঐদি চপ-চানা লম হৌদোং তারে।

ইবেমহল—(নোকপা) কব্রিগী তাজরুগবনো, মাগী মাগী কৈদা কৈদাছুগী মওং য়েংহুনা থবক চংথগদোবনি। মছুগীদমক্তা ইচে লৈরি।

সেখর—(হৱাওনা) ইস, ইচে ইচেম্মনা নৌপৱাগী নিংবা অসিবু থুংহনবিগনি হায়রবদি তাবিযু ইচেম্মগী লম্মন অসি নৌপৱানা পুন্সিসি-সিম্মগী তোল্লবনি। (খুৱম্বা)

ইবেমহল—হেঃ হেঃ হৌনদে হৌনদে কব্রিনেগে তৌরবা অসিদি, অম্রুমকা তৌশিল্লকঅবদি ভাবকাসে কব্রিনো অমা ইতৌ তৌশিল্লকএকো।

সেখর—হে—ইচেম্মা কব্রিমতা থনবিরুগনু, য়েংঙো ঐনা নিংঙবা অসা অসি থুংহনবিগনিবু হায়রবদি কব্রিম্ন লৈত্রবা তাইবং মীওইবা ঐদি হায়কম্ন জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদম্ন মবেম্মা শ্রীমতি রাধিকাগী মকমদা কোক্তা থোনবা ধরা চূড়া লোইনবা হুবথোক্তুনা ....... দেহি পদ পল্লবা মুদারম; হায়দুনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুৱম্মীবা পোৎনিদা, অছুগবু ঐনা ইচেদা খুৱম্ববু কৈদোই হায়রবগে, আ—অমুকম্ন হেক্তা খুৱমজগে (চংশিন্দুনা খুৱমগে তৌবা)

ইবেমহল—ওকএ ওকএ হৌনদরে, ইচেনা য়ারে কব্রিমতা দুংঙাইতবা

চিংনবা ভৌরগন্নু, অহুগা ইবুংভোনা ওসিদগী কাওয়োইদোবনি ইবুংঙোগী থবক মঙ্গোল ওইয়ে হায়না লৌয়ো, ঙোইয়ে রা।

দথর – (হয়াওনা) ইচেম্মবু।

ইবেমহল – অহুগনে মতমদি পংকুই কুইথদনা ওসি হয়েং অসিগী মঙ্গং অসিন্নাইদা ঐখোইয়োমদা অমুক্তা চৎথোরকউদনা।

সেথর – ইচেম্মা।

ইবেমহল – মহুদনে, প্রমান-পান্থৈ, রাহৈ রাতা নাতে য়াম্না চানবা কনাগুম্বা মীনা হেক থেংনহুনা পাবদা য়াম্না চিংনবা পোকপা রাহৈনা ইবা চিঠি অমতা পুরকউ ভাব তারবরা ?

নিলচন্দ্র ইচেম্মা, ঐ লোইনা ভ.ব তাজরে, নৌপরানা শোইদনা তৌজরকঅগে।

ইবেমহল – আ – য়াম্না করে অহুদি ইচেম্নু য়োরগে।

নিলচন্দ্র—য়াম্না কনি, নৌপরা অস্নুম ··· ।

ইবেমহল—করে লৈহৌরো, ইচেম চৎলে।

নিলচন্দ্র—য়াম্না কনি। (ইবেমহল থোকখিবা)

সেথর—বস, হৌজিক্তি করেদনা, (অয় প্রদা নিলচন্দ্র লাকপা উবা) লাকইবা মীশক অসিবু ঐবু উনখিসিরা (খনবা) হুমঃ মসি কয়া উনরিবে ( চংকে তৌবা, অমুক চপ লেপ্তুনা থন্নগ ) তাঞ্জা চারিঙৈ অসিদা অমুকং পেন্না হায়হৌবদি কৈসে। (খনবা, তাঞ্জাসিদা নাকন অময়োমদগী নিলচন্দ্র চংঙকই।)

নিলচন্দ্র– এঃ ভাই সেথর কৈদোরম্মীবা ?

সেখর—ও! ভাই ঐ অসুম নৈজরম্মী, করিনো হন্দক অসিদা য়ায়া ছকঅবা মংগুম্বা থৌদোক অমা থোকপ্রে য়ায়না য়ারিবা অসিবু।

নিলচন্দ্র—খনবা} করম্বা অঙকপা থৌঘোরক্নোনে, ভাই ঐ ভাব ছাবা ঙম্মদরে?

সেখর - ও – তুমন্নবা মী হৌদোকপা য়াই হায়রব্ব থৌরেদনা, সে শয়া হায়রবদা, অদোমগী ইচল ইবেম্মা লুহোংগ্রম্মালেনে।

নিলচন্দ্র—ও! ও! হোয় হোয়, ঐনা ছাব অমা তারুদ্রে। হোয়নে অহু ভাই নং লাক্রুবদি কৈদোরবা? নংনা ঐবু তশেংবা মরূপ্ সুংশিবা অয়ান হায়না খনবিয়বদি হেক ১৩াবগা চেল্লকুনা মরূপকী অয়াবা মত্তেং পাংবিরগদৌবনি নত্রা?

সেখর—মানি, ঐ থুদক্ত। লাকঅমগদৌবনি, অহুবু থোকত্রিবা থৌ-দোক অহু মীনা য়ায়া খিনা ক.তু কারল পংঙাং ভাংনবা অহুদা ঐসু শাওনিংবা অমগা লোইননা লাকঅরোই হায়তুনা লাক-ত্রবনি।

নিলচন্দ্র—হায়বদি ভাই?

সেখর—হায়বদি অসিনি, ভাইনী হন্দকী নঙোন নিংগা-ওইরিবা অমি কিজম অমা চায়ে হায়বসি, থঙনা থঙনা ...।

নিলচন্দ্র—হোয়নে, অচুম্বনি, মানা কিজম চায়ে য়ায়না অহানি নংসু ঐসু য়ায়া খংনতুনা থৈরবনি অহুমু ইচলগী মরাইবকনা তম্মম্রবনি অমুম্বা খন্দুনা হৌনবা অহু অহক পাঙোলক্তিরিবনি। অসিদা ভাইথোই থু ইশী ননিং পুংদরম্বী শাওরা, হংগরকপা য়াংবা তৌবিরম্নেকো।

সেখর—(শাওনিংনা) মসিদা ঐখী নরাই ওইনা শাওনিংবগী মা ওাকেনদু খল্লুহ্, নত্তে ভাইবু চাক চখোম অমা মচাজিবগি অমুকস্থু মুন্না মখল্লুদে; কর কন্নরস্থু ভাইবুগী ইচললে মতোম-তনি অনি-তকস্থু নংজরে অচুপা মহাক নিপীনি নিপীগী পুন্সিদি নপুরেচইনা শাম্নবমিনা লোইরমদ্রি, অদুওন্না নিপা অচুনা ফিজুম চাজদবু নচলগী পুন্সি অহব হয়েং চুংদা কমকৌচোদো-ম্নিবনো? মসি মুন্না খল্লুনে। অচুপা মীনা হৌজিক কনা থিনা ভাংনদ্রি, মাগী মচন নিপী অসিবু মসিং অংকা অসিনা সিজ্রবদি থাজকন লৈজরমা, আ—মমাদ কয়া লৌহনা য়োহেকইগনো?

নিলচন্দ্র—এ ভাই। মতুমক হেক্কম হায়নরকনা?

সেখর—মসিদা নত্তে, আ—অমত-নমজা কোকনা মচা হায়বা অসিদি অস্থুম তৌবা হৌনবোইরে।

নিলচন্দ্র—(শাওরপ্না) ভাই সেখর …।

সেখর—অচুম্বনি ভাই, মীদি হায়রক্নু, ঐমকস্থু য়াম্না শাওনিংজি, (য়াম্না শাওনা) ভাই, নং অসিদি পৈশাতবু য়াম্না পাম্বা নচন নচাবু খোন্দুনা চাবা, য়াম্না ইকাইবা খংদবা মীশক অমনি।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) সেখর।

সেখর—ভশেংবনি, ঐনা চাওখোক্না হায়ম্নিবা অসিনি নং অসিদি মীওইবগী য়াথন চেন্দ্রবা মতু পানবা শাদগীস্থু হেন্না ফোনবা মীশক অমনি।

সেখর—(য়াম্না শাওনা) মানি নং অসে ভশেংবা শা অমনি।

নিলচন্দ্র—(শাওবনা থেংখিহনা) সেখর! (সেখরগী মখজাইদা খুবাক্না থাবা)

সেখর – আ ! (মকোক ভাওহ্না লৈরগা তুবা)

নিলচন্দ্র- খংত্রা ? মরুপ মপাং অমা ওইবগী, নচন-নচাগী মকমদা ভাংগদবা রাভাং ভাংদবা, নংনা চৎপা শাজৎ, নংনা খনবা রাধনগী মতিক চপ চাবা পাওখুমদি মচুনি ; ভাব তারবরা, নংগুম্বা নিশা চাবা, মক্ষম মরাং খংদবা নংগী নকমদা ইচনগী মপুন্সি মাংখিগদৌবগী শরুকপুদি মমিৎ লক্ষাসু ভাংশনু, মখোং লিশিং অমসু তেকশনু, খশ্ম কায়দবা মরমচৎ ফজবা মাগী মকমদা ইচনগী মপুন্সি লেঞ্জখিবন। শকক চামা হেল্লা কে। মাংজখিসনু ইচনগী পুন্সি, ননসেন্স। (শাওনা থোকখিবা)

সেখর—(করি গতি লৈতবগা লোইমনা) উম ! (মকোক্তা মখুৎ অনিমক্তা কিম্না পুংখিন্দা খিনজিঞ্জরগা) উমঃ (ভেক লাওনা ফমথবা)

[ লাইট ]

# ২—২

## ( অনিগী অনিশুবা শরুক )

অয়ুক পুং ৯/১০ রোম তাবা মতম ।

কোমোলগী যুম মাঙ্গোল

(হান্নগী দেকোরেসন্দগী হেন্না ফজহল্লি, টেবিল মথক্তা পাওডর শমজেৎ মিংশেন্নচিংবা কয়াস্পু লৈ। মকম অসিদা বীমোলচান্দ কৈজোম অমা শেং. মোজাফুরিং অমা লিংলহনা চৌক্রিদা ফমহনা ফুরিৎ পান্নোম চোনবী অমা শ্যামনা ইশৈ শরূ শরূ বীমোলচান্দা লিংশিনগদৌবগী কন্না হোৎনরম্মী, অমসুং স্বর্ন-লতানা বীমোলচান্দগী থোংঙুপ শেংদোক থোক্তোকঅম্মী ।)

শ্যাম— ঈশৈ

মীওইবগী পুন্সি অতাওবনি

মাংওহনগনু লমথাংদা

ইমাগী গর্ভদা শেংলকপা হুকচাং

লমচৎনা লাইথুং পালহনগনু … … ।

(শ্যামনা বীমোলচান্দগী ফুরিৎ লিংশিনবদা লৈহৌরিবা ওইগী পান্নোমগী ফুরিৎ পান্নোম থিংজিনবদা য়াওখিহনা থুং থাদবা য়াদবা ।)

বীমোলচান্দ— ( ঈশৈ মরক্তা ) শ্যাম, পাবুংতোনগী ফুরিৎ লিংলিবা অসিবু পান্নোম অসি থাদবা য়াদরেনহাই ।

স্বর্ণলতা—হৈয়া, কৈনো অমা তৌরে ওন্নবমাল্লে। (লৌথোকে তৌবা)

শ্যাম—(য়েংডগা নোকুনা) হা-হ'-হা ইন্দোলমচা অমুক্তা ঙাইখো, য়ান্না ফজরি (ইশি-শিনা নোকপা) হা হা-হা।

বীমোলচান্দ—ইহে, মসিগী অঙাং অসিনা তৌরিবা অসি য়েংঙু, সে, করম হায়না তৌরিবনো অমুক্তা য়ানবা শেম্মু হায়বনি।

শ্যাম—অহুবুরাও কুরিং পাম্বোম থিংজিনবদ, খুদাং মতোন য়াওথবে (নোকপা, হ—হা হা। (তাঙ্গা অসিদা কোমোল গোরকুনা) হরাওনা য়েংজবা, শ্যামনা টেবিল মথক্তা চোংখৎতুনা কম্মপা মথুৎ ওইথংবা রাংনা থাংগৎলগা, বীমোলগী মতৌ ঙমহুনা) হাই শ্যাম নংবু য়াত্রেনহায় অমুক্তা শেম্মুনে।

বীমোলচান্দ—ইয়া, কয়াদা মথোং চাখিদ্রবা অঙাংনো—।

স্বর্ণলতা—(নোকাহুনা) হা-হা শ্যামকুমারনা ঙম্বনা অমুক হেন্না মানথরে। (কোমোল নোকুনা চাখিবা)

বীমোল—ইহে, অমম্ব অঙাংগা চপ মান্নহুনা নোকুনা লৈবেদো, শ্যাম নংবু শেম্মো হায়বনি।

শ্যাম—(কুম্বিং শেন্না শেয়া) ঈশৈ।

লৈমাশিজনি ঐনা বামোন্নি
অচৌ পিশক লৈতবনি।
পুন্নমকসে অমতনি
জাতি বিজাতি খাইত্রবনে
থাকচবা লাংদা থুরংদা
নিংঙম্মকওই পোলোইদা
হো-মীওইবশী ... ...

(ঈশৈ শন্না শন্না ফুন্থিং শেম শাহুনা লিংশিনবা। টেবিলদগী শমজেংনচিংবা লৌহুনা বীমোলচান্দা শম হাংপিবা, কোমোল থোরক্লুনা অমুক য়েংবা), ফজরে, য়াম্না ফজরে নহানমথৈগী পাবুংতোন্দু মান্দরে, ঙসিদি পুংনৌ-নৌবা পাবুংতোন অমা ওইরে, থাজদ্রগা য়েংজৌনে সে। (টেবিলদগী মিংশেল লৌ-খৎতুনা বীমোলচান্দগী মাই মপাদা থানবা।)

বীমোলচান্দ—ও! শ্যাম! (শুর্ন, কোমোল থরাই মুংঙাইজদবা)

শ্যাম—ও! চুম্মী ঐ কাওথোকউবেদো, পাবুংতোন নংনা উরম্বা থোক্লবদি ঙসিগী ফজবা অসি থংজরমগ.দৌবনিদো। (শুর্ননা বীমোলগী খোংদা খোংঙুপ উপশিন্নবা হোৎনবা।)

বীমোলচান্দ—চুম্মী চুম্মী নংনা হায়বা চুম্মী, অহু পাবুংতোনগী শেম্বা শাবা কোয়রবদি চংলসিদনা। (হৌগৎপা)

কোমোল—(মপান্দা থোরক্লুনা) আ ইবুংঙো বীমোল, নপা মচাবু কদাই তান্না চংকদৌরিবনো? পংলাপ লাপ্পা চংথোকখিন্নু অশ্বাইফাওবদং চংলুরগা হেক হনজিল্লকউকো।

বীমোলচান্দ—ফনি তামো, আ—শ্যাম, চংলসি লাকও লাকও। (থরা চংপা, কোমোলসু চংখিবা, বীমোলচান্দ কয়িগুম্বা অমা হায়নিংহুনা) আ—শ্যাম।

শ্যাম—করিনো পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—(থরা চংথোকঅগা) অশ্বাইদা লাও, পাবুংতোন রা অমা হায়গে? (লোলপ্না) য়েংঙো সে পাবুং চংপ্রবরা য়েংঙু।

শ্যাম—(ইমুংলোমদা হাইফেৎ য়েংঙগা) আ—থংদে চংপ্রমাল্লে।

বীমোলচান্দ—আ অদুদি য়েংঙো, পাবুংতোন বা অমা হায়গে লাও (সোয়া) মুন্না তাওকো। য়েংঙো হন্দক লাকইবা নখোইগী ইন্দোলমচা অনৌবিদো অদুদনে। অস্নুমা হায়য়ু। পাবুংতোনখোই অখাইফাওবা ওহাক্তা চৎথোকউগে, নিংথিন লৈরম্মু। করিমত্তা চৎথোক লাকথোকপা য়াদে অস্নুমা অমুক্তা হায়রুচো চৎলো …।

শ্যাম—ও—(শুক নোমদুনা) অস্নুমা তাকপা হৌনবোইরেকো, হোই হোই হায়রুগে হায়রুখে। শ্যামনা র হায়গে হায়দুনা ইমুং-লোমদা মাই লৈশিল্লকপদা কোমোলদু থোরকপগা থেংনদুনা আ—পাবুং।

বীমোলচান্দ—(জ্ঞান মাংনা) আইস, ! শ্যাম !

শ্যাম—য়েংঙো ইন্দোলমচাদো পাবুংতোমনে অখাইফাওবা ওহাক্তা চৎথোকউগে, করিমত্তা চৎথোক লাকথোকঅম্বা য়াদে, অস্নুমা অমুক্তা হায়য়োয়ে, পাবুং খরা হায়বিরোকে।

কোমোল—আ! আ! (হায়কম খঙদনা লৈবা)

বীমোলচান্দ—(পাখৎপগা লোইননা) হাই, শ্যাম।

শ্যাম—পাবুংতোন, পাবুংদা হায়রে য়ারবি চৎসি।

বীমোলচান্দ—আইস, হাইত শোয়রেনে, নৎতে শ্যাম নংবু ওসিগী লাইরিকাবু ঔরাইরবরাও ? (শ্যামবু ফাজিনবা।)

শ্যাম—হেরা, লাইরিকাবুদি ওসাইনা তৌরবা অদুদি …।

বীমোলচান্দ—ইয়া, মসিগী অঙাং অসিদি কৈরেংগা ফুরেংগা কাদু কারল। (মকোক্তা কিয়া থিনবোই করিবোই তৌরগা)

ওয়েরেনহাই, ( ম্লান আহৌ মাবু কাজিরগা অকিং ভকিংনা থোকমিন্নখিবা)

কোমোল—(মখোইগী মতৌ শেংবদা. নোক্লনিংহুনা, ইশি শিনা নোক্কুনা) হা-হা-হা, মসিগী অডাং অসিগি কয়াদা মথোং চাথিজবনোনেস। টুম। ( চংকে ভৌবা ) ইহে আ— ইবেমহল, ইবেমহল নংবু তারিব্রা ?

ইবেমহল—(থোয়কুনা) করি ওইরবনো ?

কোমোল—আ—লাওনে লাওনে, সে, শেংডো অডাং নিপীমচা অসে অসিনা পৈশা,মুংলা,পীয়ুকা হায়রকপসু থংবে হায়রুনা সে, লুপা ৫০,(য়াথৈ) এক মোন মখাদা পনফনি, অদু ক্রৌশিনপ মাগী মথুক্তা থরা পীবিয়ু। থংডবরা ?

ইবেমহল—ফনি ফনি।

কোমোল—আ-মামা হায়রকপা অমুক ভাইরুজবসু নংনা হায়া হেক্তা পিথোকপিখো, ভাব তারবরা ?

ইবেমহল—ফনি ফনি ঐ অহুম পীজগে।

কোমোল—আ—ইবেমহল, (লোম্নপা) হায় শেংডো নিপীমচা অসি য়ায় মুংশিরিকে, য়াম্না ইত্তপ ভপচনা তাহা-তাহানা ওহাক্তা ফুমিন্না কমহুনা লৈথোক্তবী, য়াম্না মমম মোকপি নিপীমচা অমা ওইদোক্তম তৌরিকো। নংনা মাবু য়াম্না পুনা চান্না তৌবিহুনা মাগী মপুম্বিং মুংশিথিদনবা হোৎনবিয়ুকো।

ইবেমহল—ফনি ফনি ঐ লোইনবা ভাব তাজরে।

কোমোল- আ করে (ঘড়ি শেংডপা) ঐ থেংখরে চৎলে আহম …।

( খৌদেমছনা থোকখিবা, স্নূর্ণলতা ইন্নিবা ফিজিনা কোক্তা হাইকেং খুম্মগা থোরকুনা)

স্নূর্ণলতা—আ—ইচেম্মা, আ—চাক ঈশিং চানবা ভৌবিব য়ারনি।

(টেবিল মথক্তা লৈবা শমজেং-মিংশেল্লচিংবা লৌশিনবা।)

ইবেমহল—আ— চান্নদি চারনি। (কয়া স্নুংশিননা য়েংবা।)

স্নূর্ণলতা আ—শারিভৈদা চখোমমুক্তং .... (চংখিবা)

ইবেমহল হোয়-হোয়, (ইবেমহলন্নু চংখিবা, তাঞ্জাসিদা যামিনি, কেতুকি হেমাবতিনচিংবী কয়া চংঙকই।)

হেমাবতি- ইচে, ইচে, ইচে স্নূর্ণলতা! ইশ (কোইয়েং য়েংঙগা) আইশ, মখোইগী য়ুম অসিদি য়ায়া যজৈনা।

কেতুকি—হাই তুমিন্না লৈয়ু হেমা।

যামিনি—অ— মখোইগী ইমুং অসিবু মীবু লৈভবন্না কন্নিনো, আ— স্নূর্ণ স্নূর্ণলতা।

স্নূর্ণলতা—(থোরকুনা) এঃ যামিনি, ইস কেতুকি হৈমা, হেমাবতি নংস্নু য়াওবকই, চংঙকও চংঙকও ইমুংদা কমসি লাও।

হেমাবতি—ইচে অশৌবা নখোইগী য়ুম অসি য়ায়া ফজেবো।

কেতুকি—তুমিন্না লৈয়োমি নংবো …।

স্নূর্ণলতা—আ—হায়জসন্নু চংঙসি লাকও। (মহাম ইরাঙ লাওনা চংখিবা ...।)

হেমাবতি—(ইমুংদা) হৈমা, অসিদন্নু স্নুংশিং মপি অরৈবী অমা লৈরে। আইস, অসিদগী এংলক্লিকী বোল অসিদি ইস! থরুমুক চাওইহাই। (মহাম য়া লাওনা নোকপা, ইবেমহল শাওরম্না থোরকুনা।)

ইবেমহল—ওস্থোক্না মুংশিখিত্রেদকো, কদাই কদাইদগী চয়োই মান-বিশিংনোনে তৌররিবা অসিবো।

হেমাবতি—ইস ! ঐদি মোরা অসিদা ক্ময়গনি।

কেতুকি—কম্মু কম্মু ইবেম্মা মোরা অতুদা কম্মগা নংদা খিৎ তুমিন্না লৈবিরোকো। (স্বর্ণলতা থোরক্নুনা)

স্বর্ণলতা—ইচেম্মা, ইমাহৈবীশিং লাকইবা অসিগী করি করিনো খজিক্তং চানখক্লবা লৈজরুগে পৈশা মুংশা অচোইবকা লৈরবদি খজিক্তা পীবিয়ুবা।

ইবেমহল—ইহে, হোইনে ঐদি মতুগী ভাবপু ইত্তৌ তৌহৌদেনা কমদৌনি সিদি। ইবেম্মা ইচেম্মু পৈশা মরিফাওবা খুত্তা হেক পাইদবা। ইস, কররমনো তৌরিবা অসদি।

স্বর্ণলতা—ইচেম্মগী লৈবিদ্রবম্মু ইতৈইবুংঙোগীকা ···।

ইবেমহল—ইসে, ওস্থোকপা হায়বত্থু ওইরে, নতৈইবুংঙোগীবু লৈরবদি অন্নাগী অন্না, হে সৈত্য পৈশা মরিফাওবা থনম-দবননিনে, ইস কররমনো ওস্থোক্না মুংঙাইরোইদৌরেদকো তৌরিবা অসে; ও ! চু ! রাখল থেল্লিদকো ঐসে।

স্বর্ণলতা—আ—কররমতৌনি লৈবিদ্রবনিনা তোকঅবা হায়বা অতুদা তারে, করিমতা মুংঙাইতবা তৌবিরুরগনু। য়ারনি (ইমুংদা চংখিবা)

হেমাবতি—হৈমা ইচে অসিদগী কোটো য়ান্না চাওবা অমা থেংলিবা অসি কনাগীনো, ইচেগী তাদা অনৌবা অতুগীরা ?

কেতুকি—হোই মানি, হেমা নংসি পংহংদা হংঙি।

হেমাবতি—ইস ! মসিদি মমিং উরিবদা নম্বা ফোটো ওইরয়াবে য়াম্না কজেবো ।

কেতুকি—হেম নং তুমিম্না লৈয়ুকো । (আঙাসিদা সেখর চংওকুই ।)

ইবেমহল—লৈমা, ইবুংঙো লেংঙকএ ; ইস ! এহোক্না ভান চানা লাকএদা লেংশিন্নকউ লেংশিন্নকউ ।

সেখর—কম্নি কম্নি ।

ইবেমহল—অদুগা ইচেন্না হান্নবা চিঠিকা হায়বা অদুদি কয়ম কয়ম তৌরকঅবা ?

সেখর—ঐ হৌজিক লোইনবা য়া ওভ্রেরক্রে ।

ইবেমহল—এ-অদুনি অমুম্না তৌরসি, ইবুংঙোগা ঐগা খংনচায়বগী মওং অসে, নিপীমচা অসিগী মফমদা খংহন-লাকহনবা যাদরি অদুনা, মানা চৈরোইদোবা মচি অমদা ওহাক্কং পুপ্পুনা লৈসিন্না ?

হেমাবতি—ইচে স্বর্ণলতা নখোইগী অখাইসে শিংজু অহাওবা য়োনবীকা অমতা লৈতম্না, ঐদি য়াম্না চানিংঙিবো ।

বাবিনি—হৈম্না ! কম্রি অঙাংনোনে অসিবো ?

কেতুকি—হেমাবতি নংসি কমদোসিগে হা ! তুমিম্না লৈয়ুকো ।

সেখর—ইমুংদা মীশু বাম্না লৈরিমালেনে ?

ইবেমহল—হোয়-হোয়, ঐখোই অনৌবিগী মমাম্নবনি হঞ্জহনা থম্না লাকই ।

সেখর—অহ্ ঐ হৌজিক কমদৌব্জদা নৈয়না ?

ইবেমহল—হৌজিক ইচেমা পাম্বদি এচিঅয়ম ঙইনা তৌরা মকম অখাইদা ওহাক্কং পুপ্পুনা লৈবা যাসিনি । অদুগা হোৱেল

ইংগেনা ভাঙ্গা চানা ইংগিত হেক তৌরকপদা শং হেক্তা থে রকপী।

সেথর য়াম্না ফনি ইচেম্মা, অহুদি ঐ ···।

ইবেমহল—ফরে অহুম্না তৌসি। (সেথর নাকন অমদা চংহুনা থুপ-খিবা)

হেমাবতি—(ইমুংদা য়াম্না থিনা খংহুনা) ইস! হৈমা! ঐদি, ঐগী ভুং অসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না রাংবা মিংশেল অচৌবা অমা লৈরিবসি উহৌদহুনা থংয়েং য়েংথোকউবদা য়াম্না থিনা খংঙে হায়বা য়ানি, ঐদি কমদৌনি। (ময়াম রা লাওনা নোকপা)

ইবেমহল—(ইমুংদা পয়প পয়প চংখিহুনা) আ ইবেম্মা, নখোইগী লাংবা অসিবু লোইজ্রিবরা? ওহাক ফমহুনা রারি রাওই থরা শান-খোংনরবদি চংনবা য়াজ্রিবরাও, ঐখোয়স্তু চাক ঈশিং চখোম অমতংদি চান-থরুবা তৌগেদনা।

কেতুকি—আ—ফনি ফনি ঐখোয় চংচরনি, যামিনি ঐখোই চংনবা তৌরসিনা।

যামিনি—ফরেনে চংলসি।

হেমাবতি—ইস। অসিদা খল্লিবা কাংখল অসিদি মখোল অহুম শুইনা, অস্নুক য়াম্না ইনাক খুল্লগা, ঐখোয়বু করিমতা ফাওবা পিজদবা ···।

যামিনি—হৈমা।

কেতুকি—হেমাবতি নং ওজি য়েংঙুকো, লাকও লাকও চংলসি। (ময়াম থোরকই।)

স্বর্নলতা—কেতুকি, যামিনি নখোই হয়েংলা হংচিংলা অমুক লাক-উকো, ভসিগী মতৌ অসিদা শাওহনা লাক্ত খোত্তবা য়াদেকো।

হেমাবতি—মখোয়না লাকঅবহ্ ঐদি য়াওরকঅরোই।

কেতুকি—হৈমা করিনোনহৈ মসিবো আ শাওদে শাওদে করিগী শাওরুদগে।

হেমাবতি—ঐদি পুক অসি হেক পোখাইমখৈ চারুরনি হায়রহনা লাকইবনি অহুগা, করিমতা চাদনা পুক থালিদা হনগদৌরিবা অসিবু শাওনিংঙ্রাও ?

যামিনি—হৈমা! (মেয়াম নোকপা, ইবেমহল খোরক্লুনা )

ইবেমহল—আ-ইবেম্মা নখোই করিমতা চা-ৎক্তরে ইরাংহেক লাং-ওহনা জ্ঞান ম'ন অমতা তাদরে নখোয় শাওগুকো, আ-নিংথৌমচা ইবেম্মখোইসে অখাইফাওবা থরা থিন্দে,কউচো চৎলো।

হেমাবতি—আ ইন্দোল ইবেম্মা খোন্দা কজবী থংজরে মতুং মনাওদি গুলাকপু লাকচরোই। থিজরে।

ইবেমহল—আই-নিংথৌমচা অসিদ মওং অমনিনা ....।

কেতুকি—আ—মা অডাং মওং অমনি, লাকও লাকও চৎলসি, আ ঐখোয় চৎচরগে।

ইবেমহল—আ—ইবেম্মা য়োরো য়োরো।

হেমাবতি—আ—লৈবিহৈরো লৈবিহৌরো, নয়ুমদা মী লাকঅপা কা মতম অমা কাওবা পীজদবা ঐখোই অমুম মুংঙাইতনা চৎচরগে।

যামিনি—হায়, তুমিন্না লৈয়ুনহাই নংবো।

ইবেমহল—আ-ইবেম্মা মসিগী নিপীমচা অমে মাহা লাই ওইদৌ-
ক্লিকে। থৱা চেকশিল্লু।

হেমাবতি—ঐবু লাই ওইহল্লিবী ইম্মোন ইবেম্মা, ঐদি নংবুনা হেক্না
কিদথরে।

কেতুকি—হায় তুমিন্না লৈয়ো হায়বনি নংবো।

ইবেমহল—শা ওতুনা) ইয়া, চংখোকহাই করম্বা অঙাংনো অসিবো।

হেমাবতি—চংকদৌরেহাই তৌ-ওম্বী অহল অসিগা …।

ইবেমহল—ইয়া, মসিমক্তবু …। (ফুগে হায়তুনা চংশিল্লকপা।)

যামিনি এঃ এঃ (থাম্বা)

হেমাবতি—আ যণ হাকাম চনবা মানবী হন্নুবীনা রাইজৌরে।
(চেনখিবা, ময়াংম্স্থ নোকুনা থোকখিবা।)

ইবেমহল—কয়াদা তৌবা ওমগ্রবা অঙাংনোমেসে। (কয়িগুম্বা অমা
নিংশিংওকুনা) ইহে, (ইবেমহলনা সেখরবু ইংগিং তৌতুনা
কৌথোকপা, (সেখর থোরকই।)

সেখর—ইচেম্মা কমদৌসি হায়বা?

ইবেমহল—আ ইবুংঙো, মহাক মমায়বিশিং থিম্মোকপা থোক-
ত্রিবসে অসিনা হেক হনজিল্লকপা তাঙ্গাসিদা ওসাইগী
ইবুংঙোগী অইবা চিঠি অদো, মাগী মখুৎমক্তদা অমুক্তা পিয়ু।

সেখর—অছুবা পোৎশকসি মানা লৌ হায়বা রাত্রবদি করম তৌবা
ইচেম্ম?

ইবেমহল—হেঃ রাবসমু শীনা-পীয়ু, মছুরী মথা তাবরি ইচেমরা অছুব
চৎথরগে …। (য়েবা) দে, মা অমুক চঙ্কুকখনি, অছুনা

ইচে করিমতা খংদবা শাহ্না ইমুংদা লৈরুবগে ভাব তারবরা (য়েংবা) হায়রিমক্তদা মা অমুক চংঙকএ ইচে চংঙগে।

সেখর—কনি ইচেম্মা। (ইবেমহল কিংলপ্পা ইমুংদা চংখিবা, ওহাক লৈরগা সুর্নলতা চংঙকই।) আ-ইবেম্ম', পোৎশক অসিমতা থমজরমগে। (চিঠি পীবা) সুর্নলতা ওকপগা লোইননা জ্ঞান তাদনা চংখিগে তৌবা) আ-আ অমুক্তা অমুক্তা, ঐগী রাসে অমুক্তা তাবিখো, সে, পোৎশক অসে অমুক্তা লৌশিনবিয়ো। (পীবা তাপ্পা অসিদা কোমোল চংঙকুনা মংৎইগী মতৌ ওক্লা য়েংবা) ঐ অস্থরস্থ তৌজরক ওইদৌবানি, অদোমগী রাহৈ-রাতা মোক্ত মতুং ইন্না ঐ শিবা নাবা কিদনা অসিগুম্বা মকম অসিদা খোং থাংজিজরকইবনি, অহুনা ঐনা পীজরম্মীবা পোৎশক অসি মুম্না পাবিরগ', মসিগী চপ-চাবা পাওথুম অমা য়ান্না থুনা পীবিরকউকো। (সুর্নলতা জ্ঞান তাদনা চংখিবা) পোৎশক অসি থমজরম্মে ঐ চৎচরে। (কোমোলবু উদনা সেখর খোকখিবা। কোমোল খৌদোক অহু উবদা, থরাই য়ান্না মুংঙাইতনা, অঙকপা, অরাবা, অশাওবা কয়া উৎলি, মতম অসিদা ইনষ্ট্রুমেন্ট কয়াগী মখোন তাহল্লি, অমদি লাইটকীস্থ অকিবা মুংঙাইতবা অরাবা কয়াগী, অশংবা, অঙাংবা, নাপু অঙৌবনচিংবগী মচু কয়া ওন-ওন্নুনা অঙকপা শক্তিস্থ উৎলকলি, ইবেমহলস্থ মরুমদা লৈহুনা কোমোলগী মতৌ য়েংঙি।)

নিপা অমা—(ওকভগী) ইস। করিনো ওসি ঐগী মিত্তা উরিবা অসিবো, করম্বা মথলগী অঙকপা খোদোকনো, (শাওনা)

ইন্না', মীশক অসি হৌজিক খুদক অসিগী মরমদা ভাম্নহুনা কারে হায়রগ। ঐগী তৌফম থোকপা থবক চপ-চানা পাংথোকসিন্না সেন্না (শাওবনা চংকে থৌবা রাখল অমা তৌহুনা) হুম! অদুবু ঐনা থবক অসি খুদক অসিদা পাইথংলুরগা, নোংথক্কা তিন শিংলগা ইমাইদা ভাবা হায়বদু চপ-চানা থোকুনা ইকাইবা মাইথিবা কংবা তাবদসু নংতনা ঐগী ইনাও বীমোল-চান্দনা অমুক ভাখি খংথিবা থোক্লগা, ইনাওগী পুন্সিদা অমুক্তা হেন্না অন্নাবা খুদোংথিবা ওইননবা শিনবা তাবা। ইস! অদুবু উম, ঐ হৌজিক করি তৌবা তাই, (থনবা) উম, মানা থনম্মীবা পোংশক অসিদি য়েংথোকপা ভাই, অদু নত্রবদি ঐগী চিংনবা মু শুাইতবা অসি অমুকমু হেন্দোরি (থনবা) উম। (চংশিন্দুনা টেবিলদগী চিঠি লৌথংপা, য়েংনিংদনা, য়েংহুনা চিঠি পাবা।)

সেখর—(ওকততগী চিঠি পাবা) স্বর্নলতা, ঐগীদি পুন্সিগী মবেম্মা, নংনা ঐগী ইকমদা, তোয়না তোয়না চিঠি থারকপা, অদুবু নংদি লাইনক থিবনা শংসারগী অনৌবা লম্বীদ। নমহুনা থোং থাংজিলহন্দুনা য়োংকি কোন্ননা থাবগুম্নবা ভমথিন্নবা শান্নং অমগী মসুংদা লৈবগুম; নমিত্তগী নপি নোংমতা কংদনা লৈগ্রবী, মুংশি নংগী নওংলাংগীদমক্তা লাইবক থিবা ঐনা, শিবা নাবা বিরনা, নং ঐগী নিংনবা মপুং কাননবগীমক্তা চংজরকই, থোংগাল লাওনা কাকুনা মতম খুদিংমক্তা থরীমু, নওংলাংগী-দমক্তা নোকা থন্নাই থাজগে ... ... নংগী লেংত্রবা...... ।

নিপা মম্মা—(ওকতগী শাওনা) ইম্মা; মসিমু ঐবু থেংনরবদা অম্মম্মক থাংহনা লৈদ্রিগরা ? মুম্মা অমুক থম্বা) অহুমু, নিপা চা অসিগা হাৱনশিংনজবা মীশক অমা ওইরমহুনা ঐনা মগোইগী নিংজবা অদাবু রৈথাই থিনগাইবা অমা ওইনা থোকং রবা জাংলা, (থনবা অমুক শাওরক্নুনা) অহুবু অহুম্বা কয় লৈন-মম্মা থোক্লবমু নিঙোল ওইবি কয়ানা গাগী মাগী মরাইংক্না ওমনখিহুনা মপুরোইবগী মনাক্তা লৈনম্নবদা, অসিগুম্বা ওম-থিনা ফুকচরবা থৌদোক অসিগী লম্বীদা মথোং থাংজিল্লকইবা মীশক অসিবু করম্বা মথলগী ওমথিনা কত্রবা ওঙকপা শানো ... । ইম্মা (থম্বনা) অ অ। মাঁসনা তাকপদি, প্রথাম্মা ফংবদি ঐগী ইনাও অসিনদি সংসারদগী নাম্মা রাংলবা মীশক অমা ওইবসিপ, কম্মিমু উমরোট থংঙরোই হায়বগী মতাংগুম উশিং থৌওইনবদগী মকম অসিদা চংঙক্নুনা থৌদোক অসি থোকহন্নরিবা নংতরা, শাওনা) অহুবু ময়ম্বা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈ হায়দি মানা থংত্রবমু থুদক অসিমক্তদা চপ-চাবা থবক প ইথং হুনা থংহনবা তাই ! (ক্রং শাওহুনা চংকে তৌবা) হুম ! (চপ লেপ্পুনা) অহুবু ম্যাত্রি পুক্নিং নং ওপথঁথো, থুনক অসিনক্তদ। থদক পাংথোকমনদি পুম্মমক মাংবা তাম্নি, উম মুংডাইত্রবমু বাংবা তাই, থম্মোই নং ওপথৌ ওপথৌ ওপথৌ পুক্নিং (মশাদা নাম্ভজবা) ওপ থৌ । (চৌত্রিনা ওম্মা ফমথবা, ফু রিংথাওদগী কয়াল লৌথোক্নুনা হমাংনচিংবা চৈথোকপা ইবেমহল, ইবেমহল ।)

ইবেমহল—(ইমুদৈগী) অঁ। করি ? (ওকিং অকিংশান্নহুনা থোরকই ।)

হৈমা, মাই পাবুংবু ল'কপা কয়া কুইরবগে? নংতে অমুক থুনা হঞ্জিলকইবা অসিবু কনা করি করি তৌবা য়াওরবগে? নংতে মাগী পাবুংবু লাকপা কয়া কুইরবগে?

কোমোল—(থর'ই মু.ঙাইতনা য়র মপি হোন্দুনা) ঐ ঙহাক ওইরে লাকপা।

ইবেমহল - (রাশিন্নহুনা) নংতে মাই পাবুংবু ঙসিসিবু হকচাংগা ঙমীদবরাও? অা ইবেম্মা তারিবরা নংবো, নতে ইবুংঙোগী চা শীলাস অমতা থিত্তা থুনা লোল্লকও। তারবরাও?

স্বর্ণলতা—(ইমুংদগী) অা—তাজরে তাজরে …।

কোমোল — (ঙক হাইহুনা) ঐ চাকা করিমতা থকনিংদে লোইনা ওকএ। অা— নংতে নং ঙসাইমথৈ কদাইদা লৈরুই?

ইবেমহল—অা করি থোইদোকপা অয়াম্মদা চৎথোকচদে, অা—মনিংগী লৈকোল অসি য়াই ইচাই চাই হায়হুনা থন্না শেংদোক থোৎত্তোক্লুনা লৈরুবনি, নংতে করি তৌরবগে মাই পাবুংনা ঙসি তৌরিবা অসিবো?

কোমৌল—উম! নংনা অশোমদা লৈকোল মোৎলে হায়হুনা শেংদোকপা হোৎনরি। অহুগা মপান অশৌমদনা, নংনা কোম্থোং চেৎনা লোন্দবদগী, ঐনা ইন্দক্লা য়াম্না যোতোন তৌমা থাজবা লৈ পাম্বী অমা মপু পান্দবা অত্তাওবা মথ কয়া চংঙক্লুনা, মথোংনা লৈহৎতুনা লোইনা মাংহন্নমদো-রেনহাই, ইবেমহল। মহুগী চপ-চাবা প্রধান্দি সে। (চিঠি পীবা, ইবেমহলনা লৌবা)

[ লাইট অফ ]

## ২—৩

## ( অনিগী অহুমশুবা শরুক )

অয়ুকী মতম

# লৈকোল

(লৈ-গী কয়াস্থু হৌহুনা ফজ-ফজনা শাংলি, অতিয়াগী শেংলবা অহাংবা শরুক্তা। ভোরবা লৈচিল কয়াস্থু কোইপাই পাইরি, মকম অসিদা, শ্যামনা নোক্তুনা চেংহোয়রকই, বীমোলচান্না তান্নরকই।)

শ্যাম—(নোক্তুনা) হা-হা-হা পাবুংতোন্না ঐবু ফাবদি কৈদৌঙৈদস্থু শুংঙম ওন্মোই, হা-হা-হা (নোকপা)।

বীমোলচান্দ—(খোং শিংলপ শিংলপ তৌদুনা চান্নরকপা) হেন্না, ফাগেনে, নংগুম্বা অঙাংমচা কন্নিস্থু লৈহবা অমা ফাববু, কন্নি লৈবা থবক্তো থোক হেক্তা ফারগা লোইরে ... হেন্না ... (খুং অনি ভিংখোক্তুনা কোইথি থিবা, শ্যামনা বীমোলচান্দগী মখুং থাংগৎপগী মখাদা চংশিন্নগা পাকথরগা লিত্তুনা চেনবা)

শ্যাম—আ—কন্নিস্থু ফাবা ঙমদেনেসে, কৈদৌঙৈদস্থু ওন্মোইদৌ-বদা ... ...।

বীমোলচান্দ—হেন্না, কৈ-কৈ হন্দকমুক্তি শুংশোই শোইদনা হেক্তা মফাম্‌গে ঐনা অঙাংনিকো হায়রুনা মুংশিহুনা ফাবিদ্রগা লেন্না ...। (কোয়থি থিহুনা তান্নবা।)

শ্যাম—(চংশিন্দুনা বীমোলচান্দগী মাই মপাদা খুবাক খুহনা) সি !
(লংনবা, অমুক চেনবা)

বীমোলচান্দ—সেয়া, ( তান্নবা ) কয়াদা উশিংখিত্রবনো, কৈ খংনিদনা হন্দকমুক্ত মফায়গে, চেকশিন্নুদো, ঙসিদি অঙাং অমা খংনিদো। (কেইথি থিবা, শ্যামনা মচি অমদা খোংগ্রাই চন্নুনা ফম্মগা, হুই খোংবা নত্রগা ঈশৈ ঙংহনা লৈবা … ।)

বীমোলচান্দ—শেয়া (শাঙশিন্নহনা) করিস্থ লৈতবা অঙাং নংনো নিংগদৌবা লাই নিংজোদো, হন্দকমুক্তি ফাবা শোয়ত্রবনি। (থরা তান্নরগা য়ামা থিনা তুশিনবা।) আ ! (অনাবা খাংবা)

শ্যাম—(মুংশা থিহনা চেনশিন্নকঅগা) পাবুংতোন নং শোকঅবরা ?

বীমোলচান্দ—(শ্যাম্বু তাপ কোনশিন্দুনা) তস ! ফারেদো।

শ্যাম—এঃ এঃ মাদি ফাগি তৌহনা তুশিন্নরগা ঐবু কারিয়ে, কয়াদা মতাং হৈত্রবনো।

বীমোলচান্দ—আ—অসিনিদনা লৌশিংনা শামু কাই হায়বদো, নখোয়স্থ অসিগুম্বা মখলগী পারা তম্মকদোবস্থ মতম খজিক্তা ঙাইরকএ।

শ্যাম—ফাজোদা ঐবুদি করিস্থ হায়বিদেদা।

বীমোলচান্দ—আ, নংতে ইচাবু থম্মা য়াবরাও ? (হুমাংকা তৈ-খোকপিবা)

শ্যাম—ঐবুদি করিস্থ য়াবিদেদা।

বীমোল—করেংকরে, অহ শ্যাম য়েংঙো, ঙসিদি পাবুংতোন নংঙোন্দা করিগুম্বা য়া থম্না হংগে, নং য়াম্না শেংনা থুম্মুকো।

শ্যাম—উঁম, য়াম্না শেংনা খুমগনি, করি থানো পাবুংতোন ?

বীমোলচান্দ—য়েংঙো হন্দক লাকইবা নখোইগী ইন্দোলমচা অনৌবী অসিগা, হায়' লৈরিবা ইমা অসিগা অনি অসি কনানা হেন্না নুংশিবা ? অসি অমুক্তা হায়রু।

শ্যাম—অহুধুম্না ও ঐখোইগী ইমা আসবুনি হন্দক লাকইবা ইন্দোলমচানা য়াম্না হেন্না নুংশিবা, পাবুংতোন নংদি কনানা হেন্না নুংশিবা ?

বীমোলচান্দ—মা—আইশ, তাইখোনে, অমুক্তা কৈরকখিহ্নুনে। নংনা নন্দোলমচাবু অদুক য়াম্না নুংশিজরকিবদি করি মরম-দগীনো হায়রু হায়রু পাবুংতোন অমুক্তা তাপে।

শ্যাম—অহুবুম্নাও, ইন্দোলমচ দি ঐবু য়াম্না নুনা তৌই, চাকাসে চাদনা তুমগেকা য়াপোংতে, করিগুম্বা চায়গোই হায়হুনা তুম্বসে হৌদোকুনা পিচে, অহুগা খোং-খুংকাসে হাম্বী লাকপিহুনা পাইরিক লাইতকাসে য়াম্না ফজনা তাকপি, এং য়াম্না কৈদা, অহুগনে পাবুংতোন, (নোকুম্না। হা-হা হা সে য়েংঙো নহান্নিনে ঐবু পোনি হায়হুনা অখোই ওমদবোই নমহুনা পোরেনেসে.(নোকুনা হা-হা হা অহুগনে ওমদহুনা পুরুপ তুশিনমিম্নরিবা (নোকপা) হা হা-হা

বীমোলচান্দ—(নোকনিংবা খাংহুনা) উম. হায়দোকলকপদা নাতে চায়, মিহুন অমা কৈরপ কৈরপ তৌবা অহু কা ওকুনা তৌ-রিবনি অঙাওবীগা অঙাওবগা (লাম্বা লাম, হায়বা অহুনি। অহুবুনে শ্যাম য়েংঙো নংনা নন্দোলমচাবু নুংশিবগুম্না ইমাবুন্হ য়াম্না নুনা তৌগদৌবান তাব তারবয়া ?

শ্যাম—অং, অত্থবু হুংশিবসি ইয়া য়াদেদা পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—হা! মহ য়াদে ইমা মীয়াইবা য়াদে ভাব তারবরা?

স্বর্ণলতা—(থোয়কুনা) ইবুংতো শ্যাম লাকও লাইস্নিক ঔরাইরম্মো থোঙ্খত্রে।

শ্যাম—ইহে হোই, পাবুংতোন ঐ লাইস্নিক ঔরাইকরগে।

বীমোলচান্দ—হোয় হোয় চৎলো চৎলো, (শ্যাম্ স্বর্ণলতা চংপ্লু) আ—স্বর্ণলতা!

স্বর্ণলতা—করি ওইরবনো? (শ্যাম মখোইগী মতৌ য়েংদুনা লৈবা)

বীমোলচান্দ—আ অসিদা অমুক্কা লাও (স্বর্ণ চংশিন্দুনা)

স্বর্ণলতা করি হায়বিগদৌবা?

বীমোলচান্দ—সে অসিদা লাওনে, (মখুৎ পাইদুনা) অসিদা ফম্মুসে। (স্বর্ণলতানা হেক ফমথরকপা।)

শ্যাম—(নোকনিংমনগ্রদুনা) হা-হা (খংনোক নোকথোক্খিবো, খাই লাওদুনা মখুৎনা মচিন মেনবা লাক্লবা।)

স্বর্ণলতা—(খংবোই করিবোই ফুক হৌগত্তুনা) হৈমা! (চেল্লোকপা)

বীমোলচন্দে—(খংদুনা) হা! কনানো?

শ্যাম—আ—কনাস্মু নৎত্তে পাথৎলুনু ঐনিদা।

বীমোলচান্দ—হাই শ্যাম, নং হৌজিকফাওবা চৎত্রিবরা। হা?

শ্যাম—আ চৎপবুদি হৌক্লরবনি অদুদা ···· ··· ।

বীমোলচান্দ—অদুদা কৈদৌরবা?

শ্যাম—আ—পাবুংতোনগা ইন্দোলমচাগা করিনো য়ায়া খোজা বা অমা ভাংনগদৌবনী হোৎনরিবা অদো ঐহ্ম তাখিগে তৌবা, ঐদি তাখিনি।

বীমোলচান্দ—(নোক্নুনা) হা-হা-হা অঙাওবা করিনো ঐখোইনা ঙাংনগদৌরিবা রাবো ?

শ্যাম - খংদে কনা অরতা তাইন্দনা করিনো অমা ঙাংনগদৌরে মহু ঐস্নু ভাব তাই। ( ঙক নোপা ) ঙাংনরো ঙাংনরো। তারসি।

স্বর্নলতা—(নোক্নুনা) হা-হা-হা (মুংশিনা কোহ্নগা) য়েংঙো ইন্দোল-মচাখোই করিমতা ঙাংনরোইয়ে, চংলো খেংখরে লাইরিক ঔরাইরুরো। সে চংলো হায়বা।

শ্যাম—হায় হোয় ঐবু তাইন্নিংব্রগা চংপা তারেদনা … …। ইন্দোলমচা ঐ চংলগেকো।

স্বর্নলতা—হোয়নে চংলোনে চংলোনে। (য়েংঙগা নোকচবা)

শ্যাম - 'চো'-চোংঙহ্নুনা) তে-রে-তে, তে-রে-রে রে রে, তে-তে-তে তে রে-রে-রে-রে। (খুত্তা তান থার থারহ্নুনা চোংঙ-চোংঙহ্নুনা) চেনখিবা।)

বীমোল—চংব্রবরা ?

স্বর্নলতা - আ - চংখরে।

বীমোলচান্দ—( নোক্নুনা ) হা-হা মসিগী অঙাং অসিদি ওন্থোক্লা মঙাও খিখরেদকো।

স্বর্নলতা—করি হায়রিগদৌবা ওইরবনো ?

বীমোলচান্দ—লাওনে অসিদা, সে মুন্না তাওকো, য়েংঙো ওসি নিনি-হুমনি অসি ঐখোইগী তামোনা রা-লাং ইঙাং ঙাংদবগুম করিগুম পুক্নিংদা য়ান্না মুংঙাইভবা অমগী কৈদা অ

অমা হায়াক্কংনা থংবা চেন্থী মসিগী মরম অসি করিগীনো নং খঙ-লাকপরা ! ঐহাক্তেন্দা অমক্তা হায়যু ।

স্বর্ণলতা- ঐদি মসিগী মরমা করিমত্তা খংহন্দবা নৈজদে ।

বীমোলচান্দ - নহাক্তে ঐনা হায়রবদি, নংনা থামাগী শেব -কাংবাম চিংব তৌবদা, অমোগী মচিং থংদনা কবন্দা চকাবরা য়াওথি-বাগে অসিনি ঐনা হায়রা চিংনরিবাসে ?

স্বর্ণলতা - (থনবা) কুরি থোইদোকপা অকায়বদি য়াংরম্মোইদনা হায়নদি খঙ্গে. অদুব ঐনদি, করিস্মু থংকদবী পাংকত্রবী অমা ওইহনিনা, ইতৈ ইবুংঙোগী নিংবা থুংদবা কয়া লৈরগদ্রা ? মসিমদি ঐ ভাব তাবা ঙমক্ত্র ।

বীমোলচান্দ ভুম ! স্বর্ণলতা ঐ হৌসি করিগুম্বা রা থম্না নংঙোন্দা হায়গে ফেংঙো নংনানে ঐগীদমক্তা শেনা মাংবা অমা অমগী রাসে কবিমত্তা থল্লগম্ব; অদুগা সে য়ংঙো, নংনা হোৎনগ-দৌরদি শংসারসিদা ঐগীনি হায়দ্বনা হন্না হেংদা কনা উদবা নৈগী ইপা শক্লবা থামোংগী শেবদা নথরাই য়াম্না য়াওনা পুক্রি চংনা হেৎনগদবনি নৈনা হায়রিবসে । ভাব তাৎরবরা ?

স্বর্ণলতা— মনি ঐ লোইনবা খংজরে, তাকপিরিবা রাফম ঐনা পুন্সিদমগী কাংজরাই ।

বীমোলচান্দ — য়াম্ন ফরে ঐনা হায়রিবসে কাওবা য়াদেকো স্বর্ণ । অদুগা য়েংঙো ওসিগী অসিগুম্বা ভাঙ্গা চাবা মতম অসিদা ঐ নংগী নকমদা করিগুম্বা র অমত্তা হায়গে য়েংঙো ঐননে সংসোরগী অফ-ফত্তা পুম্নমক উরিদৌগী মতমদা নংনা ঐগী

মিংথি মবাংদা নিংথিবা শাথেক্তা লোইননা ঐগী থম্মোইবু লম্বংথিবা, কাংজমজবা নংগী ঈশৈ অদো ঙসি অসিদা শকুনা অমুক্তা তাহল্লুগবা— ।

স্বর্নলতা — ইশ !

বীরোলচান্দ—অচুম্বনি. মহৌশাগী অহুগুম্বা শৈশক অহু তাহন্নুনা ঐগী থম্মোইবু মিকুপমুক্তদি পোত্থাহল্লুগবা স্বর্ন ।

স্বর্নলতা— ইস ! কমমনো কদাইদগী কাংঙকইবা অরিবা মিহয়ো অসিদি ··· ···· কমদৌনি ।

বীরোলচান্দ - স্বর্নলতা যৌভিক ঐগী কাংঙকইবা মিহুন অশে কনা অমতনা কাবা ঙম্মরোই মসিবু ফংগদৌবদি অহুঙৈগী ঐগী অমত্তা ডাইববী স্বর্নলতা কৌবী মহাক অদো অহুতনা কারক-তদা মিতল অসে ইংথগদৌবনি, সে শকও শে ।

স্বর্নলতা— হৈমা কমদৌনি অসিদি, হেক হায়বগ! গয় গয় ইশ ! ঐ ঙমজবোইদা অহুগীস্থ মথক্তা কনাগুম্বা মীনা তাথ থংগ্রগা, কবিনো হায়হুনা নোক্লথিনিদা ··· নংত্তে ঐ ··· ·· ।

বীরোলচান্দ—হয় ! স্বর্নলতা কয়িগুম্বা মথোই অহুনা তাথিবা থংথিবা থোক্লবস্থ ঐগী স্বর্নলতাদি পূং ঈশৈদা য়াম্না চংথোক-লবী ; মীওইবা থুদিংমক্তা হেক তাবদা পেলহনবগী শক্তি লৈরবী, ইমাগী গর্ভসুন্দগী পোকলকপদা শংগিৎ-কনাগী অথোইবা ওপা লোইননা লাক্লবী. ফংজমজবা লল চেন্নবী অমনি হায়না ঐনা চাওথোক্তা হায়গনি। অহুনা লে। শকওদি ।

স্বর্নলতা—( পুক্নিং মুংশিনা ) মতম অদুর্দ দ মু'শি প্রেম ইপাক ইয়াইদা নিংজবা আসাগী হিয়েন তোংমিন্নহুনা মুংশি পম্ব ং-কম য়ৌনবা হোম্বরকপা মতম ওইবনা ঐনা খজিক্কুং ভাংজ-শকচবদা মুংশি ইপোমদা তাওথখিবনা. পেনবিহৈবা লাইজ ইরিক্লা খিকশিহুনা পাংজত্রবী ঐগী পাঙ্গলবু হাপিখিদো ; অহুগুম্বা মতম অদো গুসিদি নংতয়েদো অহুগীসু মথক্তা ঐদি য়াম্না কৈ·শিংলবী মতিক মগুণ য়াম্না লৈরবী ক লাকায় অমসু নংচদে, য়ারবদি ঐ শকচরোইদা।

বীরোলচান্দ—স্বর্নলতা নংনা গুম্বা থবক, নশাদা লৈরবা লল, গুসি ঐনা নংগী নক্ষমদা নিবদা নংনা হরাও হরাও পিদবা অসি মসি নংগী তমখিরবা রাখলগী করম্ব। য়েক্লবগী অগুকপা শাজংনো ?

স্বর্নলতা—(গুক্না) ইবুংঙো !

বীরোলচান্দ—অশেংবনি মসিনা তাকপদি ঐ অসে নংগী কনাসু নংত্তে হায়না খোদোক্লা চপ চান' উংলগে তসি নংতয়া ?

স্বর্নলতা—(ভক্লা) ও ! আ নংত্তে নংত্তে অমুক্তা । করি লৈবগে হায়না হংগোইজহ্না চুম্না হায়জবনি, অধম্ন য়াম্না রারৌবী· পজৌবা লৈরবদি পাংদ-পাংদ অসুম গুংজগে নিংবা থুংদবা করাবু তাকপিযু্কো আ—ঐনা য়াম্না লাজয়ে।

বীরোলচান্দ হো ঐ য়ারে য়ারে, অতম্না ভাব থরা থরা তানাসি হায়বনি শকও · স্বর্ন ঐ তানিংবনা থম্মোই অসে য়াম্না লাংতক্লায়।

স্বর্নলতা—(ঈশৈ) হো··· ··· হো ··· ··· হো ··· ···· হাই ··· ।

ইবেমহল—(খোদেমছুনা) আহম ! (স্বুর্নলতা ইকাইছুনা তফিং তফি
চৎখিবা।)

বীমোলচান্দ —আ—স্বুর্ন স্বুর্নলতা।

ইবেমহল আ—মা চৎখরে।

বীমোলচান্দ—ও ইতৈমা ওইখিরে, আ করি ?

ইবেমহল—আ ঙসিদি ইতৈমগ করিগুম্বা রা খরদং ঙাংননিংছুনা।

বীমোলচান্দ ইতৈমা করি করম্বা রাকম ওইরম্বনো ?

ইবেমহল আ রা অত্তুদি অসিনিসে, মসে হায়দবা য়াত্রবা মতাং
অমা ওইরছুনা হায়গদৌ ববনি।

বীমোলচান্দ ইতৈমা হায়রিয়ু।

ইবেমহল—আ—সে সে য়েংঙো, হন্দক্তা ইনৌ নোনা লাক্নুনা নংগী
সেবা তৌহনা লররিবি পীমচা অসে য়াম্না কৈ, রাঙাং
শঙাং ব্যবহার থবক ইংখাং নোম-খোৎপদ য়ম্না মরম্মু
মোকই ; মসিগী মরমদা করিমতা অরাৎপা লৈতে, তো
অসুম্নদি ওইরন্দা নিপীমগা অসি মওং অমা তৌরম্মেনহাই
ইবুংঙো।

বীমোলচান্দ—(ঙক্না) ইতৈমা !

ইবেমহল—মগাক অসে মমুং মপান লাইনা চৎপা, ল চৎ শাজংতা
য়াম্না ফজদবা, মপুকচেল রারকপা ঙমদবী মীতা অমা ওই-
রম্মেনহাই।

বীমোলচান্দ—(ঙক্না) ইতৈমা ! (কেমমম্বদগী হোৎপা) স্বুর্নলতাখোং

ইবেমহল—আ—তাখো তাখো, নং হাম্না শাওনংখিম্ব, য়াম্না

তপথগদোবনি, তো অসিগুম্বা মাগী অরানবা শাজং লিচং কৈদা অসে নংগী তামোনা থোক হক থেংনরুরমালেনে।

বীমোলচান্দ—ইস! তামোমক্তা থে নরবা?

ইবেমহল—আ—থেংনরবনি থেংনরবা, আ—রা অসি ঐ অহুক য়াম্না পাংকুপ কুপথররোই, ইচেমা য়াম্না হংগোই ভাব তারবরা? আ নিপা অহুনা মাগী মফমদা পিরম্বা চিঠি অসি নংগী তামোনা ফহুনা ইচেমদা পিরকইদনি। অহুনা নংনা কন্নি করম তৌগদগে হ য়বদো য়াম্না মুন্না খল্লগা অনম্ব অমম্ব কায়দনবা শিল্লানেকো, আ—সে—সে বুইনবু পইজ লাকচনিংবেসে। (বীমোলচান্দগী মথুক্তা চিঠি পিবা।)

বীমোলচান্দ—(থর ই মুংভাইতন চিঠি লৌরগা চিঠি! চিঠি! (ইবেমহল বীমোলচান্দগী মতো হায়রেং য়েংশ্নগা চংখিবা। স্বর্ন স্বর্নলতা! আ!

[ লাইট ওফ ]

## ২—৪

## ( অনিগী মরিশুবা শরুক )

অয়ুক্কী মতম

### কোমোলগী য়ুম মাঙ্গোল

(হয়গী দেকোরেসন্নি, কোমোল চৌক্রদা ফমদুনা বীমোলচানগা য়ারী শাদুনা লৈরম্বা ।)

কোমোল ইবুংঙো বীমোলচান্দ ননাও সরুবা য়াফম আসগী পাওখুম ইয়াম্বনা করি হায়দুনা পীরগিগে ঐ হায়রম খংদরে ।

বীমোলচান্দ—(পুক্নিং মুংশিনা) তামো তামোনা ননাও ঐগী ওইরিবা ফিভম অসিগী মরমদা করিমতা খল্লবিরৌদবদগী, অসিগুম্বা অঙকপা থৌদোক কয়া অসি ওসি থেংকঅরিবনি তামো ।

কোমোল—বীমোলচান্দ ভুমিন্না লৈয়ু ; সে ইয়াম্বা রা হায়গে নং য়াম্না মুন্না তাও, য়েংঙো করিগীনো নংনা নপু রুং অদুদা অচুক য়াম্না মুংঙাইরুক্ত্রিববো হা ? য়েংঙো হৌজিক ইনাওগী করি য়াংলিবগে, নংগীদমক্তু নয়াম্বা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈরিবা অসিদি, হা ? পুম্নমক ইয়াম্বনা ফননবা শিনগনি, নং করিমতা মুংঙাইতবা তৌগনু ভাব তাররবা।

বীমোলচান্দ—(পুক্নিং মুংশিনা) হুম ! হৌজিকী মতমদা, সংসার অসিদা ঐগীনি হায়দুনা হন্না য়েংবদা কনা লৈরি, তামোনা ঐগী ইপানি, তামোনা ঐগী ইমানি, পুম্নমক তামোনা ফননবা ... আ—ঐ ... শ্যাম, শ্যাম, শ্যামকুমার, (কৌ কৌদুনা খোকখিবা ।)

কোমোল—বীমোল, বীমোলচান্দ। (খাম্বা নংহৌদবা) উম ···।
(চৌক্রিদা কমথবা) আ—ইবেমহল, ইবেমহল।

ইবেমহল—(থোরক্লুনা) করি ওইরবনো?

কোমোল—ইবেমহল, ঙসি ঐগী ইনাও বীমোলচান্না, মাগী মথন্নাই অসি য়াম্না সুংঙাইতনা করিগুম্বা য়াহং থরা ঐঙোন্দা হংঙি, মসি মতৌ করম তৌহুনা কনানা কদোমদগী তমশিল্লকুনা রাকম অসি মান। ঐঙোন্দা য়ে রকইবনো হা? নংত্তে ঐনা হায়বদি নহালগী ঐনা নংঙোন্দা পীবা চিঠি-সুংথিগী মরমকাহ নংনা মখোই অঙাংশিংদা হায়ফেংকা কাংথোক লাকথোক-উরবরাও?

ইবেমহল—করিনোদা, মখোইগী পাবুংনা হাকপিরিবা রাকম অসিবো, অসিনা হ'রবা য়াবা রাফম্রি, মসিনা য়াদবনি হায়বা অঙদি ঐস্রু য়াম্না থঙনা চংচরিপাংনিদা। করিনো ঐবু অঙাওবিদৌনা । আ—মসিদ ঐনা হায়ফেংনা চিংন-জবা অমতংদি লৈ, নহাল মখোইগী পাবুংনা ঐঙোন্দা ভাং-শকপা অহুদা মখোই অঙাংশিংন ভাহৌ লাকহৌহুনা মাই পাবুংদা য়োরকইবা জাংলা · · ·।

কোমোল ঐ মরম অহু অহুক হাক্ল থিজিন্দরে মরমদি ইচিল-ইনাও ঙাংনবদা কয়া ফজদবা রাকম ওইবনা; অহুনা ঐনা নংঙোন্দা হায়দোবদি, মসিগী রাকম অসি তুমিন্না পুংনম নমহুনা থম্মসি, অহু নংত্রবদি, ফননবা শিন্নুবা পুরমক কায়নম থৌরাংঙবা অহুনা লোইনবা মাংগদোরি তাব তারবরা:

(মঙ্গি য়েংবা) আ—ঐ মতম অসি থেংথরে, ঐগী স্যুইট কেস-কছু অমুক্তা লৌথোকউচো।

ইবেমহল—ইহে, ঐদি ইকাওবু কাওই। (ইমুংদা চংহুনা স্যুইটকেস লৌথোকউরগা) অসিদা লৈরে। (থম্বা)

কোমোল—ঐগী হাপকদোৌবা পোৎ-চৈ পুম্ন ক থুগ্রেকো?

ইবেমহল—হোয় লোইনবা থুনা হাপচরে, অহু হন্দকী অসিনা কয়া য়ায়। কুইনা চৎপিগদৌরিবা?

কোমোল আ—হন্দকী চৎকদোৌরিবা অসি মকমনা চূড়াচান্দপুরদগী খো না মাইল থরা চংগপা লৈবা জগাদনি। মকমু অহুদা ভুসি অসি স্কুল অনৌবা অমা শঙ্গারগা, মহুকগী থয়া অমুক চং-শিল্লগা ইস্কুল অমা অনি ইবৌ-নোনা শাগৎনবা মকমকান্না য়েংজকদৌরিবনি, অহুনা মৃতম থরা শাংনা চৎলবা য়াই, অরেপ্পা হ'য়বা ওথদে।

ইবেমহল—ইস। হন্দক্তি ওখ্যোয়া লাপ্পা চৎকদোয়েয়া।

কোমোল—অহুনা নুনা থুডাংশিংসে নিংখিনা জ্বং-শক্তুনা সেগা মাইগা হারহুনা লৈরম্মু। (চৌক্রিদগী হৌশংহুনা স্যুইট কেস লোৌবা)

ইবেমহল—কমি কনি।

কোমোল—(থরা চৎলগা) আ থায়রদো, চেকশিন্নুকো।

ইবেমহল—কচি, ঐ লোইনবা ভাব অজরে।

কোমোল—আ—কত্রে করা ঐ চংলে।

ইবেমহল—কনি—। (কোমোল, লোকশিন্নু, চৎমিন্নু, য়াইকো

হাইকেংনা য়েংঙ্ বগা) আ -নিপীমচা, তাৱিবৱা নংবো, স্বর্ন-
স্বর্নলতা।

স্বর্নলতা—(থোৱকুনা) কৱি ওইৱবনে, ইচেম্মা ?

ইবেমহল—আ লাওনে লাওনে, য়েংঙো ইচেনে কৱিগুম্বা ৱা খৱনং
নংঙোন্দা হংগে হায়ৱুনা ভৌবনি।

স্বর্নলতা—আ—ইচেম্মা, কৱি করম্বা ৱাফম ওইৱবনো ?

ইবেমহল—আ—সে, সে ৱা অত্থুদি ইচে হায়গে মুম্মা তাও, অহুগা
ইচেনা ওসি হংগদৌৱিবা ৱাফম অসে নংনে য়াম্না মুম্মা খল্লগা
খুম্মু, ভরাই ভরাইবা ৱাফমদি নংবেনো।

স্বর্নলতা—কনি, ঐনা খংজবা ৱাফম ওইৱবদ য়াম্ন শেংনা
হায়জগনি।

ইবেমহল—আ য়েংংঙো, নহাল অসে ঐখেইগী ইমুং অসিদ মশক
খংদবা নিপা অমা লাকজম্বৱা ?

স্বর্নলগা—(ঙক্না) ইচেম্ম !

ইবেমহল—আ—ঙকম্নু ঙকম্নু য়াম্ন মুম্না খল্লু, থোদোক অসিগী
মৱমদা নতে ইবুঙ্গোনা থৱাই য়াম্না হুংঙাইংনা লৈৱকইবা
অসি নংদি কৱিমতা ক্ষৰ জাই ৱাইনে।

স্বর্নলতা—ইচেম্মা, ইতে ইংংঙেনা অথুম ভেনা হুংঙ ইজ হায়ৱবদি
ঐদি কৱিমতা খংজদে।

ইবেমহল—হে—হুংঙাইভবা হায়ৱবু, অমুক্তোইবা লোইৱবা-
জাংনি, অহুগা শাও নম্নু বৈ হোৱবা প্োংনি, হৌজিকম্নু ইমুং
অসিদা লৈবদা পোথাকম খংত্রে হায়ৱুনা চংখ্রিবসে নংম্নু
উৱেদনা ....। অহুনা নংগী নপুক্কিংগী অশেংথা ৱা অদো,

ঙসি'দি ইচেদা লো'ইনবা হায়দোকউ। অদু নত্রবদি রা অমা কায়দৌরি ভাব তারবরা ?

স্বর্নলতা—(খল্লগা) হোয়, ঐনা খংলবা খরদং ওমজাগে নহাক নোংমা ঐখোইগী য়ুম অমদা নিপা অমা লাকঅম্মী মহাক্কী মমিংদি সেখর কোই, হৌজিক্কী হায়রিবা মীশক অসিনা ঐ অসিবু মাগী অনিংবা মাইকৈনা চিংশিন্দুনা সংসারগী অনৌবা লম্বীদা চৎমিন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনখি, অদুবু ঐনা মহু পুন্নমক অদু করিনতা য়াকবা লৈতনা মাগী রাখল অদু লাপ্না থনম্মগা মফম অসদা লাকচরিবনি।

ইবেমহল—অদুগা য়ুম অসিদা মীশক অদুগা নহাক উনরে অসি নংত্রা ?

স্বর্নলতা (ঙক্না) ইচেম্মা !

ইবেমহল—ঐনা হায়রিবা অসি তশেংবনি, আ—নিপা অদুনা নঙোন্দা পিরম্বা চিঠি অদু নত্তে ইবুংঙোনা থেংনদুনা ঐঙোন্দা পিরকএ।

স্বর্নলতা—ঙক্না ইচেম্মা !

ইবেমহল তশেংবনি ঐনা হায়রিবা অসে রাকম অসি বাবোল-চান্দ মশামকম্মু তাদ্রেনা কুম্মে তারবর্ন। মসি করম তৌসি হায়বা ?

স্বর্নলত—ওঃ করিনো ঙসি ঐনা তারিবা রা অসিবো, ঐবু মংলা তাইবংলা !

ইবেমহল—ঙকমু ঙকহু, মতাং অসি য়েংবদা ঙকশিন্নদুনা চেন-লাকপা রাবা রাকম নংত্রে। অদুগা থৌরোক অসিগী মরমদা

ইমুং অসিদা, য়া মবা ফোংনা য়া য়া লাওনা ঙাংনবগী কজনা নম্ভে ; অহুনা হৌজিক নতৈ ইবুংঙোনা করি হায়রম্মী, নংবু মতম থবদং নবুং অহুগী মনাক্তা লৈহল্লুহ্না নোংমা নিনিদং হায়ক হাঙেমহল্লুচো অহুম্মা হায়রম্মীনে।

স্বর্নলতা—জ্ঞান মাংনা, ইশ ! ঐবু য়ুমদা করি মরমগী চংকদৌরিবা ঙসি ঐগী নাকোং অসিদা তারিবা অসিবু, নংতে, ইচেম্মা ওইথোক্কবা মংঙম্বা থৌদোক অত্তবু অচুম্বনি হায়না লৌবিহ্না ননাওগী পুন্সি অসি মাংননবা শিনবিগম্নুনে ইচেম্মা, ননাওবু অমুক্তদি মুংশিবিয়ু।

ইবেমহল—(ওয়া) করি হায়বা, ঐনা নংবু মাংননবা শিল্লি হায়বা ; ইমা ইপেমা ইমাইপেমা করিনো ঐঙোন্দা তাইশিনবিরকইবা অসিবো, ইবেম্মা কিজৈহাই ইশ। ওস্থোক্কবু তৌবা ঙম্মমথরেনে, হুম। ইনাও অসিনদি সংসারগী নাম্মা য়াংলবনিনা করিমতা উবা থংবা ঙমরোই হায়হ্না উশিং থোওইদহ্না চংলিবা লিচং শাজং নংত্ররো। হেঃ মহুদি কদাইদগী য়াগদগে মতৈম্মা ঐ লৈরি য়ারোই। (কেং তৌহ্না চংখিবা)

স্বর্নপুত—নংদে নংদে ইচেম্মা, (ইমুংদা কপহুনা চংখিবা) ইচেম্মনা ননাও ঐগী অশেংবা থম্মোইগী অচুম্বা য়াফমশিং অসে, ইতৈ ইবুংঙোদা হায়বিহ্না ননাওগী পুন্সিবু অমুক্তদি কনবিয়ুনে ইচেম্মা। (তাঙাসিদা নিলচন্দ্র অমোংপা কৈজোম্ফুরিং, পেং-ম্রিম্বা অমনবা ইনক্তি কইথবা অমা ইনহ্না মশা শোয়া মকোক-মখুং ইকোম চোয়া চংওকই।)

কিদাহু থাও থাও। (ক্ষেং তৌহুনা চংখিবা, স্বুর্নলতা মোক্তা থারগা ইনফি মচিনা কোক্তা থুম্মগা।

স্বুর্নলতা—তাদা (খুবম্ব

নিলচন্দ্র আ। ফরে ফরে মেডলা ফম্বা আ। নংদি ইবুংনা থা। অমা অনিরোম তোপ তুহুনা নাহুনা লৈববু, নোংমতাক্কাওবা লাক্নুা শেগা মাইগা চায়হুনা হংঙ্গবদি কৈনৌরে? আ। ইবাই ইবু ভোখে ই বীয়েলচান্দখেইনা চংকমুকা হায়-বরাও?

স্বুর্নলতা—আ। হায়দে ঐনা অস্নুম থবক ইংখাং অমা অমা।

নিলচন্দ্র আ। ফবে ফবে তত্বস্নু ওঙরসম্নু, অদুগা হৌজিক ইমুংদা ইচেম্মগা নংগা ঙাংখিবা রাকপশিং তদু ক'র করম্বা মরমগীনো?

স্বুর্নলতা—আ। চুম্না ইচেম্মনা মনাও ঐবু ওকসন্নু শিংশহু হায়হুনা ইচম চম্না ঙাংবি চৈবিবনি। আ—ঐ চা-মুং চুকটকা অমুক্তা .. (চংগে তৌবা)

নিলচন্দ্র আ। ঐ লোইনবা ওকএ, ডাক্তরনা চা মুং চুকট-বেড়ি-নচিংবা অসি মতম থংা থাদোকখো হায়রি, অদুগা ইবুংদি মহৌশাদগী কয়াম্নু থক্কৈ হায়বসি নংনা খংহুনা লৈরিবা অহুনি, ঐ লোইনবা ওকএ অদুগী মহুৎতা হৌজিক ইবুংনা হংঙিবা রাকম অদুগী পাওখুম অদো অমুক্তা পিয়ু।

স্বুর্নলতা—আ—তাদা রাকম অসিবু ···আ—তাদা। (ইমুংদা চংগে) তৌবা)

নিলচন্দ্র—(খামত্থনা. পুক্লিং থু শনা) স্থূর্নলতা, ইবুংনা অংডিবা অসিগী পাওখুম অদো নংনা পিত্রবস্থ ইবুংনা লোক্নবা থংবা ওস্মে ; মরমদি হৌজিক ওাংনখিবা ব্রাফম অত্থুগা, ইচেম্মনা পিরকপা চিঠিগী মরোলগা করিমত্তা থেল্লদরে।

স্থূর্নলতা—তাদা—।

নিলচন্দ্র—থম্মোই শোক্লা অা ! স্থূর্নলতা ইবুংগী ইবেম্মা নং অসে ওংগোক্লা পংখ ব্রদা. নংদি পাঙ্গল শোল্লবা নবুং ঐগীনি হায়বা করিমত্তা থন্দবতা নংতনা নবুং ঐবু পোকঅম্বা অহল-লম্মনগী মাই খজিক্তা ফাওবা য়েংদেদা স্থূর্ন. (কপত্থনা) নংবু ইমানা পিংক পিক্লা হন্দোক অম্বদগী, ঐগী ইনঙ্গন্দা পোত্থনা অহিং নোয়ং থংদনা সৈকাইগী ইচেম ইনেনশিংদা নবুক থম্নবা হোংনরক্কুনা নংবু চাংননা য়োকলকপগী মহৈদি স্থূর্ন নংনা ওসি ফংহল্লবা থসিরা।

স্থূর্নলতা—তাদা …।

নিলচন্দ্র—ত্থমিম্না সৈয়ু, ব্রাফম অসে মীগী ময়ুম অসিদা মকা কয়া ফোংদোক্লু দে, ইবুং য়াম্না ইকাই, স্থূর্ন সৈতবা লাইরবদি লাইবক্লা তম্বনি, অত্থুগা মীওইবগী বদনাম হায়বা অসিবু সৈরবদা হিংবগী করি কান্নবিবগে, মসি নং করিমত্তা থংত্রবা ?

স্থূর্নলতা—(কপুগা) তাদা ওসি নচল স্থূর্নলতা ঐনা ত্যরিবা অসিবু করিনো ? হেক তাবদা নচনগী থম্মোই অসি কায়রেনে তাদা, নচল ঐগী ইরাল করিনো, ঐগী অকায়বলো অমুক্তা তাকপিয়ুনে তাদা ?

**নিলচন্দ্র**—(খামহুনা) তুমিন্না লৈয়ু মীগী ময়ুম অসিদা হৌনবে, কৈরোই লৈকাইনা তারগা, করি হায়নখিনি নং খংব্রা ? মপা মমা পু-পাং শুনা য়োকবা মচা হায়বা অহুদি অসিনিদো হায়হুনা ডাংনখিবতা নংতনা লৈবাক্তা খুবাক খুহুনা নোক্নখি-রোইদ্রনে স্বর্ণ, আ—তুমিন্না লৈয়ু

**স্বর্ণলতা**—অচুম্বনি নচন্না হায়জবিবা অসে, ইরান নংতনা ইরান পিশনবা, হায়বা য়াই ডম্মাদো হায়হুনা অরানবা থৈজিন্দুনা মীগী পুন্সিবু মাওব শিনবা ঙাদা রাখম অসি ওইদবা মীনখ্বান হায়না লাবিয়ু। (হনুংদা চংগে তৌবা)

**নিলচন্দ্র**—(শাওনা স্বর্ণলতা !

**স্বর্ণলতা**—অচুম্বনা ঙাদা, নচল ঐগী হৃদয় অদো খুদক অসিমক্তদা চপ চানা অমুক্তা পুথোকপিয়ু, করিগুম্বা নচন্না লালম্বা থোকএ খুদক্তা থরাই অসে হেক্তা লোবিয়ু, নংএদি রাক্ষস অসে নচন্দা অমুক হন্না তারপিরগন্নুনে ঙাদা। (তুখবা)

**ইবেমহল**—থোরক্তুনা, আ করিনো করিনো, চিল-নোপরাগী রাক্ষস অসে খরা তেনশিনশি, মানদি মীনা ওান্দা কয়া ফজবা রাফনদি নংতাদো, অহুগীস্থ মপুঙা কৈরোই লৈকাইগী মীশিং আসিনা মণ্ডক থাংগৎ থাংগত্তুনা য়েংনবা অসিদা ঐখোইদি চাক চখোম অমা চানরিবা কৌবনিনা, ইকাইজবনা শিনিংবা হাৱবহু য়োরে ; আ ফব-কংত্রনস্থ নংগী নবাই ইবুংঙোগী মাইদি খজিক্তংদি য়েংশিনেকো করি হায়বগে, আ-বা শাং-দোকলগুমদি, অহুগা নিপীমচা নংস্থনে বাবল রাম্না মুন্না তৌ, মীনা ঙাংনরকইবা অসি করি লৈবগে হায়বদো ইশা ইশানা

তাব তানগ:দৌবনি, অহ নংত্রবদি মৈরিবগী মৈজাও হৌই হায়রহনা লৈবাক কুম্মৈ ওইদৌরিপোংনি তাব তারেবনা। অহগা ইবুংঙোম্বু নচনবু ওরুবা-শিংনবা র রককম থোকপা অহ আ য়ুমদা নিংথিনা পুরগা চপ চানা বারকউবা অসিনা থম্না চুমদৌমালেনেকো, বা মথা তানরগমুশিকো। (ইমু দা চংখিবা)

নিলচন্দ্র—(থম্মোই শোক্না) আ! স্বর্নলতা লোইরেদো নংগী পুলি (কপত্তুনা) স্বর্ন, নবুং ঐ অসে লাইবক য়াম্না থিবা লাইরবা মচা পিদোন-পাদোনবা অমা ওইরবমু মীগী বাহৈ মথা থাদ-নবা চংলক্লবা ইমান্নবা কম্নানা লাকচবা য়ায়ক্রবা নবুং ঐনি-নহাই স্বর্ন, অহবু। (শাওনা বা ক্রক-ক্রক চিক্লুনা) নংনা ওসি ঐবু অসিন্নৌনা চোপহনবা, (শাওনা) শে—আঃ মতাং অসিদা কারিগুম্বা নংনা লাম্লমদবকা অহক ওইরম্মুদনা থংঙোইত্রদো, স্বর্ন নংনবু কাইরমত্রবদি য়েংঙো, নবুং ঐনা মকম অসিদা মাই অসে ফোরামুক পাক্না লেম্না কম্মৈ হায়রগা ইচনবু শোকঅগদৌবা কনানো, মম্নাইবক থিরবী ইচনগী-দমক্তা মবুং ঐ অম্না ইচাও চাওনা লৈরি, ইচনমু থম্নাম পিহনা মাংহনগে থোরাংবা মশক অহ নত্তিক লৈরগা থুদক অসিমক্তদা চোংথোরকউ, থম্নাইগা থম্নাইগা হেক্তা থাদোক্লসি লাও হায়রহনা পাম্মাম অসি তিংওমগদৌবনিমহাই স্বর্ন। (খর কুম্মুনা থবাক পাইহনা বানা থাংবা) আ!

স্বর্নলতা—তাদা! (হোৎচিন্নুনা নিলচন্দ্রগী মথবাক্লচিংবা পাইহনা নাম্বা) তাদ—! (কপত্তুনা) করিনো তৌরিবা অশিবে। তাদা …।

নিলচন্দ্র—(ম্বর শাংনা শাংনা হোন্দুনা) আ—মুংশা থিবু ইবুং করি-
মতা তৌরোই, আ—(পোথাবা) অছুনা হৌজিক ইবুংনা
পাম্বদি নং নোংমা নিনিদং ইবুংগী নাক্তা লৈরুথিসি চংলো
নফি নরোল হোংঙুরো।

স্বর্নলতা—(জ্ঞান মাংনা কুক হৌগংতুনা) তাদা !

নিলচন্দ্র—আ-র মথা তাগম্মু, য়েংঙো ইবুংগী হকচাং অসে য়াম্না
ভমখ্রিবা পোৎনি, ভঙাইকদবগী ইবুং লাকপনি পংকুই কুইথর-
গম্মুসি চংলো।

স্বর্নলতা—তাদা ! করিনোমে ঐবু তৌরিবা অসিবু, নংত্তে তাদা
নচল ঐবু তাদগী নাক্তা করি মরমগী চংকদৌরিবনো ? মসিবু
হাম্না অমুক্তা হায়রিথোনে নচন্দা …।

নিলচন্দ্র—(শাওনা) স্বর্ন নংনা মহৎগী মরম থিগংলগা করি কাম্নগনি
হা ? স্বর্নলতা মুম্না তাও মাঁওইবা খুদিংমক অসে ইশাগী
ইয়াল ইশানা থংজিন্নবা, হুরগা হুদে হায়হুনা চেনবা, লাল-
বস্থ লান্দে হায়বা মাস নংনা হন্দক্তা নোনা হৌদোকপা নংত্তে
হায়বসে ইবুং চপ চানা থংঙি। আ-রা মথা তারগম্মু,
নং মফম অসিদা মিকুপ অমাফাওবা লৈবগী নপাঙ্গল লৈত্রবনি
চংলো অমুক পম্বরগম্মু থেংথরে নফি হোংঙুরো।

স্বর্নলতা—(কপতুনা) ঐবু য়ুংদা চংপা … ঐবু ।

নিলচন্দ্র—স্বর্নলতা, (পুক্নিং শুংশিন) মতম কয়াগী মমাংদগীদি ইবুংনা
হায়বা ইন্দুনতা লাকলে হায়রগা ও সনি ইন্নরোই হায়রবরা ?
করে করে ঐনদি পাজল শোম্নবনিনা কৈদৌজরগদগে হায়না
খন্দুনা য়াত্রিবা নংত্রদো, করে অহু মঙাইরে নং অসিগুম্বা

মিনোক-মৈশা মরক অসিদা নংব। তৌজবা নপাপকী কোম অহু ফংহুনা অমুম লৈহৌরোকো।

স্বর্নলতা—ও! তাদা—!

নিলচন্দ্র—অচুম্বনি ওসিদগী হৌনা নবুং ঐ অমা লৈরি হায়বা অসে খল্লুরম্মু কাওখোকপ্রোকো। (চংক তৌবা)

স্বর্নলতা—(কপত্থুনা) তাদা। (নিলচন্দ্রগী মখোং পাইত্থুনা তুবা।) তাদা। (মখোঃ কোল্দুনা কপ্পা।)

নিলচন্দ্র—(কপত্থুনা) অহুদি চংলোদনা ইবুংবু হকচাং অসে য়াম্মা ওমশিল্লক্তরে হায়বা য়ানি। স্বর্ন করিগুম্বা ঐনা মফম অসিদা তুহুনা লৈরবদি নং করম তৌ নি। নংমু ওাইগক্রা? (কোক ওাওহুনা ফমথবা)

স্বর্নলতা—ও! তাদা! তাদা! নচল ঐ জ্ঞান তাদনা ইমুংদা চংখিবা, তাঞ্জাসিদা, বীমোলচান্দনা শ্যাম্মু কৌরকপা।)

বীমোলচান্দ—(মপান্দগী শ্যাম, শ্যাম কুমার, (চংওকপা) শ্যাম।

নিলচন্দ্র—(হৌপত্থুনা) আ অসোমদা, অসোমদা চৌক্রি লৈরে। (বীমোলচান্দগী মখুং পাইহুন চৌক্রিদা ফমহনবা)

বীমোলচান্দ—(ভাব তারক্লুনা) ও! লাকপিরিবরা? ঐ (খুরম্বা)

নিলচন্দ্র—আ-য়ারে য়ারে। (খুরম্বা ওকপা মোড়াদা ফমথবা)

বীমোলচান্দ—আ—হকচাং য়াম্মা কম্মা ওয়ীরুদ্রে হায়না তাজে, অহু হৌজিক্তি খরা মুংওাইবিরেদনা।

নিলচন্দ্র—আ—খরা মুংওাইরে, অহুবু হকচাং অসি খংহক হকচিম্মা

নাথিবনা পাক হেক কনখৎপা য়াদে হৌহিকসু য়ায়া শোত্নি আ—হু, য়া অসিবু ... ... ।

বীৰোলচান্দ—কৰি কৰম্বা ৱাফম ওইৰবনো ? তাকপিয়ু— ।

নিলচন্দ্ৰ—আ নিপীমচা অসি নোংমা নিনিদং ঐগী নাক্তা পুৱগা মাগী ওক্ত-শিংদবা পুম্বা ৱাৱক ৱাতেন্সুংগ হ'য়্ববু । কৰি .. ?

বীৰোলচান্দ—আ য়ানি, ঐখোই ভ মো, ইতৈমখোইগা তান্নবিৰগা অম্সুন্না ফগনি হায়বহু খন্দুনা অহুম তৌবিয়ু ঐগীদি কৰিমত্ত' বেৰা লৈজদে ।

নিলচন্দ্ৰ—আ (খৱাই সুংঙাইতনা) ফৰে ফৰে, য় য়া ফৰে, আ— নিপীমচা স্নর্ন নংবু থোৱকপা য়'দ্ৰিবৱাও ?

ইবেমহল—(থোৱক্লুনা) এঃ ইবুংঙো নং লাকএদনা য়েংঙো, ভসাই মখৈ নং লাক্তে হায়ত্নুা ভাইন ৱবনিনে, সে নিপীমচানা নঙোন্দ কৰিগুম্বা ৱা খৱা হায়'ন লিথালে ইমু'লোমদা অমুক্তা চংঙকউদনা ।

বীৰোলচান্দ—আ—ইতৈম', ঐনা ইমুদ অমুক চংঙক্লবসু অহুমভাই, ইতেমনা অহুম ফননবা শিনবিশ্ৰগা লোইৰে । ঐ পুন্নমক য়াজৰে ।

ইবেমহল—(ৱাশিন্নহুনা) খংদেদা তৌৱিবসে, ঐখোইদিনে মীশী অৱাবা মতৌসে য়েং-লাকপা ভমজদেনে, কান্নৰো কপ্পু কম্মনে লাওবু লাওখনে, কৰিনো ভমু ভক্তা চোংখদৌনা ফিংফিংবু চেংঙিদা, খংক্ৰে কৰি মতৌনো খংজৰে, ঐখোইদি ইমানা হেক পোকপদগী অসিগুম্বা থৌদোক অসি অমুক্তা

খোংনজন্নত্তু-বনিনা জ্ঞানবু পুমমম মম্মে, ইমাইপেমা লোইন্নে-লোইন্নে ইমুংসে মাংঙবনে মাংঙবা। (ঙাং ঙাংহুনা চৎথিবা)

নিলচন্দ্র—স্বর্ন স্বর্নলতা (ম্নানা) কৈংৌবগে ইবেম্মা নংবু মতম অসি খোংজিল্লকএ খিৎ-থুনা চৎলশি, ইবুংবু ম্নাম্না ম্নাশিল্লকএনে, (মোড়াদগী হোৌৎতুনা) আ লাকও লাকও ইবুং অম্নুম থোক অম্মগে, কোম্বোংদা ঙাইরম্মগেকো।

বীমোলচান্দ—অহুদি ঐ অম্নুম। (নিলচন্দ্রদা থুমম্বা)

নিলচন্দ্র—আ য়'ম্না করে। (থুরম্বা ওকপা) অহুদি ঐম্নু ....।

বীমোলচান্দ—কনি। (নিলচন্দ্র থোকখিবা, বীমোলচান্না টেবিল মচিদা মখোং ম্নাম্বরপা ফম্বা, স্বর্নলতা ফি-ম্নোম্নি অকবা অহনবা ঙাক্তা শেৎ-ইম্নগা, মশম মনা ইফা কা, মমিৎতা মপি ভম্নং ভম্নং চেম্বহুনা, ম্নংঙাইতবা থম্মোইগী মৈচাক্তা জোইনমা থোরক্লে।)

নিপী অমা—(ওকতগী) ঈশৈ

লম্নাম কৈদনো চৎলিখদো
পূন্সি পামেল থাদোকুনা
নপাম লমদম পাংলগেম্না।
থম্মোই শোক্লবা খোংথাংদা
কম-কমবু চৎলিবনু
নংগী নম্নাল কম্নিড়লো।
শেংলবা থম্মোই অকামতা
শজিক থবাগী মুঙৌঙল
ইংনা চিকবু ভাওরগী,

উরোইদকো ওসিদগী।
নিজেবা নংগী আশাগী মণির
থংহৌদনা কিন্থরক্লবদা ··· লমদম,
ওইহৌরনিদো নিংখাইরবা ফুরা।

(ঈশৈ শকলিঙৈগী মরক্তা, স্বর্ন হিক্কা হিক্কা কপ্পুনা য়ুমলোমদা ওনশিন্নুনা খুরম্মে, মথংদা কোমোলগী মফমদা খুরম্মে, ঈশৈ হেক লোইখপা ইবেমহল থোরক্লুনা)

ইবেমহল— ওস্তোরা লুংঙাইত্রেদকো, তৌরিবসে আ— নিপীমচা নংগীদি নফি নরোল করি করি পুজরে ?

স্বর্নলতা—(কপতুনা) ইচেম্মা, ঐনা য়ুমদগী লাকপা মতমদা করি পুরক্লুনা ওসি ঐনা চৎলমদাইগী মতম অসিদা করি পুগদৌ-রিবনো ইচেম্মা।

ইবেমহল— অ।—অহুবুদি চুম্মীনে, আ— শে শে (লুপা মঙা চৎপি অমা পুথোকঅপা পৈশা অসে অসিনা করি করিনো লৈহ্নুনা চাথোসে। (পিবা)

স্বর্নলতা ইচেম্মা ঐ লৌজরোই।

ইবেমহল - আ — শেনে-শেনে, আ— নবুং মশা শোনবা অহুগী করিনো অমতা খইরবম্ব লৈবিথোসে। (স্বর্ননা ইন্নিবা ফিজিদা কিশিনহিবা, তাক্লাসিদা শ্যাম নাকন্দ। শিলেপ লাইরিক য়েপতুনা স্কুলদগী কুমকই।)

শ্যাম— ওরা) ইপ্পোলমচা নং কদাইদা চৎকদৌরিবনো ? (কপনিংনা) হা ? হায়রো কদাইদনো হায়রবা ? (কপ্পা)

স্বর্নলতা—(কপতুনা) ইন্দোলমচাগী ইবুংঙো মুংশিবা শ্যাম, ইন্দোল-মচা মতম খরদং য়ুধদা লৈরুখিগে অতুনা …।

শ্যাম—( কপতুনা ) করিগী লৈরুগদৌরিবা? হা! খুন্মো, নংত্তে ইন্দোলমচা নং চৎখিবা য়াদে। (স্বর্নলতাগী মখুং পাইদুনা) শে–লাকও, লাকও হায়রবা। (চিংশিনবা)

ইবেমহল—হায়-হায় শ্যাম, লাও লাও লাও স্কুল কুম্মকঅগা নকি-নয়োল হোংদোকুনা ইমুংদা নিংখিনা লৈগেদি হায়রদুনা কৈদৌরিবনো হা? কদাই কদাই নংগী লাইরিকাদু (লাই-রিক শিলেপ লোবা) লাকও লাকও অঙাং নংগী নথৌ নংত্তে (চংখিবা) লাকঅবরা শ্যাম!

স্বর্নলতা (কপতুনা) শ্যাম, ইন্দোলমচাগী ইবুংঙো মুংশিবা, নংনে পাবুংতোনবু থাদোকনু, লাইরিক-লাইশু নিংথিনা ঔরাইদুনা মরম য়াম্না মোক্না লৈয়ুকো। (কপতুনা) ইবুংঙো নংননে ইন্দোলমগাবু কাওগনুকো, নন্দোলমচা ঐ অসে মতম খুদিংমক্তা নংগী ননাক্তা লৈরি হায়না খল্লুকো, অদুগা শ্যাম ইন্দোলমচানা ওসি চৎকদৌরিবসে মপানথোংগী হুবচাং পোলাংদনি, অদুগা ৎরাইদি মফম অসিদা, শ্যাম! (চেংনা কোনশিনবা)

স্বর্নলতা—(বীমোলচান্দা) ইবুংঙো ঐ নোংমা নিনিদং চৎচরুখিগে, লাইবক থিবী তোল্লবী ঐনা মতম খরদং ইবুংঙোগী শেবা তৌজরম্বা নিংবা খুংদবা কয়াবু ঙাকপিয়ুকো। (খুরম্বা) ঐনা ইবুংঙোবু পুন্সি সিমগী থাদোকচরোই, মতম লৈবখিবিক্তা খম্মোই মুংদা লাংতুনা খমজগে লেংরনা ইবুংঙোগী মূর্ত্তিদো,

(বীমোলচান্দগী খুয়াগী উফুল লৌহুনা লাইবক্তা নম্বা, বীমোল-খংহৌদনা মিত্তগী পি শিন্থরকপা মতম খুদিংমক্তা খুদোং থিবদগী কনবিয়ু, (থম্মোই শোক্লা) অদুগা ওসি ঐগী থম্মোই-মুদা চাকলিবা মৈচাক অসি মুংননবা হোৎনরকপা মতমদা তোল্লবী পাঙ্গল শোল্লবী ঐগী থৌনাদদি হাপ্পিযুকো। (মখোং পায়রুনা কপ্পী)

ওকংগী—(নিপা অমা) সুর্নলতা, নংবু ঐনা চৎখিন্নু হায়রুনা থাম্বা ওমদরে, মরমদি তাইবংগী অফ ফত্তা উদ্রবা সংসারগী নামা য়াংপা মীশক অমা ওইরবনিনা ঐগী পাঙ্গল কর্রিমত্তা থোকপা য়াখিদরে, অচুম অরানগী বিচারসু ঐনা তৌবা ওমদরে, অদুগীসু মথক্তা ইম-ইপা শক্লবা তামো অমদি ইতৈমনা য়দ্রবদা ঐগী উপাই করিমত্তা লৈতরে, অত্তনা ন না ঐবু য়ায়োবা তৈগন্নু, চংলোকো সুর্নলতা চংলো। অদুগা অসিমতংদি কাওগনু হয়েংমুক্তী মপোক্তা তাইবং মীওইবা খুদংমক্তা মীমায়না পোকপা অসিদদি পুন্সিগী লাইনিং ওইখিযুকো সুর্নলতা।

নিলচন্দ্র—(অয়াম্পদগী) সুর্ন, সুর্নলতা, ইবেম্মা নংবু কৈদৌরবগে খিৎ থুনা লাকওগবা মুমিৎ অসি তাখিনৌয়েনে নিপীমচা লাকও লাকও থেংখরে।

সুর্নলতা—কপত্তুনা) শ্যাম, ইন্দোলমচা চৎলগেকো, অদুগা সে কিজিদগী পৈশা লৌথোক্লুনা) পৈশা অসিননে করি কল্লি লৈহুনা চাওকো, (শ্যামগী মুরিৎথাওদা হাপচিনবিবা)

শ্যাম—(কপত্তুনা) নংত্তে মুত্ত্ব পামদে, পৈশা পামদে, ইন্দোললমচা নংনা চৎগ্রগ পৈশা অসিনা কৈদৌরনি, (পৈশা লৌথোক্লুনা

লাক্লুনা লংথোকপা) নৎতে ইন্দোলমচা নং চৎখিগমু ঐ নংবু থাদোকপা ঙম্মোই। (চেৎনা কোনবা) চৎখিবা য়াদে চৎখিনু। (ফ্রিং ফ্রিং চোংবা)

স্বর্নলতা - (য়াম্না থম্মোই শোক্না কপ্পগা চিনবান্দদি নোকশিন্নতুনা) শে (পৈশা খুল্লগা) পৈশা অসে লৌও, য়েংঙো ইন্দোলমচা চৎলোই (কপতুনা) ইন্দোলমচানা নংবু থাদোক্লুনা কদাইদা চৎকনি, (চেৎনা কোন্দুনা শ্যামকুমার ন'বু থাদোক্লুনা চৎপা ঙম্মোইনে ঐনা, অদুবু শ্যাম চৎতবা য়াদবনা চৎলুরবসু ইন্দোলমচা হেক্তা লাকনি।

নিলচন্দ্র—(অরাপ্পদগী) স্বর্ন সুনলতা, ন' নং লৈহৌরোকো ঐ চৎলে – হাই।

স্বর্নলতা – আ! (বীমোলচান্দা অরোইবা মিংয়েংদা য়ে ঙগা) ইবুংঙো ঐ চৎচরে, শ্যাম লৈহৌরোবো। (থম্মোই শোক্না মাই লৈতুনা চৎখিবা।)

শ্যাম—(খোন কাইনা হিক হিক লাওনা কপ্তুনা) ঐগী ইমা চৎখরে, ইমা ইমা খোংথিন্দুনা চোংবা) ইন্দোলমচা নংদি ঐগী ইমানি, কনা কনা লৈবগে ঐগী ইমাবু অমুক্তা থাম্বাম্নো, নৎতে ঐনা চৎহল্লোই ঐনা থাম্মুগনি ইমা! (চেনগে তৌবা)

বীমোলচান্দ (ফম্মুদগী ফুক হৌগৎতুনা) শ্যাম নং কদাইদা চৎকদৌরিবনো, লাও নংগীদমক্তা নপাবুংতোন ঐ লৈরিবা অসিদি (চংশিল্লক্লুনা শ্যামসু ফা'জনবা)

শ্যাম— হিক হিক কপতুনা) পাবুংতে ন নং লৈরবসু ঐদি ইন্দোলমচাবু য়াম্না নুংশিয়ে, নৎতে পাবুংতোন ঐ ইন্দোলমচা থাম্মুগে (চেনগদোবগী লাক্লবা।)

বীমোলচান্দ—শ্যাম। (কপ্পা ফাবা)

শ্যাম—নংত্তে ঐবু থাদোকউ, থাদোকউসে পাবুংতোন নংনা ঐখুদি কাজিন্দুনা থমলগা ইন্দোলমচাবু চংহনগ্রিবসে পাবুংতোন ঐগুম্না ইন্দোলমচাবুস্থ থাম্বীবদি য়াদন্না ?

বীমোলচান্দ—(থপ্পোই শোক্না) শ্যাম ! (চেংনা কোনবা,

শ্যাম—পাবুংতোন ! (বীমোলচান্দা কোম্নবা)

[ লাইট ওফ ]

## ২—৫

## ( অনিগী মঙাশুবা শরুক )

অহিং নোংঙাল্লমদাইগী মতম।

# লক্ষ্মী

(অহিং নোংঙাল্লকপগী মতমদা খোংবা উঃচক য়ায়াগী মু শিবা খোঞ্জেল কয়া তাব্রি; মতম অসিদা নিলচন্দ্র মশা য়াম্না শোম্থর-দুনা খোং তপ্না তপ্না থাংদুনা, স্বর্ণলতানা তুং ইন্দুনা খো-য়কই।)

নিলচন্দ্র—(য়ানা) আ—লাকও লাকও. য়ুম য়োগদৌবা য়ামশিল্লক্ক্ু.র, আ—নংনা চংকনিগা চংলোইগা ইমরিদৈদা মতম অসি কয়াদা থেংজিনগ্রবনো, আ নোং ঙানপদৌববু পংকুই কুইরম্মরোই। লাকও লাকও খন্না থুনা চংশি লাও।

স্বর্ণলতা—তাদা ঐনা ওসি লাকইবা অসিবু মকম কদাইদনো করি তৌবা লাকইবনো, ঐগী করি ইন্নাল লৈদুনা মখোইনা ঐবু য়ুম অতুদগী তাম্থোকলকইবনো. পুন্নমক অসি খল্লুবদা নচল ঐগী খোং অসি থাংবা খোকচিল্লক্করেনে তাদা, নংতে ঐ য়ুমদা চংঙরে'ই।

নিলচন্দ্র—(শাওরপ্না) করি হায়বা হা? নংনা হেক্ক. চংদবা য়াবরা, পুন্নমক অসি কনানা থোকহল্লিবনো, মসে নং নশানা থাক-চবা লাংদা নশা নতোমতা থুজবনি, কনাগীসু দোষ নংতে, চংলো পরপ পরপ চংলু। চংত্রিবয়া?

স্বৰ্ণলতা—তাদা, অদুদনিসে নচনগী থম্মোই অসি পুবা য়ায়ক্রিবা অসে নচল ঐগী ইয়াল করিনো হায়বা মসিগী তশেংবা অমা হেক থংত্রিমখৈদি ঐ য়ুমদা চংখিরোই।

নিলচন্দ্র - (য়াম্না শাওনা মশা থক-থক নিক্কুনা) নংনা হেক্তা চংদব য়াবরা হায়য়ু, ঐ অসি কনানো নং থংবরা হ'? (ফুগে চংশিনবা) থুম্মো করিগী থুমদ্রি নো খুম্মুনে স্বৰ্ণলতা।

স্বৰ্ণলতা—(থরাই শেক্লা) তাদা, ঐ থংডি ঙসি ঐগী মাংদা লেপ্লিবা অঙকপা লাইথুংগী অরাবা মৈশা খাংবদা য়ায়বা, অসিগী মথক্তা মচল ঐগী মুংঙাইতবগী অরাবা কয়াবু পুবা ঙমদ্রবনা শয় থবেং থবেং হোন্দুনা থক-থক নিক্কুনা লেপলিবা হে—লাইবক থিবা তাদা নং ঐগী ইবুংনি মসি ঐ চপ চানা থংডি, অসিগুম্বা ইবুং নংগী মাই থিনবা অমদি অহল-লম্মন পুম্নমকপু চেন্থনবা পোক্লবী বদমামনা খোং থাংফম লৈত্রবী ঐ অসিনা তাইবংপান অসিদা হিংদুনা লৈবগী করি কান্নরিবগে অদুগা; নচনগী থরাই অসি থুদক অসিমক্তদা লোগে হায়রবসু লৌবিরো তাদা।

নিলচন্দ্র—স্বৰ্ণলতা!

স্বৰ্ণলতা - অচুম্বনি তাদা, অসিগুম্বা মীচং মিথাই নাইবা, ওচুম অমা মশক থংদবা, ভোল্লবশিংবু তুহৎপা, তমথিনা ফংত্রবা তুক্চরবা চৎনবী অসিবু খোংপাক্লা লাপ্পা কাওথোকতস্মে হায়রগা অনৌবা মপোক অমা ওজগ্রগেনে তাদা।

নিলচন্দ্র—স্বৰ্ণলতা করিনো নংনা তৌরিগসে হা? নং ঙাওরব্রা?

স্বৰ্ণলতা—তাদা (নেংক্কুনা হা-হা হা ঐ ঙাওরে, মথোয়না ঐ

ভাওহল্লে—হা-হা-হা অদুগা তাদা রা অসিমগা তাবিয়ু দিপী ওইবিনা বদনাম লৈনা মপামদা হল্লক্লুনা কপ্পা পুলিস লেনগ-দৌবগী শরুকপুদি, শিথিবনা শরুক চামা হেল্লা কৈ।

নিলচন্দ্র—স্বর্ন! ইবুংগী ইবেম্মা।

স্বর্নলতা—(শাওনা) ঐগী পুলিসবু মাংননবা শিনবা ফংত্রবা মীশক অদো, মশক মুল্লা খংননবা ভসিদগী হৌনা কোইথি থিরে হায়রগা, মসিনা অচুম্বনি, মসিনা অরানবনি হায়বহু তশেংনা চপ চনা খংঙবা মতমদুদা, নচল্লা ও দগী নাক্কা ল্যাকচহ্না লৈজরগে; অদু হেক নংত্রিমখৈদি (য়াম্না থম্মোই শোক্লা) তাদা ভসিদগী হৌনা লাইবক থিরবী নচলবু কাওবিরোকো, তাদা!

নিলচন্দ্র—স্বর্নলতা ইবুংগী ইবেম্মা! (খাম্বা)

স্বর্নলতা—ঐনা হায়রিবা, নচল্লা নিংঙিবা ভসিবু হেক পাংথোকপা ভমঙ্গবদি, ইপা ইমা শরুবা তাদবু হ ৎপা পাপ পুবা ওইগ্রগে, (থুরম্বা) নচল চংচরে তাদা! (অমুক হন্দুনা চেনখিবা)

নিলচন্দ্র—স্বর্ন স্বর্ন স্বর্নলতা! (মচনবু তাম্নবদা থোং থাংবা থোক্তহনা লেপ্প-লেপ্পা হায়থবা) আ! (রা হবা)

[ লাইট অফ ]

## ২—৬

## ( অনিগী তক্লকগুবা শরুক )

অয়ুকী মতম

### কোমোলগী য়ুম মাঙ্গোল

(হান্নগী দেকোরেসন মফম অসিদা, ইবেমহল সেখর য়ারি শান্নুনা চংঙকই ।)

ইবেমহল—লেংশিল্লকউ লেংশিল্লকউ, করিমত্তা চিংনবা মুংঙাইঙবা লৈবিন্নু, ঐনা মতম কয়াগী মমাংদগী হৌনা ঙসি ওইরিবা ফিতম অসিদা তাননবা শিল্লকপা অহুবু হৌজিক্তি মপুং পুন্না কাবে হায়রবা য়াবে, আ—চৌক্রি অসোমদা লেংশিল্লু।

সেখর—কনি কনি য়াজবে। (চৌক্রিদা কম্বা) অহু ইচেম্মা হন্দক ভাইবুংঙোবু টুর প্রোগ্রাম কয়া য়াম্না শাংনা চংকনিকা হায়রম্বগে ?

ইবেমহল—আ—ইবুংঙো, হন্দক নংগী ভাইবুংঙোনা চৎখ্রিবা অসে থা-মখাই অময়োমবু চংকনি হায়রম্মীনা।

সেখর—ও—য়াম্না কবগী য়ানিনে। (নোকপা) হা-হা—।

শ্যাম—(ইমুংদা) ইমা, ঈশিং থজিক্তা থকেবা।

সেখর—অঙাং মশা ঙমদবা য়াওথিত্রা করিনো ?

ইবেমহল—হোয় হোয় নিপ মচাহু মশা ঙমদবা ঙসি মরিনি মঙানি গুরে, অমুকতোইবা চাগেগা থকেগা থাং-লাকপা ঙম্বা পোৎ নৎতে ; থৌওইনা তারু-লাকউবকা ঙম্বা পোৎ নৎতে, আ— অহু ইমুংদা নিংথিনা চংঙগা পোথাসি হায়রবরাও ?

সেখর—কৈনে করিমতা কায়দে।

ইবেমহল—অহুদি চংঙসি। (সেখর, ইবেমহল ইমুংদা চংখিবা)

শ্যাম—(ইমুংদা) ইমা, ঈশিং খজিক্তা থকে হায়বনি। (তাঙ্গা অসিদা বীমোলচান্দ খুত্তা ডাক্তরগী হিদাক লিক্লি অমা অনি পায়হুনা চংঙকই।)

সেখর—ঙাইখো অসিদগী ননাও ইবুংঙোগী ফোটো অসিদা ধুপকা থা-লাক্নুনা হোৎনরিবা অসিবু, ইনাও ইবেম্মা মরম মোকপি অহুনা তৌরম্মীবরাও?

ইবেমহল—হোয় হোয় মপুরোইবা নিংথ্রবনিকা হায়হুনা …।

সেখর আ—চৎনদ্রবা মল্লবা য়াখন্দো (নোকপা) হা হা-হা।

ইবেমহল আ কৈদাদো।

সেখর—ভাব অহুবু হ'য়খিবা ইচেম্মা। (নোকমিন্নবা) হা-হা-হা।

ইবেমহল আ। তাঙ্গা অসি য়্রোয়বদা আ—ইচেম্মা আ—ইবুংঙো হ'য়বা মিংগৌ অসি হোংবু হেংদোকঅসিদা …।

সেখর—মশানা ভাবনি হোৎদবা য়ারক্তবনি …।

শ্যাম—ইমা, ঐবু ঈশিং খজিক্তদি থকে হায়বনি। (কপ্তুনা) ইন্দো'মচ, … … কপ্পা)

ইবেমহল—(খোন কায়না) করিগী ঈশিংনো? নংতে নংনা থক-নি ঙগা'ক, চানি ঙগা হেক চাবা য়াবরাও হা? করিগীনো নংনা অস্তুক য়াম্ব' কৎত্রিবা অসিবো? নংতে ঐনা হায়বদি নশা ঙমদ্রবদি তুমিন্না হিপতুনা মরৈরো, অহুদি নংতহুনা করিগীনো নংনা মীবু অস্তুক য়াম্না স্তুক স্তুক নৈখিবা ওৎশিবা অসিবো হা? নংতে, নংগী চক্রি অসিবু কনানা থাঙবা

ঙশগদৌরিবনো হায়বা ; অা—কৌ—কৌ নংবু য়াম্না লুনা চংম্না তৌরম্বা নন্দোশমচাদো কৌ, থুদক অসিদা মা লাকুনা নংগী সেবা তৌবিরবয়া য়েংশি ; কৌও কয়িগী কৌগ্রিবনো কৌ হায়বনি।

শ্যাম—(কপ্লুনা) নংদি ঈশিং থকে হায়বস্থ য়াদে। অহুগা হিদাকস্থ লৈবিদে, ঐদি য়াম্না য়ারে। (কপ্লুনা) ইমা! ইমা! (কপ্পা)

ইবেমহল—উমঃ কৌ, শিখিবা নমা অহু লাকুনা নংগী সেবা তৌবিরদনকো।

বীরমোলচান্দ—(খাংবা ঙম্মক্তহুনা) ইতৈমা!

ইবেমহল—(পরপ-পরপ থোরক্লুনা এঃ ইবুংঙো, নংস্থ লাকত্রদনা, নংতে নংগী নখুত্তা প য়রিবা অহুবু অঙাংগী হিদাক নংতরাও? কয়েদা ইতৈমস্থনে লৈরুশিয়া হায়হনা খন্নম্মিবন, কয়িনো ঈশিং থক্কগা চাগেগ অমুকতোইবা থা-শাকপা ঙম্বা পোৎ নংতে; কদায় কদায় হিদাকতো, ইতৈমা নচাদা পিথকউরগে। (লৌগে তৌবা)

বীরমোলচান্দ—(থরাই য়াম্না সুংঙাইতনা) ইতৈমা, অমুক্তা .. .. । ইতৈমা, ঙসি ব..সিবু নোং-ঙাম্নগরা?

ইবেমহল—(ঙক্লা) কয়িনোনে ইবুংঙো নংনা হায়রিগা অসিগা, লৌমিক অয়ুকী মতমনিনে, সুমিংকা তরং তরং থোকই-পেংনি।

বীরমোলচান্দ—ও—অহুদি, মতম থুদিংমক্তা মমহুনতা লৈরবা লাইবক

থংহৌব্রবা শ্যাম অসি ইতৈমা-মকী নপুক্কী হেক তাবা নচাং মক্তা ওইরম্মবদি, ঙসি ত্তৌরিবা মতৌ অসুম্না মিয়াইরমগদ্রা? অমুক্তা খুখীয়ু।

ইবেমহল—(শাওনা) তুমিন্না লৈয়ু বীমোল, নংনদি সংসারগী অফ-কত্ত উবদি ওমদা, নপুক য়াম্না ফত্তবগী হৌনবা, তাবনা শা-শাহনা মী মাংননবা শিন্দুনা ইমুং মহি লাংহনগে থৌরাংগনু থংঙদ্রা?

বীমোলচান্দ—( নোক্কুনা ) হা হা হা ঐনা মী মাংননবা শিনবা; (শাওনা) ইতৈমা ইতৈমবু ঐনা ঐমকপু হেক পোকপি ইমামক'নি হায়না খল্লুবা, অহুবু ইতৈমদি লমচৎ-শাজৎতা ফজদ্রবী, তমথিনা তুকচনবগী মশক ওইরবী, মতম খুদিংমক্তা ঐগী ইরাম্বগী পুজিবু চিকদৌবগী কোইশেন শেন্নহনা লৈরবী, কাংখদা চংলবি তমথিরবী লিল অমোম অমা ওইরম্মেদনা।

ইবেমহল—(ঙক্লা) ইস! ঐবু লিল অমোম!

বীমোলচান্দ—(কজনা) ইতৈমা অহুগুম্বা কৎত্রবা লিলগী হু অদো, করিম্নু থংজ'দ্রবা ঐগী ইচা শ্যামদদি কামশিনবিগম্নুকো। খুরুম্বা)

ইবেমহল—(শাওনা) উম! ন'না অহু হায়বদি হৌজিকমক খুদক অসিমক্তদা চিৎপা তারে, নং কমদোগেগে?

বীমোলচান্দ—(থম্মাই মুংঙাইতনা) ইতৈমা, ঐনা নিংথিনা কজনা হায়জরিঙে অসিদা য়াবিদ্রবদি ব্যবহার কাইনিংদ্রবা ঐগী ইকমদগী অথিবা রাহে তাবতা নংতনা, খুদোংথিম্না কংবিংগ'নকো।

ইবেমহল—(ভক্লা) এঃ নংগী কবি নতিক লৈহ্‌না ?

বীমোলচান্দ—(শাওনা) অত্থগা বা অসিমগা ভাবিয়ু বীমোলচান্দ ঐগী পুন্সিনা লৈরিভৈদা ইতৈমগুম্বদি থম্বু থম্বীখো, ইতৈমগুম্বা লাক্ক-লাক্ক লাক্লুনস্থ ঐগী ইচা শ্যামগী মতু-ত্থুবুম অমা শোক-দোবদি কনাগীস্থ মতিক লৈজেকো।

ইবেমহল (জ্ঞান তাদনা) ইস !

বীমোলচান্দ—নংতে ঐনা হৌজিক ভোগদোবদি শ্যাম ! শ্যাম! শ্যাম কুমার ! (ইমুংদা চংখিবা, ইবেমহল, সেখর জ্ঞান তাদহ্‌না য়েংনরগা, কোক পাইহ্‌না ফমথবা।)

[ লাইট ওফ ]

## ২—৭

## ( অনিগী তরেৎশুবা শরুক )

হুংথিলগী মতম

## অম্মাং

(মকম অসিদা বীমোলচান্দ শ্যাম্ন্ পোন্থুনা থোরকই।)

বীমোলচান্দ—আ—শ্যাম। শ্যামকুমার

শ্যাম—পাবুংতোন।

বীমোলচান্দ—নংবু দাক্তর চৎপগী লমী অতুবু খংব্রা?

শ্যাম—পাবুংতোন ঐদি খঙদেবো। (তাঙ্গা অসিদা কোমোলনা মাং থারহুনা ইবেমহল সেথরম্ন চংঙকই)

বীমোলচান্দ—আ—করে, নংম্ন খংব্রবদি মীডোম্দা হংঙ হংঙপা য়েনবা চৎপা হায়বা অহুনি। (চৎপা)

কোমোল—(শাওনা) হায়—শ্যাম।

শ্যাম—পাবুং, পাবুংতোন পাবুং লাকএ।

বীমোলচান্দ—ও—তামো। (শ্যাম্ন্ পোবদগী থাবা)

কোমোল—(শাওনা) কৌগম্ন, নংগী নচিল অহুদা ঐবু তামো হায়না কৌরগম্ন, হায় শ্যাম নং অহুদা কৈদৌরি, লাও (মথুং লাক্নুনা চিংবা)

শ্যাম—পাবুংতোন।

ইবেমহল—এঃ এঃ করিনো তৌবিরিবা অসিবো, মী অঙাং অসি মশা মায়া ওমত্রিবা পোৎ'নি (কোনশিনবা)

বীমোলচান্দ—শ্যাম !

কোমোল – করিগীনো নংনা অঙাং মঙ্গা অনাবা অসি পুন্না চংলিবা অসিবো হা ?

বীমোলচান্দ—তামো, অমুক্তা শাওবিখিন্নু ননাগী রা অসি অমুক্তা তাবিখো ... ... ।

কোমোল—কবিগী রা তাবা হা ? হৌজিক নংগী রা তানবা ঐডোন্দ মর্তম লৈতে, খংডবরা ? মতম শাংনা চৎপন্নু নংতবা থুমিৎ মঙা তরানিদং ঐনা য়ুম খাদোক্লনা চংলুবদা, নংনা ইমুং অসি মথক-মথা হেক্তা ওলম্বনিনে নৎত্রা ?

বীমোলচান্দ—তামো ! 

কোমোল—তুমিন্না লৈয়ু, ঐনা ইনাও অসিবো করমনো হ'ন্নহনা হোৎনরকপা, অহুগা নমাগুম্না নিংগদোবা নতৈনগী মফমদা নংত-নংতবা রাখন খন্দুনা হায়হৈ হায়হৈদবা রা হায়বা... ।

বীমোলচান্দ—(ওক্না) তামো !

কোমোল—তুমিন্না লৈয়ু, নংনা মহাকপু নতৈমা অমনি হায়না নিংত্রবন্নু, নয়াম্বা ঐ অমা ইচাও-চাওনা লৈম্নি হান্নবসি নং খজিক্তদি খন্নবা য়াইনা ; সেরা ... । (ইবেমহল-সখর ম্নেং-নহনা নোক্লবা)

বীমোলচান্দ—(খরাই শোক্লা) তামো, ননাও ঐগী রাসে অমুক্তদি তাবিয়ু কৈদৌবগে ।

কোমোল—(শাওনা) চৎক্লো চৎলো, ঐ নংগী রা তাম্লোই, অদুগা ঐনা নংঙোন্দা হায়গদৌবদি, ওসিদগী হৌনা নংনা ঐবু নয়াম্বা অমনি হায়না খন্ত্রব, অদুগা ঐনম্নু নংবু ইনাও অমা লৈ

হায়বসি নিংশিংত্রবা ভাব তারেদনা চৎঙ্গ্রো চৎলো। হাই শ্যাম চৎলো ···। (চৎপা হৌবা)

বীমোলচান্দ—ও! তামো, লোয়রেদো তামোগী মমল য়াম্নবা পুন্সি অদো কনাগুম্বী অমগী তমথিরবা হুনা থামশিন্দুনা, অঙাওবা লাইথুং অমা থুংডেদো তামো।

কোমোল—(শাওনা) বীমোলচান্দ।

ইবেমহল—মাই পাবুং, সংসারগী নাম্মা য়াৎলবা মীগী চোইরোল অসি ভাহুনা লৈবগী কঁরি কান্নরিবগে চৎলসিবা ····।

বীমোলচান্দ—হুম! তামো ননাগুগী য়া অসিমতগ, তাবিখো, মপান-থোংদা য়েংবন্দদি ফজনা উরবা পামেল উজাওনি, অদুবু উজাও অদুগী মরূপ্না তাইবং মীওইবনদি উবদা য়ারবা, তমথিনা কত্রব। মহু কন্নবা তিন্না নোংম নোংমগী অম্সুম চিকশিল্লক, অম্সুম্মক চিকশিল্লক, হয়েং মতমগী মতুং ইন্না খিংবা ঙমত্রবা অকনব। নোংলৈ মুংশিৎনা শিৎলকপদা পামেল উজাও অদো মরু ফুরা তুথদি শোইদ্রবনিকে। তামো।

কোমোল—বীমোলচান্দ!

বীমোলচান্দ—মতৌ তত্তুগুম্না; কন্নিস্সু মরাল কৈদত্রবা পামেল চান্না মচা আস শোক্তনবা মচি অমদা হোংদোকচগে থৌরাংজব, ননাগুনা নিংজারিবা আসদদি কাইহনবিয়ুনে তামো। (থুরম্বা)

কোমোল—বীমোলচান্দ, ওইথোকুবা য়াহু অনিরক গুনা ঙাংগদ্দু চৎগ্রো চৎলো চৎত্রিবরা?

ইবেমহল—মাই পাবুং কৈদোরবগে তৌরিবা অসিবো অঙাং অসি য়াম্মা য়াগে হায়রবনি, সে—চৎলসি। (চৎপা)

শ্যাম - (কপ্পুনা) নংতে ঐ পাবুংতোনবু থাদোকপা ঙম্মোই (ক্রিং- ক্রিং চোংহুনা। পাবুংতোন নংসু চংশি লাকও; লাকও পাবুং- তোন …। (ইবেমহন্দগী নাম্থোক্ভূনা চেনবদা য়াম্না থিনা ভুবা, রাম্বা, তাঞ্জা অসিদা সুর্নলতা মশম-মনা ইকা-ফানা অঙাওবীগী মতৌগুম চংঙকই।)

কোমোল—(মুংশা থিনা। শ্যাম! শ্যাম! হি! শ্যামকুমার।

ইবেমহল শ্যাম! (মুংশা থিজিন্নহুনা) ইমাগী ইবুংঙো শ্যাম, (সেথরদা) লাওনে ইবুংঙো নংবো অঙাং অসি করিনো অমা তৌথরে হায়মি। (সেথর চংশিন্দুনা হোংনবা।)

কোমোল—(য়াম্না মুংশা থিনা) শ্যাম! শ্যামকুমার, শ্যাম!

বীমোলচান্দ—(চংশিল্লকুনা) নংতে ঐগী ইচা শ্যাম কৈদৌরবা? (কপতুন) শ্যাম! শ্যামকুমার নংগী পাবুংতোন লৈরে। (শ্যামগী মশা পাইবা)

কোমোল—(য়াম্না শাওনা) উম! হায় নং হন্দোকউ অঙাংগী মশা শোকনু; হন্দোকও, মীনা চংথোকউ হায়রমক্তদা … …। (বীমোলচান্দগী লুমাংগী মশম পাইহুনা চিংথংলগা) নংবু ঐনা হৌজিক তৌগদৌবদি (মথাজাইদা খুবাক্না কল্লা থাবা।)

বীমোলচান্দ—আ! (মকোক ঙাওহুনা, উরু-উরু লৈহুনা থিনা তুথরকপা), সুর্নলতানা চেনশিন্দুনা বীমোলচান্দগী কোকপু কৈবমননা ওক্তুনা কমথবা)

ইবেমহল—ইমাগী ইবুংঙো শ্যাম! শ্যাম! ইবুংঙো, চংসি অঙাং অসি য়ুম অমুক্তা য়োননবা হোংনসি। (সেথরনা শ্যামসু নঙন্দা পোথংপ।)

কোমোল—(মুংশা থিনা) নংত্তে মুমলোমদা নংত্তে, ডাক্তর:রামদা।
ইবেমহল—( কপশিন্নহুনা ) খিৎ থুনা চংলোনে ঐবু মুংশা য়াম্না থিবগী মথক্তা পাখংপা অম্না য়াওশিন্নকএনে. (চংলোনে) ইবুংঙো চংলো। (তকিং তকিং তৌহুনা সেথংনা শ্যাম্‌ পোত্রগা ইবেমহলগা থোকখিবা।)
কোমোল—(শাওবনা লুত্তোন কাখিহুনা) ইস ! ঐগী ইচা ক'রি তৌ-রবা? ঐগী ইচা শ্যামকুমার, উম। মশি পুম্নমক থোকহল্লিবা অসি কনানবো (শাওন ) মসিমক্তবু মাগী মথরাই অসি হেক্তা লৌরগা লোইরে ··· ···। (চেনশিল্লকপা)
স্বর্নলতা—লৌশিন্নিবা অঙ্গুদগী হেজিনখিরক্তবনা করগ'ন, করিনো কনমক শাওবিনিংবা লৈরবস্তু চংনবিগী পন্দি লাম্থোক-পিগন্নুনা (কোক্তা ঙিজিনা থুমজবা)
কোমোল-(শাওনা মিৎতা ঈ কানা) উম ! নংস্থু ····। পুম্নমক অসি নংগী রাহৌদগী থোকপা থৌদোক ওাক্তনি। খংঙব্রা?
স্বর্নলতা—পুম্নমক ঐগী রাহৌদগী থোকঅম্বা য়াই. থৌদোক অতুগী মরমদা অচুম অরান মশক খংনন্বা হোৎনবদা অঙাওবগী মত্তৌগুম্না তুপা চাবা চংদনা কোইচং চংতুনা লৈরবী, লাক-চৈদকো হায়রবগী নিংঙমদবা মৈচাক্না থম্মোই অশিদা চারবী ঐনা, ইবুংঙো মাগী মথক্তা পিবিগদৌবা অরাবা পোৎলুম অদো মনাই তে'ল্লবী ঐগী কোকথক্তা হাম্নিয়ু হায়না ফিগাও শানা নিজরি। (কিজিনা ফিগাও শাবা)
কোমোল—হায়, চংথোকউ নং তোপানি দ্রবদি মকম অদো থুদক অসিমক্তদা থাদোকউ।

স্বর্ণলতা—ঐনা মকম অসি থাদোক্লুনা কদাইদা চৎকনি। (হৌগংপা)

কোমোল—যাত্রবদি মংসু শিবা পাম্বরা ?

স্বর্ণলতা—তোল্লবিগী পুন্সি ওইরিবা ইবুংঙো মাবু কনবদা স্বর্ণলতা ঐগী থরাই থাবি হায়রবগী মিংচৎ অতুতবু ফংহনবিরবদি স্বর্ণ-লতা পোকচবগী মহৈ য়াম্রে। খুদক অসিমক্তদা ঐগী থরাই লৌবিরো। (ফমথবা)

কোমোল—উম, নং য়াদরে।

স্বর্ণলতা—ঐনা মহাকপু থাদোক্লুনা চৎপদি মপোক অসিমগী ওই-থোক্তবনি।

কোমোল—( য়াম্না শাওনা ) অতুথি নখোই অনিমক পুন্না নথরাই মাংবা তারেদো।

স্বর্ণলতা—(নোকফেৎ তৌদুনা) মতুবু ওইরবদি পুন্না স্বর্গ কাবগুম্বনি।

কোমোল (য়াম্না শাওনা) য়াদরে।

স্বর্ণলত —হায়জরিবা অসিনা অরেপ্পনি।

কোমোল—য়াত্রবদি। ( চেনশিন্দুনা বীমোলচান্দা খোংপাক্লা কাওগে তৌবা )

স্বর্ণলতা—(য়াম্না শাওনা থুকউ নাম্মা লৈবাক্তা তানা হৌগৎলগা) লেপ্পিরবা অতুদগী খোংকম অমতং হেক হেঞ্জিল্লকপদা স্বর্ণ-লতা ঐগা থরাই হেক্তা থামিন্নগদবনি।

কোমোল—ইয়া! উম! (তৌকম থংদনা য়া ক্রক ক্রক চিক্লুনা লৈবা)

স্বর্নলতা—নংন্তে, ঐবু ভাকপিয়ু (খুরম্বা)।

কোমোল—(করি পাতি লৈত্রন্থনা) উম, মসিগী মতুংদা কোমোল ঐনা করি ভৌরকপগে হায়রদো নথোয় চপ চানা খংগনি, সেন্না, তৌগেদো খংঙোইত্ররদো। (য়াম্না শাওনা খা চিক্না থোকখিবা)

বীমোলচান্দ—(জ্ঞান তারক্লুনা) স্বর্নলতা।

স্বর্নলতা—( হোৎচিন্নুনা ) ইবুংঙো। (বীমোলচান্দগী মখোংদা কোনবা।)

[ লাইট ওফ ]

## ২—৮

## ( অনিগী মিপানগুবা শরুক )

অহিং নোংঙাল্লমদাইগী মতম

কোমোলগী য়ুম মাঙোল

(টেবিল চৌক্রিনচিংবা অমতা থাদরে পুংহাং হাংদুনা, অহিং নোং·ঙাল্লমদাইদা খোংবা, উচেক-য়াম্না কয়াগী খোঙ্গেল তাহল্লি, মতম অসিদা সেখর অয়োনবা খোংথাংদা মী কোইয়োং য়েংহুনা চংঙকই।)

সেখর—(খোং ময়াদা চংশিল্লুনা য়াম্না তপ্না) হো তুম্মবরাও (তাংবা) হো-তুম্মবরা হায়রবনি।

ইবেমহল—(ইমুংদা খোদেমহুনা) আহম, (খোরক্লুনা হৈমা, কৈদৌ-রবগে তুমদেয়ে, ঐদি লাক্ত লাকঅয়োইদোবোই নিংঙুরে অা-চংঙকও য়ানিয়ে।

সেখর—নংভে অা (ইঙ্গিৎ তৌদুনা) লৈদি লৈত্তেকো ?

ইবেমহল—হেরা, মী অঙাং অনাবগী ডাক্তরদা লৈল্লি হায়রমক্তদা ঐবু অঙাওবিদৌনা, করিনো … (চংমিল্লখিবা)।

সেখর—( ইমুংদা ) অহু অঙাং মশা অনাবদি করি করম তৌরে হায়রবগে ?

ইবেমহল—হেরা থংদেদা খল্লদি ফবগুম তৌরবরা ? ঐদি মহুগী য়াখনবা করিমতা চংউ-লাকউদেদা, অা-হায়রহে হায়রহেদবা ঐদি খরতুম কুইনা লৈরবদি কয়নিদকো হায়না খল্লবা জংথনি।

সেখর—ডাক্তরদা—।

ইবেমহল- ডাক্তরদা, ঐনা থল্লিবা অসি লাল্লবরাও।

সেথর —নপানা খনকম থোকপা ৱাফমনি চুমগ্রবা। (তাগ্গাসিদা কোমোল টর্চলাইট অমা কাপ কাপ্তুনা ডক্তরদগী হল্লকুনা চংওকপা

ইবেমহল—অদু চা থকখিগ্রা? কা হাম্না চারগঞাও? (কোমোন চপ লেপ্তুনা রা তাবা)

সেথর অদু চাবু লোল্লবরনে, লোল্লবদি থকঅনিদনা।

ইবেমহল—চাবুদি ওসাইনা লোন্দুনা থম্মবনে, অদু অদোম্মা লাকমগ্রবা অদুদা ইংবু ইংগ্রবরা করিনো, য়াম্মা থুনা শাহল্লগে। (কোমোন রা তারম্বদগী কোম্থোংলোমদা য়ী লাকপগী শউম অমা হাইফেৎ ফংবদগী য়েংবা, নাকন অমরোমদা অমুক থুপখিবা।)

সেথর—আ থরা থুরো, ঐ চা য়াম্মা থোরা তবা জাৎনি।

ইবেমহল—ফনি ফনি, মাই হৌনবা তৌরকঅগদোবনি, হেক হায়রগা গর-গর-হেক্তা, লাইমা ওাইঙম-শিংঙ্গমদেদকো। (তাগ্গা অসিদা স্বর্নলতা, মশম-মনা ইফা-কানা, ইন্নিবা ফিজিনা থাংদা য়েপশিন্দুনা, মাইদা হুমাং মরিক মরিক কাহুন চংওকই, অমস্তুং ইমুংগী রা তারি।)

সেথর—ঐগীদি য়াঙদ্রবা জাৎনি, ইমা পুকনুংদগী য়াওরক্লবা, হেক নিংবগা থুদক্তা হেক্তা পাংথোকপী, মসি ঐগী হৈনজবীনি ভাব অবিরেদন। (স্বর্নলতা ফিরৈদগী চুড়ি শৎলগা ইমুংলোমদা চেনশিনখিবা।)

ইবেমহল—(থংখোই করিখোই) হা! কমাদো, কমাদো হৈমা হৈমা।

সেথর - হাই হাই কম্বিনো কম্বিনো ? ভাইথো' ভাইথো, (ইমুংদা কোয়লাও লাওহনা চেম্নবা।)

কোমোল—(থোরক্লুনা ইমুংদা চেনসিনথরে হায়রগা) কনা অমত্তা চেনবা য়ারোই, হেক চেনবদা নথরাই মাংঙে। (ইমুংদা কন্না ভান্নবা) ইয়া ...।

ইবেমহল—নংতে নংতে ঐগী থরাই অমুক্তা কম্লু, ঐগী থর ই অমুক্তা কম্লু। (ইমুংদা কোইলাং লাংবা)

কোমোল—উম, নংনা হোৌজিক কদাইদা চেনগনি, ( চৈ অমনা ইবেমহলগী মকোক্তা থাবগী মথোন ভাবা)

ইবেমহল—( ইমুংদা ) আ !

কোমোল—থংওক্লা ? (সেথর ইমুংদগী কন্না চেস্থোরকপা, স্বর্ণলতাস্থ চেস্থোরক্লুনা।)

স্বর্ণলতা—চেনগম্ব ! কম্বিম্ব কৈত্রবী নিগী মচা ঐগুম্বা অমনা তান্ন-রগা নংগুম্বা নিপা অকনবনা চেনবা হৌনবরা ? নংবু ঐনা হো জক তৌগদৌবদি (পাইশিন্দুনা সেথরদা ছুড়িনা থিনগে তৌবা, সেথরনা থৈদোক্লুন। নাকন অমরোমদা চেনগে তৌবা)

কোমোল—(চেস্থোরক্লুনা) থবরদার ! (চেনশিন্দুনা থংপা)। লেপ্পিবা অদ্বদগী থোংফম অমতং হেক লেঙবদা নথরাই মাংঙে, চৎপা য়ারোই। (স্বর্ণলতা মকোক্তা ফিজিনা থুমজবা)

ইবেমহল—আ। (মকোক কাইহনা লাইবক্তা ঈনা পুমঙাং ভাংনা চেম্বহনা ভাওরি ভাওরি তৌহনা থোরকই, মত্তম ভাক্তা অসিদা নোংভান্নকপা।) আ ! আ। (ভুথবা) ইস ! ঐ কম্বিনো জমা তৌরে ইস।

ঐনা: কন্নি হায়না শিংথারসিদে ঐ হায়কপ্পা থংদরে, উমঃ ঐনা নংগী নকমদা ভসিদগী কৌরগেকো, করি ফজনা "হৈমা" হায়না মসিনা. নংগী অংপনবা ওইরোক্কো, অা অহুগা ঐগীসু সুংভাইরবা ওইরগেকো ইমা।

স্বর্ণলতা — অা — করিসু থংজরবী ভোরবী ঐবু অহুমা শিংথানবিবা অা—ঐবু ভাকপিয়ু। (থুরম্বা)

কোমোল — অা — রাংজিবনি রাথলবা ঐনা হায়রিবা অসিনসু লোনবা নংত্তেনে ইমা। অা অহুগা, হোৎজিক নংগী নফুত্তা পাইরিবা থাং অদো ঐঙোন্দা অমুক্তা পিয়ু। ক'রম্নী চিংমরি, নংনা ত:শংবী লমচং শাজংত্তা কজবী নপুরোইনবু মায়া লংবিমক্তা ওইরবদি কোমোল ঐনা হায়রবদা নংনা শোয়রনা য়াফম থোকই, কদায় থাং অদো ঐঙোন্দা পিয়ুনে ইমা—। (স্বর্ণলতা থরা চংশিন্দুনা ছুড়ি লৈবাক্তা থম্বা, (কোমোল হয়াওনা) হা (ছুড়ি লৌশিনবা অহুগা ঐগী রাসে অমুক্তা মুয়া তাও, পুংলগী সুংভাইজগে হ'য়না ভানথংচরকপদা লমথাংদা মর ইথক খিহুনা, মা থাইগা মি মায়রবা ঐগী ইনাও বীমোলচান্দ (কপহুনা) মঙাম্বা ঐনা মীরা চানকহুনা অখিবা মাহৈগা লোইননা ফুহুনা ভানথোকপ্রবা মহাক অহু কোইথি থিরে হায়রগা অশুম্বা হ য়য়ু। ঐথোই পুমমকপু মাংনবা শিরম-লবা মতু পানবা শানগীসু হেম্না ভোয়বা মীশক অনি অহু মথম অসিদা ফাহুনা লৈহৌরে, থুদক অসিমকদা। লাকুনা মথোই অনি অসিগী মথক্তা করিনা লমন থুমনিংথগে মাগী অপাম্বা অহু পাংথোকলগে ঐমা ভাইহুনা লৈহৌরে অমুয়া

অমুক্তা তম্মুরো চৎলো ইমা! চেম্লো। (স্বর্ণলতা হয়াওনা চৎকে তৌবা)

ইবেমহল—(য়াবা) অমুক্তা ওাইখো স্বর্ণলতা, নং ইচেবু য়ায়ৌগনু ঐনা য়াথল থেনবী জ্ঞান নৈতবী অয়া ওইখিবনা, নংগী পু ক্সবু মাংননবা শিনবক্তা নংতনা, ময়াইবক খিয়বা ইচা শুাগু লাক্ল-খিবা, অমদি, ইতৈমা হায়বদগী হেঙ্গুত্রবা ইনাও বামোলচান্দা নংত-নংতবা, য়াহৈ কয়া হায়ক্লিন্দুনা ময়াল শিখিবা ···

পুম্নমক অসি ঐনা লোইনা লাম্লে, ইচেগী ইবেম্মা নং ইচেবু য়ায়ৌগনুকো। আ—ইস! ঐ য়াম্না য়াশিল্লকএ ঐগী কোক অসি নুম্বনা পুবা ঙম্মক্রে আ ··· ··· ।

স্বর্ণলতা—(চংশিন্দুনা) ইচেম্মা —।

কোমোল—ইস! করিনো ইমা, নং মাগী মনাক্তা কপ্নিগী নকউরি, য়েংঙো নংনা মাগী মশা অহু হেক শোকউবদা, মাগী হৈনবী শাজংকী ফত্রবা তিল অদো নংঙোম্দা চোংশিল্লকুনা নশাদা লাইথুং পানগনি, মাগী মশা শোকপ্না য়'দে। (স্বর্ণ হন্দোক্লুনা লৈবা) হায় নখোই অনি হৌজিককাওবা কৈদৌরি, মফম অসি থাদোক্লুনা থুনমক চৎস্রো, অহুগা নখোই অনিগী নাতো উয়ে হায়রগা মসি মপুরোইবা লৈবী নিপী, অমদি শাজং লিচং ফজ্জবা নিপা ঐখোইগুম্বা অসে, ইশাগী ইরান ইশানা উৎখোকচরিবা অসিনি; অসিগুম্বা শাজং-লিচং অসি চৎক, যৌবগী শরুকপুদি তিন-কাং ওইনা পোক্লুনা মাংখিবনা শরুক চাম্না হেন্না কৈ হায়দুনা লাও লাওদুনা চৎস্রো চৎলো, নখোইগী

ন:ভা উবগা থুবাক থুহনা নোরুবসনু) নিংজোল পিবা থুডিংমজী পুম্নিং লৌশিং ওইহৌবসনু, চংলো চৎক্রিবরা — মীনা চংলো হায়রমক্তগা (লেথরনা ইবেমহলবু চিংখৎহুনা পুথিবা, তাঙা অসিদা শ্যাম মশা নাবা কয়হুমা অহনবা কি-য়োন শেৎ লিং-হুনা চেনশিল লকই।)

শ্যাম—পাবুং!!

কোয়োল—(হয়াওনা) শ্যাম গুড-গুড, গুড হেলঠ ইচা নাবা করে, নত্রা? (পয়খৎপা) অহুগা (সুর্নদা) য়েংত্তো মকম অসিদা লেপলিবা অসি কনানো?

শ্যাম—(সুর্নলতাবু উবগা হয়াওনা) ইন্দোলমচা! (চেনশিন্দুনা কোনবা!)

সুর্নলতা—(হয়াওনা) ইন্দোলমচাগী ইবুংঙো শ্যাম। (কোনশিনবা)

বীয়োলচান্দ—(মঙুংদগী) শ্যাম, শ্যাম (চংওহুনা) কয়িনো ঐনা তাম্বিবা অসিবো অহুবরা?

শ্যাম—পাবুংত্তোন। (চেনশিন্দুনা কোনবা)

বীয়োলচান্দ—শ্যাম। (কৌশিনবা)

কোয়োল—বীয়োলচান্দ ইয়াম্বগী ইবুংঙো, ঐনা মীগা চানকৃবদগী নংগী নকমদা ইয়াম্বনা য়ায়া লানথরে, নং ইয়াম্ববু য়াগৌ-পম্বকো।

বীয়োলচান্দ—তাদো। কয়িনো ঐগী নাকোং অসিদা তাম্বিবা অসিবো, অহুগুম্বা হাইহৈদবা য়াকমদো নবাওম্বা অনিয়ক গুনা তাহনবিগনু তাদো।

কোয়োল—আ— হুত্তাইরে, অহুগা বীয়োলচান্দ থর্বা কায়রবী

নিলচন্দ্র—ইবুংগী ইবেম্মা স্বর্ণলতা নং নিংজিনা লৈবু ইবাইইবুং-ওংগী সেবা-লাববা নিংখিনা তৌহুনা শ্যামকুমারবু নংমক্তা নবুক্পী হেক তাবা নচামক্কি হায়না খন্দুনা য়ায়া লুনা চান্না তৌহুনা নংগী পুন্সিগী অমতা ওাইরবা পামেল মরুমদা থুপত্নুনা নিংখিজনা লৈয়ুকো ইবুংগী ইবেম্মা। অসিতনি ইবুংনা মংওোম্না হায়গদৌবা হায়রবু।

স্বর্ণলতা—তাদা—। (খুরম্মা)

কোমোল—হায় বীমোলচান্দ (বীমোলচান্দনা নিলচন্দ্রনি হায়হুনা—স্বর্ণলতাদা খুরম্মা)

শ্যাম—ঈহে ইহে শোয়রে শোয়রে পাবুংওোন শোয়রে। (স্বর্ণ-লতা ফুক হৌগৎহুনা থৈদোকপা। অশোয়দনি অশোয়দা, (বীমোলচান্দগী মথুৎ পাইহুনা চিংওগা নিলচন্দ্রদা খুরময়নবা)

নিলচন্দ্র—আ—য়ারে য়ারে। (খুরম্মা ওকপা)

শ্যাম—পাবুংওোন নং ইন্দোলমচাদা খুরমক্রেদো। (ময়াম য়া লাওনা নোকপা) হা হা হা—।

কোমোল—'লোক্নুনা' হা-হা-হা ইয়া মসিদি। আ—য়ায়া হুংওা-ইরে। ইপাগী ইবুংওো শ্যামকুমার, নংম্বু মঙৌশাওয়া হয়েংদগী হৌনা নংগী ওজাদা লাইরিক তম্বা অমুক হৌবা তারেদো।

নিলচন্দ্র—(হয়াওনা) আ—ঐনম্বু থরাই য়াওনা তম্বীজনগনি।

শ্যাম—ওবা। (শলাম তৌবা)

নিলচন্দ্র, কোমোল—(হয়াওনা) আ—[illegible]।

(নিলচন্দ্র, কোমোল হয়াওনা থুবাক [illegible] বীমোলচান্দ, [illegible] লক্তা হয়াওনা য়েংনজবা ... ...)

[লাইট ওফ]

লোইরবা



# ইঙ্গবা খরদং

১। পোনগী-চেক্লা
২। গৃহ-লক্ষ্মী (চেঃ বান)
৩। রাজ কুমার
৪। জগৎ-জীবন
৫। নিমাই-সৈন্যাস
৬। রাম লিলা
৭। খাংগুথক্-চেক্লা (চেঃ বান)
৮। বিঃএঃ লমজা
৯। পুন্সি-পামেল (চেঃ বান)
১০। শাগৈগী-মৌ
১১। মুংশি-বসন্ত
১২। গৃহ-লক্ষ্মী (চেঃ টু)
১৩। রাশক-পরৈ
১৪। খাংগুথকী-চেক্লা (চেঃ টু)
১৫। ফিজিগী-লল
১৬। ভক্ত-বিবিসোন
১৭। গৃহ-লক্ষ্মী চেঃ থ্রি)
১৮। উরা নহা-খোংজোম্বা
১৯। ওসমান-থম্বাল
২০। লংজমন
২১। অনৌবা-পুন্সি
২২। কখোকপা
২৩। পুন্সি-পামেল (চেঃ টু)
২৪। দষ হাজর
২৫। চিংয়াদা-শাংপি
২৬। ইঙ্গেমৈ
২৭। মংগী-থাবল
২৮। লৌবুক্তা-মণি
২৯। লৌনম্বা
৩০। বসন্ত-পূর্ণিমা
৩১। শরৎ-চান্দনী
৩২। সন্তি-সিজ
৩৩। মুংশি-লৈপূল
৩৪। যোকচবি
৩৫ ভক্ত-প্রহলাদ
৩৬। পুন্সি-বোন্দি
৩৭। মতমগী-মণ্ডাল
৩৮। মচাগী লাইথুং
৩৯। আমিনা
৪০। মুংশি-রজনী
৪১। রাজ-বসন্ত
৪২। শকখংদবী
৪৩। মুংশিগী-লম্মন
৪৪। নিঙ্গোল-পোকপী
৪৫। নিংঙমদবী
৪৬। প্রিন্সিপাল

ইজবা

এঃ জয়চন্দ্রা সিংহ